# অঙ্ক অমগী লীলা খর




মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ
ইম্ফাল ।

অথোকপা
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ

অহানবা শায়োন
কোপী, ১০০০
ডিসেম্বর ১৯৬৫ ইং




মপ্কয় :— নেসনেল প্রেস, পাওনা বাজার, ইম্ফাল

# ৱাহয় অমনিদং

মণিপুরী সাহিত্যদা অঙ্ক অমগী লীলা হায়রবসি চঙলকপা পঙকুই কুইত্রি হায়রবা যাই। মপুং ফাবা ড্রামা অমদনা উৎলি— চরিত্র কযাগী শেংগাযনবা অমস্তুং পুন্সীগী শরোন থব। অঙ্ক অমগী লীলাদা ভাবোক্পা যেংনীংলিবসি মতাং অমতনি। লেখকনা হাযনীংবা অমথক্তং লৈবিবত্থু ময়েক শেংনা চাউরাক্পা পুংখায় অমমুক্তী মতুংদা খঙনীংবনি। অসিগুম্বা লীলাশিং অসি মনিপুরী সাহিত্যদা অমস্তুং থৈজদা ইহান হান্না পুশিল্লকপসি শ্রীগীতচন্দ্র তোংব্রানি। সমাজগী অথীবা অমস্তুং অশোনবা কযাবু কবেম্নহ্না ভাবোকপু নোকহনবনা অমস্তুং খম্বহনবনা মহাক্কী লীলাশিংগী উদ্দেশ্যনি।

হন্দক হাযাব সেকেণ্ডরীগী ক্লাসকী দমক ওইনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা অঙ্ক অমগী লীলা থব পুথোক্কুনা ফোংজগে তোৎনখি। য়ারবদি লেখক অমনিগী অফোংবা থবস্তু হাপ্তুনা খোমজিনবা মওংদা ফোঙনবা হোংনজখি। অহুবু চাউরাক্পা খন্নবদা অতৈ অতোপ্পা অমতফাওবা হাপচনবগী খুদোং চাবা থেংনজখিদে। অসিনা শ্রীগীতচন্দ্র তোংব্রাগী অঙ্ক অমগী লীলাশিংদগী মঙাথক্তং খনগংচবগা লাইবিক অসি পুথোকচবি। মপুং ওইনা ছাত্রশিংনা টেক্স বুক ওইনা তম্বা য়াবগী মিৎযেংদগী খনজখি। লীলাশিং অসি ফোংবা যানবগী অনুমতি পীবীবকইবা শ্রীতোংব্রাবু মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী তরফতগী ধন্যবাদ তৌজরি। অহুগা লাইরিক অসিবু টেক্স বুক অম ওইনা লৌশিনবীবগীদমক দিল্লীগী বোর্ড অফ সেকেণ্ডরী এডুকেশনবুস্তু ধন্যবাদ তৌজরি।

ইম্ফাল
তাং ১৪। ১১। ৬৫ ইং

এলাংবম নীলকান্ত
জেঃ সেঃ, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ

অয়াওবা লীলা

* লৈচীন্দে নোংথাং
* য়াওশংগি কংঙৌ
* চান্নবা থাইনবা
* সমাজগি লাংলেন ( সাহিত্য )
* শিকারী

# লিলাগী মী

১। **বিজুলী**— ঈশৈ শকপ চহী ৩২, মশা পাব, মশম মকোই খাক্লব, অঙাওব হায়রপ মাল্লব, মীরক তিন্দন লোঙুন চহী ৫ লৈরক্লব, মবুক থন্দ্রব, মতূ হাৎলুহ্নন চাক্লব নিপা।

২। **অয়েকপম চাউব**— মেলাদ উৎনব লাইয়েকপদ থবক চিল্লিব, Genius কী model থিরিব painter অম, চহি ৪১ রোম, মচু কয়ান ব্লাউরব ফিজেং শেৎলি।

৩। Do sister **বর্ষা**, an actress of 25 Years, looks like ইঙেনলৈ, the dead wife of Bijuli.

৪। **তোমাল বাবু**— মফম তাবিব Sub-Inspector of police, ex-husband of বষা, চহিদি ৩৫ রোম শুরব।

---

# লৈচীলৈন্দ নোংখাং

(মতাং অমগি লিলা)

কোঞ্জেং লৈকাই হৈনৌ খোংনেম্বী মনাক্তা য়ুমদোনপোক অম লৈ, অয়েকপম চাউবাগি য়ুম্বি, কা অহুম শুই। ময়াই থংবন মাগি লাই য়েক্রবা কানি, অরাং থংবদন মাগি ফমুং থারি, লক্ষীগ নরুব লৈকোন ময়াগি কাতুদ মচনমুপী বর্ষান লৈ। লৈকোনলোমদ থোঙজাও ফাংলি, কা অহুমতুসু কাওনৈ।

বর্ষাগি কাসিদনি, নোংম নিংথমথাগি অহীং পুঙ্ ১১ রোম তাবদ মিহুৎথোং ময়াদ চৌকি অমদ ফমতুন বিজুলী মঙান্দ বর্ষান উপন্যাস অম পারি। বাসক য়েংব চৎকনি হায়তুন মফী নাম্ন শেৎলুরে, অতুবু রারীন নুংঙাইবন চৎপ তল্লে। য়ুমলোন অনী অহুম থল্লগ Concert party গি নুংঙাইরব মখোল তায়।

বর্ষান লাইরিক পারিব মেজতুগ মায়োক্লন লাল্লব ফমুং অম থারি, ফম্লব চৌকি অমসুং মোড়া ২।৩ সু লৈব উই।

চাউব— ( লাক্লগ ) মুপীমচা বর্ষা, লাইয়েক্লব হিদাকসি খর রাৎ- তৌরি, নঙগি শেলহু লুপা ২০ থক্লগ পীথোনহায।

বর্ষা— তাচৌ মেলাদ উৎনব লাইবু য়েক্কদব কয়াম্ রাৎলিবগে? হৌজিক হৌজিক্কী সেবা ফংনব commercial খরসু য়েক্লবদি ফদোব।

চাউব— মুপীমচা শেল তাম্নব য়েক্কদব মতমস্ত লাক্লনি, ইবুংন শেলদগি মিংচৎন হেন্ন হান্ন পামত্নন নংলিবনি। ঐন হন্দক মেলাদ উৎনিংলিবসি লাই ৫০ নি, ৩।৪ দ ঙায়রে শুদৌব।

বয়া— ৱাৎলিব ৩।৪ দু যাওদ্রবদি য়াদ্রব্রা ?

চাউব— বাৎলিব ৩।৪ সি মরুওইব ঙাক্তনি মুপীমচা অমন সতীগি মিৎযেং ; অনীশুবন শিব লেঙদব মরুপ্নি ; অহুমশুবন হনুত্নন ফজব অমসুং মরীশুবন মী হৈরোন।

বয়া— হনুরগ ফজবসিবু করম্ব মিৎযে নোনে তাচৌ ?

চাউব— অঙাংন, নহান, ফজন উবিবাসন টেলিসকোপ মনীং মমাং ওন্থোক্লগ উবগুম্বনি। লাপ্প উদব, মিৎযেংগি মশেক পূন্নমক চোতথোক্তন চুপশিনব, অয়েংব মীবু পুকচেল পীকহনব। হনুবগ ফজবসিন অপীকপ থৱানমিচাক ফাওব টেলিস-কোপ্প উহনবগুম্বনি, বার্নি চীংদোন্দগি মণিপুর ঙম্পাক লোইন উবগুম হনুব হনুবীগি ফজবন পুন্সিগি অচুম্বদু মপূং ফান উহনব ঙমই।

বয়া — মী হৈবোন হায়বদি করিনো তাচৌ ? পুংদোন্দ হৈরোন হায়বদি তায়, মীদবু ... ... ।

চাউব— মতম নত্তন ইথা থাজদন পুংদোন পাম্বীদ হৈরোন অমুনব পাল্লম্ব থেংনৈ। করিগুম্ব ফিভমদ মীসু হৈরোন্দোন মতম চাদন মুনব য়াওই, খাইদগি হেন্দোক থোইদোকপ মতীক মগুণ থাজদন লৈব উই। মত্গুম্ব মীতাদু ঙাওরি-ফৈরি

ওইন তৌগল্লি। Model ওইনব মী অম, ঙাওরি ফৈরিন উব, ঐন থিরকইব কুইরে। মতুমগ য়েক্লবদি ঐন পাম্ব মশীং শুরে।

বর্ষা— লুপা ২০ হায়বত্রু সে ( লাইরিক্তগি লৌথোক্লগ পাখি )। অতুগ ক্বাকৈথেলগি নিপা হায়বত্রু পাউ চেনবিগ্রব্রা ?

চাউব— হায়। মাবু ঙসিগি লাক্লমদ্রিবাও ?

বর্ষা— লাক্লমদে।

চাউব— করিগিনো অতুদে, লাক্কে হায়ৗেবনে।

বর্ষা— পূংদি ১১ তারে।

চাউব— নঙন তুবানব্রা, ভূতনা অম কোম্বোং মযাগি মৈকে লসিদ তৌম্লে হায়বত্রু নোংযাইগি তুব্রাহন্দ নব্রাও ?

বর্ষা— মানি, মতমদি যৌবু য়ৌরক্লবনি।

চাউব— তোমালন ঙন্ন লাক্তিবসি মহাকতুম ওইবমগদ্রনহায নঙন তম্লৈ হায়বিব ভূত্তো ? মশক ওস্থোক্তুন অঙাওব শাশিন্নবগ নঙবু কিহনগে লক্লগে হায়তুন।

বর্ষা— মহাক ওইবমগদ্র হায়তুন মঙোন্দ হংনিংইবনে। মহাক নংলমদ্রবদি য়াম্ন কিব যাব শকফম্নি, নোংয়াইদ য়েংনবদ।

চাউব— ঐ ক্বাকৈথেলগি দোকান্দ হীদাক লৈব চৎপদ মাবু কৌরক্কে, মান তয়্নদৌব মতম খর ব্লাৎলি ছায়ববস্থ ঙসিদি খর ঙনথৎলো হায়বমগে।

বর্ষা— হুজিকপু হীদাক য়োনব তুকানবু থোঙ হাংবিয়ু য়াগদ্রাও ?

চাউব— ঐগ য়াম্ন চান্নন মরূপ্প দোকান্দু থুংদাং শঙই। তোমালহুবু খঙদে, অতৈদ তম্নরাই শাব চথোকইদ্রা! ( চৎখি )
( বর্ষান লাইরিক পাহৌই, লাপ্পপ্প সেতার, তবলা অমসুং বাঁশিগি অপুনব গত অম খোংব তায়। মিহুৎ থোঙদ তোমালন খঙহৌদন — )

তোমাল— কনা কনা লৈ ?

বর্ষা- হৈমা। কনানো ? ( থংই, হৌগংলি )

তোমাল— হায়, কৈদোন থংইবনো ? ঐ নংও নঙন হায়ব তম্নরাই-হুদি। ( চঙলকই, মোড়া অমা লৌরগ ফমই। )

বর্ষা পবে, হরে। ঐদি থীন থংইরেদা। ঐখোয় তাচো উন্ন-বিরমদ্রা লম্বীদ ?

তোমাল— হুজিক্তি হংরমদে, ঐ মথাবোমদ ঈশৈ তাব চৎলুবনি, অসাই অযুক্তি ইবাইন ঐবু অদোমগ অহুক্ত ব্লারী শারো হায়বম্মি। নোংযাইদ নিপা অম হেক হেক কোয়রকপ অনৌরক অহুম্নক শুরে হাযন তারিবসিবু ইবাইগ তান্নরগ ফাওন গন্ধর্ব্ব বিবাহগি বোর ওইহনব যাদ্রাও ?

বর্ষা— হুজিক বাজারদ তাঙদব পোৎ লৈত্রে, চুপীদনি খর য়ুমদ হোঙন লৈনরিব। তাঙবগি হায়রুরবদি হুজিক লেংবি-রকইঙৈসিদ লুহোংকাপদ লেংশিল্লু, লৈ পরেং অমত্তু লেংলগ হুকচখিগে হায়গদবনি। অহুবু ঐ পংচোপ চোপ-চনিংদে, হায়জবোই। ইচম চম্ন তম্নরৈ হায়রিব নিপাসি অদোম্বু নংপিদ্রা হায়হুন কোজবনি।

তোমাল — ঐ হুজিক Police S. I. ওইম্বদগি থবক suspend তৌহুন পোথারি, থবক তোকপগি মরমস্থু শেল চারুবৈ নত্তে, নঙ খঙই, নঙগি মুংশিরব মরীমতাগি case ত খর কান্নবব ঐ পৈশা অমত্ত ফংদন ওইদব সাক্ষী পীরুবগিনি। হান্ন খর তোঙবদ হৌরম্বন চীংখাদ তুহুন ওন্থরবস্থু মুপী, লৈ শাংপ উরী মচা উদ যেংতুন হিংবিগি জাৎসিদি ইরা রাদন অতুম ওস্থবদ চেন্নব য়াব য়ান্ন লৈ। করিগিনো ঐন নোংয়াইদ অঙাওব নত্র্গ হুরানব শাহুন ঐন লৌবম্ব, হুজিক্তি থাইনবব নহাক্কি হিঙ্গোন্দ তম্নরদৌবিবো ?

বর্থা— তাইবঙ পুম্নি সি লেপ্পে, অধুক্ত লম্বোইবগি রাখন্দ নাম শোল্লম্ব নিপাহু দশান অহিংদ বেশ ওন্দূম বিল্বমঙ্গল ঠাকুব-গুম, হৌদোং লম্বোইবগুম ঙ্যাও ঙ্যাও থোংহনা চৎপ যাওই। মরম অহুন চিংনব কোক্লব থাজদ থাজদন অদোম্নু কৌরগ হংজরিবসিনি।

তোমাল— হুজিক্তি চিংনব কোকপিরেদন, ইশান ঐ নত্তে হায়বর-বনিনা ?

বর্থা— চিংনব পুমকোক কোক্তি, নোংয়াই য়োঁদোব পুংখায অমরোম রাৎলি, ( ঘড়ি শিরিবহুদ য়েংই। ) তম্নরিব ভূত নত্রগ হুরানবহু অদোম্ন ঐগি ইনাকসিদ শক ওনবিদন লৈরিঙৈদ থোক্লক্লবদি ঐ চিংনব কোকচনি।

তোমাল— অদূনদি ঐ ভূত থোকপ মতম নোংয়াই যাওব ঙাইখিব তাবিনে, ঐ নত্তে হায়ব সাক্ষী পীনব ?

বর্ষা— মচুম্ন তৌবিরবদি পুক্লিংসি সম্থী তান্দুন শূজহৌরনি। ঙসিবু মখারোমদ তম্নবিরুগদব তারিখকা লৈবিব্রাও ?

তোমাল— ঐগ তারিখ থানব থোইদোকপ সম্বল্লে লৈতে। ঙাইখো, পূং ১২ নোংয়াই ফাওব ঐন ঙসি ঙাইব থোক্লো, নত্তে খর চোম্থরব ফাওব, করিগুম্ব ভূত শাবচুন তারিখ অতৈ লৈচুন নত্রগ তল্লক্কু্ন ঙসি তম্নরদ্রবদি ঐন শাবনি হায়গদ্রাও ? নত্রগ ঐ হয়েংসু নোংয়াইদৈ নোংঙাল্লমদাইফাওব সন্থী তৌচুন নখোয়সিদ লৈয়ু হায়গদ্রাও বর্ষা ?

বর্ষা— হুজিক খাইনরবনিন শঙবিয়ু হায়নব অধিকার ঐগি লৈজ-দ্রে। করিগুম্ব ভূত থোকপচু পুন্ন অমুক্তং উমিন্নরবদি পুক্লিং চম্নি হায়জবদনি। থেঙলব্রাও, লেংবিনিংলব্রাও ?

তোমাল— চৎলগে ঙাইররোই হায়বগি রাফম নত্তে, ঐস্থ পুক্লিংদ চিংনব অম লৈরিবসি শেংদোক্লি‘চুন হংইবনি।

বর্ষা— চিংনরিবচু করিনো হংবিয়ু। পুক্লিংসিদি মক্ত্রবদদ হকচাং হুংঙাই।

তোমাল— ঐ S.I. ওইরম্মি, নঙবু লৌরম্মি। ঐ থবক্তে পোত্থারি, নঙন জগোয়, ঈশৈ লীলানচিংব art ন শেল তাল্লি ; মদু ঐন য়ানিংদচুন খাইনরে ইমানি। নঙন হুজিক তম্নরাই থোক্লে ঐবু নোংয়াইদ শঙব য়াওবিয়ু হায়রে। ঐগি পুক্লিংদ করি চিংনরিবগে হায়ববু নঙসিন ঐবু হজীন্ননিংলচুন হুপীগি পীথোরকপ নরৌশিংচু শিজিন্নরব্রা অসিদনি। নত্তে, ঐন

বর্ষা— শকুন্তলাগি মনাক্ত লৈবম্মী মতা অনীন শক্তি মচা তান্নব চৎখ্রগ দুষ্যান্ত নিংথৌন হকচাং ইরবী শকুন্তলাগি মনাক্ত ফমথৌই।

তোঃ— ফমথৌইনে

বর্ষা— দুষ্যান্ত নিংথৌ মতৌক মগুণ লৈরবদুন কৈস্থ লৈত্রবী আশ্রমগি ঙুপীমচাদুন মখোঙ নোইয়ুরা হায়দুন হংখিবদু ইকাইদে হায়ব্রাও নিপাগি জাৎন?

তোঃ - ঘাগি তৌবনি মদুদি, চান্নন নোইখিদে।

বর্ষা— নোইদ্রবস্থ নিপাসি খর চোপই হাযব।

তোঃ— লিলাদ নখোগন নিংথৌগি ঙুপী অমুক শা, চাকনিবগি ঙুপী অমুক শা তৌবিবদুনু ইকাইদ্রাও? হেক লৌন লৈনব মানজং কাওনিয়ে।

বর্ষা -- চানব নত্তে, ফাংদুনা মান্নব শাবনে। য়াম্ন মান্নগ অফব আটিষ্ট হাযনবিনে।

তোঃ— য়াম্ন মান্নদুন ইমানি থাইনবিবসিদি।

বর্ষা— অদোম্ন থবক লেপ্পিদুনা ঐন শেল খর থোকপদু কান্নখিদ্রাও?

তোঃ-- নঙন মীগি মহাবাণী শাবদ মানব সুম সুম হেঙ্গৎদুন শেল যাম্ন ফংলক্লগ মীগি খোইদৌসি শাউগৎপ সুম সুম হেঙ্গৎলি। নঙন হোৎনবিবন মীগি ঙুপী মান্নব, ঐন পামইবন নঙসি মীগি মান্দব; ইমানী পুকচেল তিম্নদবসিন থাইনরিবনে। ঐন থবক তৌবদস্থ ইমানি পুকচেল তিম্নদে,

ঐন হূরানব ডাকু ফানব খুদোংথীব মকমদ লাইবক য়েং-নিংই ইফম কারগ কা শিরগ শি, নঙন পামইবন খুদোং-থীবদে লৈথোকপ, লংফেদ চাণ্ডব, নঙগি মরীমতা থাদোক্রব ব্রা নোঙ্গা, মীন য়ুমদ ঙা-চাক কৎলব। মরম অসিন ইমানি পক্লদে, থাইনবসিন কৈ।

বর্ষা— ঐন হজিন্নসি হায়থ্রবাও ?

তোঃ— হায়মক্তি হায়রক্ত্রি, হায়রক্কদ্রা হায়ত্নন চিংনব।

বর্ষা— চিংনরিবদি ঐনে অশেংব। অত্নব্ন তাইবঙ মীন চীন্ন ঙাংনব ব্রাসি লিলাগি অশাব ঙাক্ত ওইরত্নন ভাব তানব য়াম্না হুদোরিদ। ( চাউব পরপ পরপ লাকই। )

চাঃ— হায় হুপীমচা! লৈকোন ফন্নিব নিপাসি নঙন হায়ব্রা য়েংউ এঃ ফরেদা ইবুংঙোসু লৈরম্ব।

তোঃ— ইবাইবু। ( খুরুমই )

বর্ষা— (মুন্ন লৈকোন্দ য়েংলগ) অমুক্ত ঙাইবিশো। মিহুথোং মপাদ লৈবিন্নু।

( লুকথরগ লাঙদন য়েংমিন্নে। )

তোঃ— মীশক্ত লাল্লব্রা ?

বর্ষা— মানি।

তোঃ-- চিংনবদি কোক্লরে ফরেদা।

চাউব— মসিবু হূরানগে লাকপ ওইরিদ্রা ? ভূতকাদি নত্তে, মী-রোল থর ব্রাংলব অঙাওবগুম্ব ওইব তাই।

থোরক্লনি মনিংউই ; অরেম্বদ !

কুইরেদ ঙাইরিব নঙবু

থম্মোইগি থাজও, থোরক্লোগবা

ঙাইবদি লেপ্লোই ঙাইথিনিকো,

কুমগি য়েন্নিংন হুল্লিব মথৈদি ;

রাকচিংগি উনবু খাঙজবদ,

উনা রানাম্ন মমায মঙাংইদো।

( ইশৈসি শকপ তাবত্নুন লৈকোন্দগি থরাই চাক্ল অবা অনা অবাম থৌবাং খাঙলক্লব লাহবক থীবব নিপা ( শিজু গী ) অভাওব হাযবপ মাল্লব শকক্নম অমদি ফিজেংত চললকই ঈশৈগি থোঙ্গুল লীত্নন, বর্ষাগি মিহুথো ময়াদ কমত্নন কপ্লি ভাবৈ অমুক য়েং-খংলি. অমুক মনায লুকথৈ চিংনবা পোক্তুন— "মসিবু ঐগি কুইন উগিদবা কুপীত্নবা। মাবু হিংলিব্রাও। মান ঙাইরিদ্রা ঐবু, ঐগুম্বু··· !" চাউব অমদি তোমালন লোম্ন মথৌ য়েংই, ঈশৈ লোইবদ মপি তৈথোকই, মহাক মবাহ লুকই, মত্নদগি হোগৎলগ মহাক ইমুংদ চঙগে ভৌহ কিরপ্ থিবপ্ চিংনন চঙনব লাক্লরিঙৈ বর্মান মতৌষ্ণ উরত্নন বাত্নদগি থোকখ্রে লোম্ন বিজুলী ইমুংদা চংলে, লৈতব উবদ ইঙক ভক্লে, চাউব তোমালন উত্নপ, থাঙ পায়ত্ননা চঙলক্লে, মাগ উনবে··। )

বিজুঃ— কদায়দ চংখ্রে ? ঐন উনিংবন হেক্ত মাংইসিবু করিগিনো ? তমথীরব নোংদম্।

চাউব— নঙ কনানো ? কৈদৌব লাকইবনো অথেঙব অহীংসিদা ?

বিজুঃ— ঐ করিগুম্ব অম কুইন থিরকইব নিপানি।

তোঃ— নোংয়াইদবু সিদ করি পোৎ থিরকইবা? হূরানব লাক-
ইব নত্রাও নঙবো?

বিজুঃ— ঐন থিরকইবসিদি হূরানপোৎ নত্তে, ঐগি অশেংবা ইরলনি।

চাউবা—অতুনদি নঙগি নরল ঐখোয়ন হূরাল্লগ য়ুমসিদ থম্ব তারে,
মপু নঙন নরল মাংথিব থিরকইবনিন হায়ব।

তোঃ— নঙলা ঐখোয়রা হূরানব অমদি য়াওরেনে?

বিজুঃ— ঐদি হূরানব নচ্চদে, ঐগি মানব অম উখিত্নন য়েংব
লাকচবনি।

তোঃ— নঙন নোংয়াইদ মীগি ময়ুমদ চঙলক্লগ মপু শাররবদি
নঙগি মানবক্ন ঐখোয়ন হূরাল্লগ য়ুমসিদ থম্ব তারেনে।
মসি ঙাওশিন্নব, মচিস্থিব হূরানব জাৎ অমনি ফাত্নন থম্ব
তাই ইবাই।

( খোরি অম থিরগ পুল্লি। )

চাউব—পুল্লবস্থ মশা শোন্ন উই, চৌকিত্নদ মাবু ফমহল্লু।
( ফমহল্লি, চাউবন মুন্ন য়েংই )

বিজুঃ— চৌকিদ ফম্বসিদি ঙ্গুংঙাইত্রেদা। তাইবঙপানসি ঙ্গুংশিব
খঙব মীস্থ মরৈবোইরে।

চাউব—নঙগি নপুক্লিংদ তাইবঙপানসিবু তমথীরব হিংচাব ঙাক্তে
লৈ হায়ন নীংব্রাও?

বিজুঃ— মখোয়ন ঐবু লোৎহল্লি, পীক্তদে পীথক্তে ঐবু মখোয়ন
তোল্লব শা ওলহল্লে, হূরানব মালহল্লে।

তোঃ— মতু নঙগি নরাল্লা মথোয়গিরাও ?

বিজুঃ— ঐগিস্থ মথোয়গিস্থ মরাল ইরৈ লৈ ; লাল্লুরে, মথোয়গি রাবক কিহুন চেল্লুরে, ইতিক চাব চৈরাক থাঙহুন অরাব নংউরে, ঐ হুজিক ফরে, ঙাকপিব য়ারবনি; অহুবু মথোয়দি ফত্রি, ঐঙোন্দ মলোম থম্মি। ঐবু মীরক তিলহন্দে, নারক শিংলক্ত লৈখুন্দ লমহূইগুম্ন লোংহল্লি অহিংদদ ঐন শেকপী মকুগুম্ন থোকচরকপনি। তাই-বঙপান। ঐবু শা ওলহল্লিবসি নথোয়ন নত্রাও? অশেংব হায়য়ু ঐঙোন্দ অমুক্ত।

তোঃ— তাইবঙপান্দগি অশেংব পাউথুম পাম্নবদি নঙগি নরালতু শেংন হায়দোকউ ময়েক লান।

বিজুঃ— ঐগি হুপী অম লৈরম্মি, মহাক্ন ঐবু ইশৈ তমহন্নিংদে। মরমদি ঐ অসি ইশৈ হৈগদব মী নত্তে হায়ন মহাক্ন থাজখি। নোংম ঐন ইশৈ তম্মুবদগি হল্লকখি, নোংযাই হুঙেদনি, খরস্থ থক্লক্তুন ঐ রাথল ইংন থনবঙম্নমদে। য়ুমদ য়োরগ হুপীন ঐঙোন্দ হূইদ হৌদোংদ ঙাংগদব রাঙা' ঙাঙখি। ঐন শাউহুন মাবু চাক পুথম্ন থাখি, মহাক রাম্বহুন তুখি, ময়াম্ন লাক্লহৌই। মতুগি অহিংদগি য়ুম থাদোক্তুন লংকৈদ চৎলুই, থবক শূরগ ঈশৈ তম্মুই, অঙাওব শাহুন লৈরুই। চহী মঙারোম শুরে; কনান হায হুপীহু শিত্রে, কনান হায় ময়ুম পানত্রে। ঐন থাজে মহাক শিরম্মোই, মহাক শিব য়াদে, মীয়াম্ন মহাকপু হাৎপিব চুমদে।

তোঃ— মাবু ফুরম্বদি নঙমি, মহাক শিরম্ব থোক্লবস্থ নঙগি নরালনি মীয়ামগি নত্তে।

বিজুঃ— ইথন্দগি ইরাল নত্তে, মীয়াম্ন পাথকপ নেশানি, চাক পুখমত্ত মীয়াম্ন শেম্বনি, ঐগি হুপী লাইকম্নহৌবত্ত মীয়াম্নি। ঐন কিত্তন চেল্লুব, লোৎলুব, হুজিকফাওব ফোংন লৈব কিরকইব মীয়াম্ননি। ঐ হুজিক হুপীত্ত উনিংই, মঙোন্দ ইরাল ঙাকপিয়ু হায়জনি, ঐ ফরে, মহাক্ত ঐবু থীন তৌ-খিবত্ত চুমই হায়জনিংই, তাইবংপাম্ন ঐবু ঙাকপিদ্রিব করিগিনো?

চাউব— নঙনবু ফরবদি নরাল কোক্রে, নত্তিক চান ম্নারুরে, তাই-বঙপাম্ন নঙবু ঙাকপিরনি—নঙ করিমত্ত চিংনরন্থ, লোত্তুন অমুক লৈরগন্থ, নঙবু কনানস্থ ফাগে পুনগে থিব তাদে। নঙন কিরিব, লোৎলিবত্ত নঙগি নরাল লৈবননি। নঙ নরাল কোক্লে হায়ব থাজরো, অত্তুদি কনানস্থ নঙবু নরাল লৈরি হায়ররোই।

বিজুঃ— ঐন লোৎপ তোক্ত্রিবসিদি করিগিনো? ঐন কিম্নিবসি কনাবুনো? তাইবঙপাম্ন ঐবু ইরাল লৈত্রে হায়ব য়াখি-রোইদ্রা?

ঐবু করিগীনো চাক লাম্ফল্লিবা, ঈশিং থৌরাংহল্লিব, ঐন থিব পোৎচৈ-মী-ফংহন্দ্রিব? ইঙেল্লে! ঐ নঙোন্দ লানথ্রে, ঐবু ঙাকপিয়ু, নঙন মীয়াম থোমজন ঐবু অমুক ওৎলগন্থ

ঐন অদুবু নঙোন্দ থাজিল্লম্ব চাক পুথমদো হুজিক পীররো চারগে, লংথোক্লম্ব ঈশিং থুজাইদো হুজিক খিত্ত থকে, য়াম্ন থোরাংলে।
( লোম্ন উজ্জ্বল বর্ষান ঙাংব তান তান ঈশিং গ্লাস অম পীযু হায়ন তোমালদ ঈঙ্গিৎ তৌই, তোমালন য়াদে, শাউই।)

তোঃ— চানিংব চাব, থক্লিংব থকপ ফংগদব মফমদি জেলখানা-দনি। নঙবু হুজিক ঐখোযন থানাদ পীরগ,মেজিষ্ট্রেটকি মমাংদ নঙগি নরাল অশেংবত্ত হাযদোকউ, অদু ওইরবদি নঙগি অরাব, লৈমুংদ লোৎপ পুক্নিঙ্ক কোক্কুন খাইগুম্ন মুংঙাইন লৈব যাগনি। নঙগুম্ব মীবুনি থানান থিরিবসি।

বিজুঃ— মদু থোক্লব মরূপ্ন ঐবু অমুক্ত যাত্তন থানাদ নত্রগ জেলদ থম্বিয়ু। ঐন থিজব মীত্থ ফংদ্রবসু থানান থিরিব মী ঐবুদি থানাদ পীত্তন মনীং থুংহনব চুমই। অমগি মনীং থুংদ্রববু অমগিদি থুংহনব কৈ।

চাউব— ঐন যেক্লিংব লাই অমগি model ওইনব মী অম থিরকইব কুইরে। মীছু নঙ-মক্লি, নঙ ঐখোয়সিদ মতম থর লৈখো, য়ামত্রবদ মুমিৎ ৫।৬ নিদং ঐ নঙবু য়েংল য়েংলগ য়েকপ পামই।

বিজুঃ— তাইবঙপানসিদ ঐবু চম্লভম লৈগদ্রা? ঐন ফোংন মীরক্ত লৈখগি কাম্নকম লৈরবদি ফত্তব নত্তে। ঐন থিরিবন ফংদব, মীন থিরিব ঐবুন ফংথিব, মসি ঐগি লাইবক্ল

গুইব তাই। ঐসিবু লাইয়েকপ দাদান মচাক ওইহনবিদোরিত্রা নত্রগা থানাগি মিচং মরূপ্প ঐবু থানাগি চৈ থাংভম ওইহনবিদোন্ত্রা রারেপ অমা তানবিয়ো। পূন্সিদ নীংব থুংলয়োৰ্ডদব ঐসে ময়ামদ কৎখোকচয়ে।

তোঃ— মরূপ ঐ হুজিক থানাগি থবক পোখাহনা লৈরি, মরম অতুন ঐন নঙবু থানাদ পীখিরোই। ঐখোয় ইবাইন হায়রিব রাসি য়ানিংলগ মতম খর য়ুমসিদা পোখাখো।

চাউব— Model ওইনব painter ন নেকপ মীসি শেল পীনৈ নত্রগ করিগুম্ব ওইজব কান্নব ফংহন্নে। অতুবু ঐদি লায়রব, ইমিং চন্ত্রিব লাই-যেকপনি নঙগি নতীক চাব মমল পীব ওম্মোই। ঐখোযসিদ লৈরিব মথৈ ৫ নি খঙদে ১০ নি খঙদে ঐন নঙবু চাব মথৈ থাকনি, অতুগ নঙন থিরিব মীশক্তু ফংনব লাকবদ ঐন নঙগি অঙম্ব নতেং পাংগনি। য়ানিংব্রাও ?

বিজুঃ—য়ানিংভম থোকপ ফজরব চানবিরব রানী লাইবক থীরব ঐঙোম্দ। চাদ থক্তন লম্মাংদ, লৈথুম্দ, নারক্ত লোৎপদগি লৈভম ফংব, চানব থকব ফংব, মহুগি মথক্ত ঐন থিরিব মীত ফংনব ইতেংস্ত ফংব। ঐবু মহাক থিব ফংথিত্রাও ? মহাক্ত মাঙত্রিবসিবু কদায়দনো ? মহাকপু শিব য়াব্রাও ?

তোঃ— তম্ব ওমদে মরূপ শিব হায়বসিদি। শিব রাদব মীদি লৈতে। অতুবু শিরুমদশক্ত।

বিজুঃ— শিরোই, ঐন খিরিব ঐগি চঙেলেদি শিব য়ারোই, ঐন য়াদন, ঐঙোন্দ ভাক্তুন মহাক শিব য়ারোই। ঐগি ইরাল কোকপিয়ু হায়জখিনি মঙোন্দ, মদু কোক্লমদন মহাক শিব য়ারোই, কৈদৌঙেদগু ঐন য়ারোই।

তোঃ— মৈ থরগ লৈহুংদ ফুমখিব থোক্লবদবু করি উপায় লৈগদগেনে মরূপ?

বিজুঃ— লৈহুংদগি কৌথোক্কনি মাবু
মাগি মোংক্ষমদ লেপ্তুন,
মান শাউনব শকউনি ঈশৈ
কোর কৌরতুন মহাকপূ।
শাউরে ঐবু চৈব থোরক্কনি মহাক
শাউদ্রে উন্ননিংগনি কুইন উত্রববু।

চাউব—অত্তুদি কৌত্তুন য়েংউ, শকড নঙগি ঈশেত্ত লৈহুংদ লৈরে তানব, নোংথক্ত লৈরে খুম্মক্লব। নবুক শেংন নথরাই চাক্ল নঙন কৌবদ তারোইদব লৈতে মীবু হুংশিব মীন।
(পুনব থাদোকই।)

বিজুঃ— (ইশৈ শকই)

কদায়দমো নঙবো কদায়রাইদনো?
উম উন উখিদরে, তন্দনগুম্ন ভাপ্তরম্বী,
উখি নিঙই কুইখিত্রি, পুক্লিংনদি ঐহাক্কি,
লেম্লেগুম্ন চারম্বত্ত ইবোনহুংদ লোৎউব্রা?
কদাযদনো নঙবো কদায়রাইদনো?
লেম্লে ভাদি ঐনি, থেল্লব পুস্তি খোংদ,
থরাত-হিংন-হি ওইরিব লাইজ নঙন,
ইনিল ওইন পাইরব্রা নোংদোন ভম্ন?

(মথোয়নি থুবাক থুই হুংঙাইবন, বিজুলীন মমায় লুকথৈ, মপী তৈথোকই ; চাউবন চংঙক্লব মচন্দ ইঙ্গিৎ তৌই। তোমাল পুত্থন থোকথি, মপান্দ লোম্ন যেংত্থন লৈরুই। বর্ষান চানব হৈরা, বিস্কুইট, চা পুরক্লুন পীরৈ, টেবলদ থম্নগ চান্নব ইঙ্গিৎ তৌই, বর্ষাবু বিজুলীন শংত্রিক্ক ঙক্ল য়েংই।)

বিজুঃ— ইবেম্মা নঙবু কনানো? মমিং কৰি কৌবগে? নঙ ঐবু শক খঙত্রা?

বর্ষা— থর হাবিখো, থকপিখো; কোম্ন ঋারী শাসি। য়াম্ন লাম্ন খোরাংন উবে; যেংব হুংঙাইত্রে।

বিজুঃ— ঐন লাম্ব খোরাংব উরগ পীজনিংহব পীথক্লিংহব ইবেম্ম নঙগি নমিংবুন তেম্ন লাম্মে, খোরাংলে, মদূ হাম্ন খঙলগা ঐ কোম্ন নঙন পীজরিব পীথক্লিবশিংসি চাগেবা। নঙবু কনানো?

বর্ষা— অরাম্ব খোরাংব উবগ পীজনিংব পীথক্লিংব মহৌশাগি থুংশেম্নি, কালেনগি হুংশান খ্রক খ্রক কংলব পৃথিবীন খোরাংলত্থন লৈক্রক লাউন লাউন চংলব মতমদ ইঙেম্বাদ বর্ষা লাক্লুন নোং চুই। ঙসি অরাম্ব খোরাংব কোক্লব ঐন অচা অথক থর পুজরকইথসিবু ইঙেম্দ তাব নোংনি থন-বিয়ু।

বিজুঃ— অতুদি নঙগি নমিং ইঙেল্লে কৌত্রা?

বর্ষা— থোনবিনিংব মিং থোনবিয়ু ইঙেল্লেগুম্ন ফজবীনি, ইঙেম্দ তাব বর্ষা ঋতুগি থুদোন্দুস্নু।

বিজুঃ— ইবেম্মা নঙবু ননাও নত্রগ ইচেকা লৈব্রাও ?

বর্ষা— লৈজদে ?

বিজুঃ— নঙবু লোব লাইবক ফব নিপাত্তদি কদায়দ ?

বর্ষা— খাইনখিব কুইরে লাইবক থীবত্থ।

বিজুঃ— নঙ ঐবু খঙজ্রনে ইঙেল্লে, ঐবু কাউরব্রাও ?

বর্ষা— করিগি খঙদদগে, মরুপ মপাং লৈত্রব লাইবক থীরব, অরাম খোরাং নংলব অমনে। খাইন মৈচাক নংলবী ঐন নাইতোম চৎপগি অল্লাববু কাউব হৌনব্রাও ?

বিজুঃ— নঙ ঐবু খঙই, ঐবু কাউদে। নঙস্থ খর ওলম্মে, ঐস্থ য়াম্ল ওল্লে তাইবঙ মৈশা লাংউবন। নঙ ঐগি ইঙেল্লেদি শোইদ্রে ; নত্রা ? মানি হাইয়ু।

বর্ষা— মানি কৈদৌরগে, চারো হায়বনি, থকও হায়বনি।

( পীজে, পীথকই, মাস্থ হাউন চায়, হাউন থকই ... ... হুংঙাইরব music তায় অরাপ্পদগি, অনীত্থ মুন্ন মুন্ন যেংনৈ, হুংশিনব উই। )

বিজুঃ— ঐন অসাই নখোয়গি লৈকোম্প ফম্মিঙৈদ নঙ ইশৈ শকখিব্রা ? ( ইশৈত্থ ঙংই )

কুইরেদ ঙাইজরিব নঙবু
থম্মোইগি থাজও, খোরক্লোগবা !

বর্ষা— ঐস্থ খর খর শকপ য়াওই অরাপ্পদৈ মীন শক্লকপনি।

বিজুঃ— কনান কনাবু কৌরিবনো ?

বর্ষা— শদাম্নবগি নোংমৈ মখোল তাবদ কায়নথ্রব লমথুহু মতৈম্বু মনাওন উতোন্দ তোংলগ কোবনি।

বিজুঃ— নঙস্তু শকপ যাওবম্নিন কোবস্তু থাওব তারে?

বর্ষা— ঐন কোবদগি তাহ্নন লাকপিম্নিব নত্রাও?

বিজুঃ— লাকইবনি চুমই. নঙ ইশৈসি পাম্মেনেকো ইঙেম্লৈ?

বর্ষা— অদোম্ন ইশৈ শকতুন তন্দনগুম্বীবু কোরগ ঐন থোম্নক-খিবত্নদি লেমলৈ ঙাদ লাইজ ঈশিং চাইনব।

বিজুঃ— নঙন ঐবু হৈস্ন হৈরবোইদবদ ইশৈ তম্মি, মতম মাঙহল্লি হায়ত্নন লক্লখি, ঐবু উৎশিংখিদে; মত্নদ ঐন মেশান ইন্সিনবদগি শাউত্নন নঙবু চাক পুথম্ন থাখি, রাম্বত্নন লৈহৌব নঙবু হুন্দোক্লমত্নন ঐ চেল্লুই লংফৈদ, অরাব কয়া খাংঙুই, নঙন হৈবোই হাযরিব ঈশৈত্ন তম্মুই। নঙ হৌজিক ঐন ইশৈ শকপদ লক্লনিংদ্রে, নত্রা?

বর্ষা— লক্লনিংদে, লুন তৌনিংলে।

বিজুঃ— ঐন নঙোন্দ লানখিবত্ন নঙ কাউরো, নঙ ঐগি ইরালহ্ন ঙাকপিযু।

বর্ষা— নঙগি নবাল লৈতে, ঙহাক শাউনব হায়বসিদি তৌনব ঙাক্তনি। ঐ হুজিক লোইন কাউথ্রে। ঐবুস্ন নঙন ঙাকপিযু। নঙন শকপ ইশৈ তাব যাম্ন ম্নুংঙাই, ঐ নঙবু থাম্ন লুন তৌনিংলে, ঐগি লৈজব খিবিক নঙোন্দ কৎপদ করিমত্ত পাম্মুররোই।

বিজুঃ— অহুদি ঐ চহি ৫ লংকৈদ চৎলুবদগি, লৈহুংদ লোংতুন লৈরুবদগি গুসি অহিং য়ুমদ থুংলরে। (কোইন য়েংই, ইঙক ঙক্ল, ফমুংদ ফম্মি)

নঙ ঐগি ইঙেল্লে, য়ুম অসি ঐগি, ঐন হিপ্পব ফমুং, ঐ লাম্ব ফরে, খোরাংব ফরে; অশাইগি নিপা অনীতদি কনা কনানো ?

বর্ষা— ঐগি মরীমতা মরূপ মপাংনে, নংগিসু মরূপ মপাং। করিমত্ত ৱাৎত্রে খল্লো, কনাবুসু কিরুহু। লংফৈদ ৱান কুইন লৈরুরে। গুসি সুংঙাইরব ছুমিৎ অসিদ সুংঙাইরব ইশৈ অমত্তং শক্তুন ঐবু তাহল্লু।

বিজুঃ— ঐন চৎলুব লংফৈহু ইশৈ তানব চৎলুবনি, ঐগি ইশৈদি কদায়দ চৎখ্রে ! নঙ ফংলে, য়ুম লৈরে, শেৎনব চানব লৈরে……… ঐগি ইশৈদি কদায়দ চৎখ্রে ?

( ঙংহুন য়েংই, শক্লিংদে, য়াদে )

য়াদ্রে ইঙেল্লে, অশেংব ঐগি ইশৈহু শকপ য়াদ্রে। বসন্তদ হৈনৌ মপান শাৎলি, পাম্বীদ য়েম্লিং হুল্লি, মতম চাদন, মফম লাম্ন অশেংব কলাগি পোৎ থোকউ য়াদে। ঐবু ঐগি ইশৈ অচুম্বহু শকউ হায়রবদি নঙ অশেংব তাকউ। নঙবু ঐগি ইঙেন-লৈ অশেংব্রা ?

বর্ষা— ঐগি ইমিংদি বর্ষা কৌই, ইঙেন থাদ থোকপ নোংজুথা, ইঙেন্দ কেনবী ইঙেল্লে অশেংবদি নত্তে। ইমিং ওন্দুন ইঙেল্লে ওইয়ু হায়বদি য়ারবিনী।

বিজুঃ— নঙ ইঙেল্লে নত্তে মানবনি। অশেংব ঐগি কেনগনবীহ্
নত্তে, ঐ মাবু থিরুব তারি। ( হোগৎলগ খিত্তং চৎলি )
ইঙেনলৈ। থাবুম ফাদন কেনখিবী !

( ইশৈ )

তমদ শাৎপী ইঙেল্লে,
থাবুম ফাদন কেল্লম্বী,
কবিগি বেল্লগ লোৎপগে ?
ঐঙোন্দ অমুক্ত উৎখো।
পাণ্ডব মাদি লোৎলুবেসিবা
ফজবী নঙন ওইনবিববু ?
ইঙেনলৈ, থাবুম ফাদন কেনখিবী ইঙেল্লে।
নশক ননম খঙহোই
থিখিনি নঙ খঙদ্রিফাও
লৈহ্মং খঙদে নোংথক্ত
যানিংদে নঙন মাঙখিব
কৌব তোক্লো তানিংদে খল্লগ
ঐবু শাউদে হাযবম্মু 'মুক্তং
ইঙেল্লে, থাবুম ফাদন কেনখিবী
ইঙেন-লৈ। ( চৎখি )

( চাউব, তোমাল থোরক্কুন থাম্মি )

বিজুঃ— রাবৌবিষ্ণু ঐ চচ্চবগে ঐন থিজবকপ মীশক্কু ওন্নরম্মে
( মথুৎলোম্মৈ )

চাউব— নঙন ফজব ইশৈ শকপগুম ঐস্মু ফজব লাই অম য়েক্লিংই।
Model ওইনব নঙবু মতম থর লৈবিখো হায়বত্থদি?

বিজুঃ— উবিরিবসিদৈ য়েকপিহৌরো, ঐ-সিদ কুইন লৈজনিংদ্রে, সিদ লৈরগ ঐগি ইশৈশিংতু মাঙখিদ্রা হাযতুন কিজরে।

তোঃ— মক্কপম শকইব ফজব ইশৈতু শরুব, অদুগুম্ব ফজব লাই য়েরুব পাউতাক অমত্তুদি পীবিবম্মুদনা।

বিজুঃ— নুপী থাইনবিখো, পুক্লিংন মিহৌব ফজব ফজবী অতৈ থম্বিনু। ঐদি হশৈ পামদব নুপী মাঙথ্রব নিপানি।

চাউব— মক্কপকি মিংদি কবি?

বিজুঃ— নোংথাং।

চাউব— কদাযদগি লাকপ?

বিজুঃ— লৈচীন্দে। নমস্তে (চৎখি)
(উরু যেংতুন লৈহৌই অতৈন)

বযা— লৈচীন্দে নোংথাং।



| লীলাগী মী | | শাখিবা মী |
|---|---|---|
| ১। থম্বাল— | মৌ চহি ২৭ ৩গি মমৌ। | ... বাধে দেবী |
| ২। নুপীমচা— | লৈশাবী চহি ১৮ মচানুপী অতোনবী ৩গি। | ... ইবেযাইমা দেবী |
| ৩। অহঞ্জাও— | চহি ৫৬ যুম্ববেল। | ... কৈশাম কুঞ্জবিহারী সিং |
| ৪। তোমচৌ— | বিঃ এঃ হেদ ক্লার্ক মচাহন চহি ৬৫। | হুইদ্রোম শরৎচন্দ্রসিং |
| ৫। য়াইমা— | আই, এ, ফেল অনীশুব মচা চহি২৮। | পেবম যোগীন্দ্র সিংহ |
| ৬। তোম্বা— | মেত্রিক কেন্দিদেট ৩শুব মচা চহি ২০। | সাপম তোমচা সিং |
| ৭। চাওবা— | মেত্রিক কেন্দিদেট ৬কি মকুপ। | বাঃ কুঃ স্নাযাইমা সিং |
| ৮। অঙৌব— | ৫গি মক্ষপ ২দ কোইবিব। | · ব্রাহ্মংবম ইবোতোম্বী সিংহ |
| ৯। খোমৈ— | ১গি থংনব ২দ কোইবিবা। | ·· চিংশুবম পিশক সিংহ |

# য়াওশংগি কংঙৌ

( মতাং অমগী লিলা )

মতম— পেচকারী হুমিংকি হুমদাংবাই।

মফম— যুময়া লৈকোন্দ।

থম্বালন হুপীমচাগী মশম হাংপিদুন মকে শেম্বিদুনা ইশৈ শকই, হুপীমচাশু শকপদ তেংবাংই। অমন মোডাদ অমন চৌকীদ ফমই, মমাংদা মিংশেল অচোব অমা থারি।

ইশৈ

ওল্লো ওল্লো— লাওরে তারো, য়াওশং য়াওন্ন
  "চাওখৎ ননিং থুংনিংব নঙা! হোংলো হোংলো"।
শিংলক্লে য়েংউ, অশিং অরান্থা, হুংশিং লমহেনব
  কেন্নব লৈরাং পুম্বুম শাংলব, শাংলো, শাংহোরো।
চেল্লো চোংলো পাখং লৈশাবী, কৈদৌরি হুজিকফাও ?
  শেংলো ইল্লো অশংব অঙাংব মচু মচুগি।
রাইদুন খোংউ লাওঙাং থুংলাই থাইদগি হৌরব,
  কৌবিয়ু লাক্লব খোইমু খোইঙাং খোইবীনিংথৌ।
পেন্নব চোংজহৌ হায়ন হুম্ন য়াওশং থাবন
  খোংথাং মান্নৌ পামুগ হুংশিগ ত-র-ত—রত—।

খুপীমচা– অখোয় লৈকাই পাখংমচাশিংন অসাই অয়ুক পেচকারী খুমিৎনি হায়ত্নুন মহী হৈনসি লাক্লম্মগ তুমিন তুম্মিন হন্নখিবত্নু ইন্নম্ম নং খংহৌব্রাও।

থম্বাল— ঐ মত্নু চাখুমদ লৈরিঙেদ খংহৌদ্রে। পেচকারী কাপকে হায়দ্রাও নঙোন্দ?

খুপীঃ— ঐহাক থাইনগি লৈশাবী শম্লাং কোইকক্লবীত্নু নচ্চদে, ফীদ হকচাংদ চুগদব মহীত্নু অঙাং—অঙাওব শাত্নুন ঐঙোন্দ কাপ্পিরক্কনু হায়রুরে। শাওরমানে রা অমত্ত হায়রমদন মুরুম মুরুম শোল্লগ লোইন চৎখি ঐ হুজিক্ক থরাই খুঙাইরক্লে।

থম্বাল— জিঙ্খগি য়ুমথক্ক খুং লংখৎতুনা গ্রোং গ্রোং লাওহনব, মীগি মমাই অনানবদ আবের তৈরগ পীহনব, মফী অনানবদ মচু চাইশিন্দুন মোৎহলব, অসিগুম্ব থবকসিদ খুঙাইব অম য়াওরি।

খুপীঃ— মীগি হিঙ্গোলদগি কোবী হরাইথরাক লোম্ন হেক্লগ চাক চানবসি চানব কাংবুদি হাওই মপুত্নদি শাওই।

থম্বাল— মপুত্নসু চাব য়াওহনগদৌবনি হাওব য়াওনব—হুরানব, নিব মুনব, আবের তৈনব, মহী চাযনব, শেল মাংহনব অনৌ অনৌব খংনব চানব, ফীরোল, মরুপ মপাং অনৌব, খরহেন্ন চাব-থকপ নোকপ খেব য়াওশংগি য়েংন্নিং হুনবনি ইবেম্মা। অঙৌ হায়ত্নুন ঙাওরি ঙাওরি লাক্কুন হুজিক আবের তৈগে মাই রাওহনগে, ফী মোৎহনগে হায়রবদি

ইবেম্মসু পংলিক লিকওইদা, ওদোক চামথোক্লগ মবাইন কোকচনি গাযনিদ।

থুপী (নোব.াং ভৌবগ) ইনম্ম যেংওই, ঙসিদো মান বেন্দ পার্টিগ মাহক্ক পুতন লাকনি থাবল চোংসি হাযবদো।

থম্বাল— কনাদ চোংব ?

থুপীঃ— মখাগী লাইশ্রনদা।

থম্বাল— ঐন হাযব থোমে হাযতুন পুবক্কদৌরিব বাজাই বেঙ্গুলন অবাংগি লাইশুমাংদ চোংদৌবি, লাকউই খংদে হুবাল্লুই খংদে লুপা ১০০/১০০ মুক চংন নশুংলাংগি পুবক্কদৌবি। নপু কদোমদ যাওদৌবি হুপামচা ?

থুপীঃ হংদে ইনম্ম ঐ ক্লান তাদে, অমদ ঙহাক অমদ ঙহাক যাওগে হাযব যাবোইদ্রাও ?

থম্বাল- থাবল চোবীদ অঙৌব অঙাওবন নথুজেং পাযগ্রবদ থাদোকউ যাগদ্রাও বেন্দ পার্টিন থোংইবমখৈ।

থুপীং— অতুদি মোল্লি মোল্লি ভৌব—থোমৈ থোইদ হান্ন ঙহাক যাওশিবাও ? অমসু অমসু শাওনদনব—যাওশং হাযসি মযামগি কুম্মৈনি—খৎনব চৈনব ফবপোৎ নত্তে।

থম্বাল— মতুনি ইবেম্মা যাওশংগি লিচীং হাযবু, মযামগী ওইন চাব, চোংব, হুবানব মুনব, চোপ্পদে শাওনদে—যাওশংনি লম্নাই ওইন ওইজওইথক থিনবক্লবদি যাওশং কাযবে যুমশংবি ওল্লে।

থুপীঃ— ইনম্মবু থাবল চোংব যাওবোইদ্রাও।

থম্বাল— নখোয়গি চীকথক্তুন রারী শানবী থাবল চোংবগি ইরাংদগি লম্লাইগি রা ঙাংনবিক্তুন চেন্থহন্দুন নখোয় তাচৌন হোরেল চৈরক্রা কবিনো খংদে— থাবন চোংব হাযক্ত সত্য পুংদি ফুঙাইবনিদা পুকচেল শেংন চোংনবরদে।

ফুপীঃ— ইনম্মখোযদি মতম লেপ্লে, চক্তবসু যারেদা।

থম্বাল— য়াওশংবু নহা অহল লেশাবী মো খাঙ্গব হৌনব্রনে ফুপী-মচা। লম্লাইগি যূমশানব থাবল চোংব চক্রসু অহল লমম্ল হাযন শিংনবগ নংস্ত লুহোংগনি, নখোং সাংব লৈতেঙ্গাই মবক্ত কবিগী থাবল চোংউদোবিনো।

ফুপীঃ— ঐখোযদি ইনম্ম পোং যোনবগুম্বনিন মীযম্মাদ থিং-থিন শেং চাবগ এদভবটাইজ থব নিংথিন তোদব য়াদ্রিযে। লাইরেন মতুং ঙাইনবগুম মনিপুবগি পাশপুম্বন ইন্নবগ লৈশাবী ঐখোযন কল্লক পল্লি।

থম্বাল— ঐখোযসু ইবেম্মা মমল কানিব পোংনি হাযন নী-যাম্মাংদ উৎত্রবদি লেন্নদাদি নং তাচৌন আইন্ন মমিৎ পানব্রা অতোম্বী অম লোন্ন থমগে হাযবক্কদোবি।

ফুপীঃ- সবকাবগী থবক তৌব মীসু ফুপী অনীশুব যাওব্রনে ইনম্ম ?

থম্বাল— করিনো ফুপী অনী শুব আইন্ন যাদে হায়বনিন মনিপুরগী অঙম্বদগী দোলাইপাব পিওন ফাওব লোইন তোকথিক্তুন সরকারগি থবক শূবিনব লৈবোঈ হাযক্তুন মহৈ মহৈ হায-দোক্লদবনি, মীতৈ বাবুদি ১০ গি মহুংদা ৯ দি ফুপী অনী

অহুম ৫।১০ শুব ঙাক্তনি। সুপী ঐখোয়দি হিংবু হিং-লিবমখৈ কেগদবনি।

( পায়জামা শেৎপ, ফুরিৎ অঙৌব নাম্ন ইস্ত্রী তকপ লিৎপ টেনিশ-সু উপ্প চাওবন সুংতুম থাও অম লেংবান্দা য়ান টেলিগ্রামগি চে অম পায় পরপ পরপ লাকই )

থম্বাল— করিনো ইবুংঙো ফিংইদা?

চাওব— ইতৈম চেসি টেলিগ্রামনি ভায়াগ ব্রা অরুব অম তান্নগে লাইরিকসু অমত্ত রাইগে লাকপনি— লৈব্রাও?

থম্বাল— লৈ ইবুংঙো হেক্ত চংউ। লাইরিক পারিব্রা থাবল চোং-বীগি ইশে ঔরাইরিব্রা মাগি কাম্ব লৈবনি।

সুপীঃ— থাওদগিত্ত করিনো তাচাওব খর চাহৌগে য়েরুম নত্রবদি।
( য়েংগে চংশিনব য়েংহন্দন )

চাওব-- হুজিক চানব নত্তে সুপীমচা, চানিংলগ হোরেল শুমাংদ থাবল চোংদ চাব য়ানি।

সুপীঃ— নখোয়বু পরীক্ষা ময়াদ থাবল চোংব চাত্তরিব্রাও?

চাওব— ঐখোয়দি চৎচরোই ইবেম্মা। ভায়া কৈদৌরিগে হরা ঙহাক চারুসে, রাসু অমতং তান্নশে।

তোম্ব— ( থোংজিন্দ লাইরিক অম পায়তুন থোরক্লগ, ময়াম্ব লৈবগি ইঙ্গিৎ তৌরগ ) ইমুংদ ঙহাক লেংশিল্লকখো— খোংউপ য়াওজসন্থু। ( চংমিন্নখিব )

সুপীঃ— ঐ শরুক হান্ন পিরম্মো তাচাওব। (তান্নতুন মুনগেতৌব)

চাওব— হোরেল পীজগে সুপীমচা, হুজিক চাব য়াপোৎ নত্তে। নংবু থাবল চোংব চৎলোইদ্রাও?

সুপীঃ— মীনাই নখোয়দবু চৎপ ফংজদবনি, নবেম্ম ঐখোইবুদি চত্তবদে।

তোম্ব— মসি অঙাংসি মচিন থীগ্রেদা। ঐখোয়বু কনাগি মীনাইনো ?

সুপীঃ— মেট্রিক পরীক্ষাগি মীনাই নত্রাও ?

( য়াইমন স্টুট টাই তোঙ্গুন লাইরিক মচা অম পায়ভুন থোরকই )

য়াইম— পরীক্ষা খিত ঙাইরবদ লাইরিক ঔরাইগেদি হায়দন নখোয় অনিবু কদাই চৎতোরিবনো ?

তোম্ব— মসি অঙাংসিন লাংবন, তায়াইম লাইরিক পাব য়াপোৎ নত্তে। ( চংখি )

য়াইম— তুমিন্ন লাইরিক ঔরাইতুন লৈগেদি হায়দন সুপীমচা নং মীন লাইরিক ঔরাইব মনাক্ত ইথি খিগৎকম্নুকো নংবু থাবল চোংব চৎকদৌরিব্রাও ?

সুপীঃ— চৎকনি ঐদি কুমসি তাতোনখোয় তায়াইমখোয়গুম্ন পরীক্ষা থাজরোই।

য়াইম— লম হেনম্নু সুপীমচা, তাচৌন থাবল চোংব চৎপ য়াদে হায়তুন অত্তুক কন্ন থিংলগ করম্ন চৎতোরিবনো ? নংন চৈ চাব য়েংনিংদে ইবুংদি, মরম ওক্ক লাইরিক ঔরাইতুন লৈয়ু। ( চৎকে তোবদ )

থম্বাল— ইবুংঙোখোয়গি আই, এ, শরীক্ষান তোম্বখোয়গি মেট্রিক পরীক্ষাদগি হানগদব নত্রা ?

য়াইম— মানি ইতৈমা করিগিনো ?

থম্বাল— অতুদি কদাইদ চৎতৌবিব ?

যাইম— পাংদে হায়খিদনব থবক অম চংঙ্কিবনি ইত্রেমা।

থম্বাল— যাওশং হেক লোইবদ তৌগদৌবিব পরীক্ষাদগী হেন্না লুব কবি থবক্লো চৎতোরিবো ?

তুপীঃ— হংউহু ইনম্মা, পরীক্ষাগি লাইরিক পাব চৎলিবনি।

থম্বাল— কদাইদ পাকদোবিবা লাইরিক্লোনে ?

তুপীঃ— থাবল চোংকমদ থাল্লিব থাংমৈ অঙানবহুদা পাকদোবিব লাইরিকনে ভাব তানব।

যাইম— তুপীমচা নং চহি ১৮ দ ঙাহবি, ইবুংদি ২৭ শুবে। নংসু ঐবু লকুব যাওবরাও ? থোইন চৎনিংহুন চৎপ মত্তে ঐগিসে। মীন পাংদে হাযখিদনব ঙহাকুং চৎ-শিন্নদৌবিবনি।

থম্বাল— থাবল চোংব চত্রগ কনান পাংদে হাযদোবিবা ? হা ইবুংঙো ?

যাইম— কবম্ব নিপানো পরীক্ষা কীহুন লাক্লে, লাইবিক ফত্তমানে মীন হাযনখিনি হাযবগি ঙহাকক্তুং তাৎ তৌব চৎলিবনি. মিকুপ অমতং হাংবদ লাইবিক পাগে পুবিবসিনি।

থম্বাল— হাকুমস্থু আই. এ, পরীক্ষা কীদহুন শোইহৌবে, হন্দকসু পরীক্ষা কীকস্থু হাযহুন ইস্কিল্লিব মরুপতুস্থু কনানোনে ইবুংঙো ?

তুপীঃ— ইনম্ম য়াইম ওইবদোরিবহুদি মশকপু তাকথোকউ হায়বা য়াব হৌমদে ইনম্মান।

যাইম— মুপীমচা নং ভাব ফমল্লি লাইরিক তম্ব তোকতুন লাইরিক লেংও হায়। ইতৈমা, ক্লাস অমদ চহি ২ হাঙ্গল্লব ঐন হন্দকস্তু ফেল ওইনি হাযা কাহ্নন কুম অমগি যাওশ' থাবল চো'ব ফাও চৎত্রবদি লৈবাক্ত সমাজন ঐবু থীন হায়রোইদ্রাও? তাচৌ খোইগুম্ব মীরোল রাৎপ মাবক তিন্দবগি রাবু নহা ঐখোয়ন তোয হায়ত্নন তারবস্তু থবক্ত যান চুম্বরাও?

থম্বাল— পরীক্ষাগ ফাংনদব যাওশং পিকগন্ন লাকখিনি ইবু চো পরীক্ষা লৈতব পাখং লৈশাবী মখৈ কুমসি চো'সমু নখোয়ন নোংমৈ।

য়াইম— যাওশং যত্তে, থাবল চোংব, অবেব তৈব, শেল তিংব ফংত্তে হায়ত্নন, তাচৌ অমস্তুং অহল্লোনগি পার্টিন কন্ন ভোট খোমই। opposition party ন লিংলব মতমসিদ সমাজগি চৎনবীগি champion ওইদোরিব লৈবাক নিংব ঐখোয়দি লন্নাইগি পরীক্ষা হোৎনন্নন পাংদব নিপা অম ওইব ইতিক নত্তে ইতৈমা। ইকাই থীরবী, পাঙ্গল শোল্লবী, পংলবী সমাজন নমথন্নন থস্থিনবী, মনিংতম্ন চেনব চোংব শান্নব ফংজদ্রবী, নোংভানবদগি নো' ভানব ফাও চহি চুপ্প থবক্ত ইরাক্লুরবী মীতৈ লৈশাবী মৌ লিশীং লথা কয়াগি লাম্মীদ লুচিংবিনব General কর্ণেল রাংলে হায়ত্নন ঐবু কৌরি। চৎতব য়াদে ঐ চৎলে ইতৈমা

থদোংচাব মাংহনব যাদে চহিদ অমুক্তং থোকপনি তাচৌদ ফনব থুম্বিরম্মু—হরি হরি বোলা।

সুপীঃ— হে হোরি—। ( মঙ্গংদ তোম্ব-চাওব থম্ব য়াওই )

য়াইঃ— কয়া চৎনিংঙ্গগ লাইরিক ওৈরাঈযু, য়াম্ন চৎনিংলবনি—ইচনসিদি, তাচৌন নংবু কয়া থীন ফুগবনো? বাজিন কয়া চৈগবনো। ইমা লৈত্রবস্তু থাম্বিনব ননম্ম লৈরিবসে উদ্রাও অপংবী। নমস্তে, ইতৈমা ইবেম্মা গৃহলক্ষ্মী।

( চৎখি )

পম্নাল— চৎলু ইনাওসিদি থোক্লব লাকনি, জয় ওইবকউ। নংগি তাচৌন ঐবু কয়া থীন ফুব যাগদগে ( সুপীমচাদ ) নংবুসু ঐন পুন্থন চৎকনি।

সুপীঃ— ( মনম্ম কোল্লগ ) ইমা শক্রবী ইনম্ম ইবেম্মা ( কোন্দুন চুপ্প )— নহানমথৈ থবক রান শূজন্থন লাংজরিব ফনেক ফুবিৎ ইন্নফি, কুমসি থাবল চোংবদ উৎনব নঙ্গবদি করি কান্নদগে? অসাই অয়ুক চুপ্প রান ময়ান থিন্থন ফুচ্চব চিংহি, মনম তাবদ লম তরেৎত লৈব মীমথৈ ঙাওহনগে রাশকপদ্ লুজরুবগি করি কান্নদগে ইশম থাদোক্তুন থাবল চোংবগি অধিকার মাংলবদি।

থম্বাল— শোইদন চৎকনি, মাংহনব য়ারোই সুপীগি অধিকার। ঐন লৈশারিঙৈ পাথং থরন ঙাংনখি ঐবু মৌ ওইরবদি পংফ ফজরোই লৈশারিঙৈদদ ফজবনি— অস্তম্ম। মতু ঙসি ফাওব থম্মোইদ য়ুরি ঐ কাওত্রি, চিম্বিবশিংত্থগি

মমাংদ ঙসি থাবল চোংথুন মখোয়গি মরাল তাকপিব চৎকনি।

( তোম্ব, চাওব মফী শেমথুন থোরকই )

তোম্ব— ইতৈমা বাজিগ তাচৌগ লাক্লগ লাইরিক অম রাইব চৎখি হায়ন খুম্বিয়ু। ভায়া ইমানি ঙহাক্ত চথোকউগে কুইরোই।

থম্বাল— কৈদোব চত্তোরিবা ?

মুপীঃ-- থাবল চোংবনিদন করি ওইদগে।

তোম্ব— নত্তে, মুপীমচা নং য়াওরকখিমু। ভায়া অসায়গি টেলিগ্রাম মরোলত্ত হায়য়ুনে।

চাউব— সিনি ইতৈমা, ( চে উৎলগ ) ভায়াখোয় ঐখোয় ময়াম মী লিশীং অমরোম্ন ইউনিভরশিটিদ য়াওশং মমাংদ মেট্রিক পরীক্ষা তৌবিয়ু মতুংদ তৌবিমু হায়রুবু য়াদে। পরীক্ষা মমাংদ চোংনরিব য়াওশংগি থাবল হৌন চোংবীসি চোংগমু হায়রুবদ য়াবক্লুবদি লৈতুম্ন থারুব তারি।

মুপীঃ-- অশাই খাওদ হাপ্প অচাপোৎতুবু লৈতুম্ননে তাচাওব ? (ফাক্তুন য়েংব) মুপীমচান হৈদোকপদ মুংথুম তারকপ— ঙক্লব )

থম্বাল— মনাকোং মেন্দুন লাইরিক পাগেদি হায়ত্রগ মীঙোম্দ লৈতুম্ন লোম্ন থাব হৌনব্রনে ইবুঙো। নরিংজেল লৈতথুন নবুকচেল ফাব ঙমদ্রগ মীঙোম্দ তায়নদোরিব করিগিনো ?

হুপীঃ— অসাই তায়াইমন— "হরি হরি বোলা" হায়হুন লাওবদ নখোয়নিবু থুম্ব য়াওদ্রাও ?

চাওব— য়াওই ইচে কাওহুন।

তোম্ব— লমহুইন খোংব হৌরক্লবদি অতাব অতৈম্ম খোংদব ঙমদে। পরীক্ষা তৌদৌব্রিব ঐখোয়বু খর য়েংবিহুন মাইক, বেন্দ-পার্টি য়াওদন থাবল চোংবসিবু য়াদ্রাও ?

হুপীঃ— অরাপ্পদি তারোই অহুম তৌরবদি। খিৎতদ ভাব তানসি তাতোন।

চাউব— তাহন্নিংব অরাপ্পদ লৈবশিংহু লাইরিক হৈবী ইবেম্ম হোইন হৌন কৌদৌশরুক চিঠিন লোম্ন কৌব য়াদ্রাও ?

তোম্ব— থাবল চোংভমসি খবরদ হাপ্পদ লুপা ২।৩ দমক চংই—, মাইক বেন্দপার্টিন কৌববদি লুপা ৭০। ৮০ চংই করি কান্নে। সত্য, ঙসি খোংসম্ন, লৈতৃম্ন থা।নি, চৎচরুম্ন হায়-বিগে হুপীমচা লৈতুম হুংহুম চানিংদ্রবদি।

( মখোয় অনিন হুং খোম্নজিনব )

থম্বাল— বেন্দ পার্টি যাওরগ খোং থাংব চোংব হুঙাই অহুননি ঈশৈগি মহুৎ বেন্দন শিল্লিব।

তোম্ব— অহুবু ইতৈমা, নেম্ন খোংহনব য়াদ্রাও ? লাকও ভায়া অহৌব মখৈ হুংহুম লংশিল্লুশি লাও। ( চৎখিব )

থম্বাঃ— নিপামচা ঙাইখোনে— ঐখোয় নেম্ন খোংনব হায়রুগে লাইরিক ঔরাইরো–ও।

সুপীঃ— থাম্মুন্থ ইনম্মা মথোয়স্থ চোংন্ব য়াওনিংন্থন চৎথ্রিবনি। কদায়দগি মুংন থারুগবনো— মথোয়বু পাখং নত্রাও? অঙাওব্রাও ?

থম্বাঃ— লৈত্থমকা থারুন্থন মী থৎনব হৌরুন্থকো নিপামচা। (অহনজাওন কৈজোম অপৌব শেৎ, ফুরিৎ কিশিন কুদাম শাব লিৎ, লৈঙাং ফিন্থপ অম লেংবান্দ য়ান মমায়, মকোক আবেরন ইঙাং-ঙাং শাওরপ চংলকই জবেং জবেং ঙাংন্থন। থম্বালন মকোক থুমই— )

অহঞ্জাঃ—ঙকচথ্রে, ঙকচথ্রে, করিনো হুজিক্কালগি হন্থবী মচাশিং! চহি ৪৫।৪৭ শুরব মথোয়ন ৫৬।৫৭ শুরব ঐঙোন্দ ফী মুন্দুন আবের তৈব হৌনব্রাও? লম্বীদ লাকপ ইকাইন্থন মুমিৎ তাব ঙাইরকইবনে। ইচা ইমৌ মমাংদ কয়াদ ইকাইথ্রবনো হায়ব।

সুপীঃ— য়াওশংগি আবেরবু করিগি ইকাইরুগবনো বাজি।

অহঞ্জঃ— নত্তে, চহি মতাংন হায়ব, ইপান ইকাইরুরিবদি।

থম্বাল— অহল মশেল নহা মশেলবু করিগি ইকাইরুরিনো বাজি, য়াওশংগি হৌনবীনি।

অহঞ্জাঃ—ইচাগ ইমৌগন য়াওশংগি হৌনৈ হায়রবসিদদ ইকাইব খর হেক ফৈদা। কদায় মিংশেলন্থ অমুক্ত য়েংগে। নবুং-শিংদি পরীক্ষা ময়াদ কদায় কদায় চৎথ্রে লাইরিক্তি ঔরাইদনা?

মুপীঃ— ( মিংশেল মমাংদ থাবিব্লগ ) থাবল চোংবদি য়াওরোই, থাবলগি থাংমৈদ লাইরিক পারুনি হায়ব য়াও, লৈতুম থারুনি হায়ব য়াও লোইন চৎনগ্রে।

অহঞ্জাঃ—অচ্চা-চা! মখোয়বু ঐখোয়দোন রাইশংলব মীনি হায়-ব্রাও? মুপীমচা, ননাওশিংতু নংদি পরীক্ষানি হায়বকা নিংশিংখিদ্রব্রাও?

থম্বাল— বাজি, ঐখোয়ন থাম্ব ঙম্পোৎ নত্তে, ঙহাক্তনি হায়তুন চৎখ্রিবনি। য়াওশংনি ঙহাক চখোকপদি চৎচরসন্থু হায়-তুন— ঙত্তা হল্লকউ হায়খি।

অহঞ্জাঃ— হোয়দ মাগি তাচৌ হল্লক্তি্রদৈদ ঙহাক্তং চৎপদি। ( মিং-শেল য়েংব ) হন্থুব ঐঙোন্দ আবের তৈশিল্লকইবসিনিনে ঐন য়াম্ন শাওনিংলিবদি।

মুপীঃ— কদায়দগি আবেরন তৈরকইবনো?

অহঞ্জাঃ— ঐঙোন্দ মখোয় ২।৩ ফী মুল্লে। ঐন পৈশা ৪ চৎপী অম পীরে, শেল অরেম্বদ মাংহনব চুমদে নিপামচা অহন্ন য়াদতুন য়াওশংসি ঐদি য়াওজদে, ওক্তব থবক্তি হায়তুন লেকচর কুইন তোরে। ধনঞ্জয়গি মমা ইবেচা হায়তুন ফুরিৎখাও তাপ মাতুন মখাই ময়েক অম লোরে, তুকান্দগি পৈশা ৪ গি আবের লৈরে— ময়াম চংতুন ঐঙোন্দ তৈরে — পৈশা অতৈন মখোয় ময়াম শিংজুবোড়া লৈতুনা চারে, ঐঙোন্দ কা মতপ ফজপ্রব অমত্তংদি, ইবেচান লাল্লক্তুন চারকইকো ধর্ম্ম নত্তবদি হায়ব য়াদে। অরেম্বদ ঙসি

শোরাৎ ৪ বক্কি দক্ষিনা মাংহৌবেদো,— কযাদ ফৎত্রিক্রৎ যাওশংগি ইবাংনো। নবুংগি রা লৌ যাওরুনোকো য়াওশ: ইচাশা ইমোশা হায়বিগে, ফৎখিত্রবপোৎনি। ঐ ঙসি ওস্তোক্ক শাওনিংঙ্গ্রে। যাম্ন থান চেবগে তৌবনি অঙাংশিং মমাংদা কদাযনো হায়ছুন হল্লকপনি। ছুজিক্ত নিংঙম্মকত্রে সত্য, অমুক চৎতুন চৈকসিনা কবিনো ঐবো।

সুপীঃ— কুনিৎ তাপফাও লৈবমখিদ্রাও হনুবীশিংতুবো বাজি ?

অহঙ্গাঃ—অতুবুদি লাইমাংগি শুমাংদ বেন্দ পাটি যাওন থাবল চোংদোবি ভাবুক ওইমিন্নসি হায়বকএ। ঐদি চৎলগ থীন চৈকগে থল্লে, পূক্বিংসি কুঙাইত্রে, মীন লাকচগ্রমালে খল্লেবো সুপীমচা। নবুংন অঢ়ক থবাই যাওন যাওশংগি অতাংব ফী লেব ফণ্ডে, আবেব তৈনব ফন্তে, ফী মুনব, শেল নিন, মীগি ছুমাং মমন্ন অচোইপা চাব ফত্তে, থাবল চোংব, অবেম্ব কুম্মে খীওংদ শেল মাংতনব ফন্তে হায়ব লেকচবতু ঐদি কাওচন হৎহায হ যবমদে। হবেচান মথুৎন তপ্তুন পিজবকপ বাতু কযাদি হাওগ্রে. ঐবু জ্ঞান মাংহল্লি হায। লাকচৈ কুঙাইহৌদ্রে, ফী হোংলগ অমুক্ত চৎতুন থীন চৈতন লেকচব তৌকখিগেদহায।

( ইমুংদ চংখিব )

সুপীঃ— বাজিবু যুম খর শংবিবম্মু ইনম্ম ইবানি থাবল চোংউগে হায়রগ।

অহঞ্জাঃ—হায় হায় কদাইদগি নখোয় মাহাম হুংদাংদ চখোকপ য়াদে, নবুং লাক্লগ রা থোক্লনি।

হুপীঃ— তাচৌগি দায়দি ইনম্মন মরাইন পুজনি, বাজিদ য়ুম থর শংবিরম্মু।

অহঞ্জাঃ— চৎকে হায়রগ নংগি তাচৌ হল্লক্লগ চৎমিন্নসি হায়য়ু। ইপাদি কুইসু কুইরোই ওহাক্তনি—মীন লাকচব হুণ্ডাইতে হায়ত্নন চৎতোরিবনি। কদায় কদায়দনো নহায় ঐগি ফীরোলত্নবো ?

থম্বাল— ওন্থোকপ অহলনিদা ইবেম্মা নখোয় পিতাজীসে। খোং-গ্রাও উপকে কোট লিৎকে হায়রগ অলমারীগি শো থর পীকচো হুপীমচা।

হুপীঃ— বাজিবু সুট টাই শেৎকে হায়ব্রাও, তাচৌগ চানবগুম ত্তৌবদায ? ইনম্মদগি শো লৌরগ ঊপু হাংদোকউ হাযব্রাও ?

অহঞ্জাঃ—( ইমুংদগি ফী শেৎন শেৎন ) চহি মতাং অসিদ কনান খোংউপ খোংগ্রাও শেৎলুগবনো হুপীমচা। ঐগি ফুরিৎ অঙৌবক্ত লৈববু উদে কনাগিনো অম লিৎশিল্লে হায় ইবেম্মখোয়।

থম্বাল— পাউদর থাগত্রা হংউনে হুপীমচা ?

হুপীঃ— বাজি পাউদরকা থাগত্রাও— ?

অহঞ্জাঃ—করি কান্নগবনোদা। নখোয়গি থাও লৈজরগ থিৎতং

হৈয়ুসে আবেরনা ঙাংইব কোক অসি খর ফনব মীগি মমাংদ !

( ফুরিৎ অপাব ইস্তি ফজন তক্লব china silk লিৎলগ ফৈজোম অপোব কৌবপ শেতুন চৈশু অম পায়তুন মমিৎত অনোক. মনাদ লৈ থেৎতুন থোরকপ উবদ মচাগ মমৌগন মচিন খুমতুন থিৎতং নোকপ )

তুপীঃ— ইনম্ম নখোযগি থাও লৈত্রবাও ?

থম্বাল — কবি লৈতদগে থোইদিংগিস্থ লৈবনি, মনম তুংশিব কো-কোলাস্থ লৈবনি। থোইদিং থাওদি যামদ্রে মনিং ওইরনি, কোকোলাতু হেক পুরকউ ইবেম্মা।

( তুপীমচান ইমুংদ চংন চংন )

তুপীঃ— বাজি থোইদিংগি পুবকউবা, কোকোলা পুবকউবা ?

অহঞ্জাঃ—থোইদিংগিতু য়ামদ্রে মনিং ওইবে হাযবগ ননম্মখোযগি থম্বিরো কোকোলাতু হেক পুবকউ। থংদেনে মনম লৈব থাও তৈবসিবু চহি মতাংসিদা।

থম্বাল— য়াওশংদদি হাওবমগি ইপলঙাং ফাওবা ইশেন্স তৈতুনা লাকই বাজি।

(তুপীমচান পীরব, অহঞ্জাওন মনম তুংশিন নম্মগ তৈব, মিংশেল হাযবপ যেংলগ)

অহঞ্জাঃ—অতুদি ঐস্থ পরপ পবপ লাক্কে নখোয়নি যুম ঙহাক শংলম্মু। নং তাচৌ লাক্লগ যাববদি মাবু খর শংহল্লম্মু।

তুপীঃ— তুজিক্তা বাজিন যুম শংবিনি পরপ পরপ লাক্কনি হায়-বতুদি ?

অহঞ্জাঃ—নত্তে সুপীমচা— হাযবদি চৎথোকশ্রগ তম্ব ঙমদে হায়বগি রানি। ঐবুদি ছজিক পুক্লিং°দা পরপ পরপ হল্লক্কে খল্লিযে। (চংখিব)

থম্বাল— সুপীমচা, থাবল চো°বা চংসি হাযববদি চাক থোংদোকউ-বোদনা।

সুপীঃ— পাখংদগী হসুব ফাও চৎশ্রবদা ঐবু চাকখুমদা পৎতুন লেখিদ্রাও। ( শাওরপ চৎখিব )

(খোমৈ স্টুট টাই তৌত্তুনা পবপ পবপ লাকই )

খোমে- ইতৈমা কৈদোবে—থাবল চো°বা লেংঙকত্রবদে ?

থম্বাল—বেন্দ পার্টি লাকহৌবব্রাও ?

খোমে—অসাইন লাকহৌবে।

থম্বাল—সুপীমচা থোবকউনহায। ( সুপীমচা থোরকই )

খোমে—বেন্দ পার্টিদ নত্তে, microphone সু কবিসু যাওবকই। মীন পিক থললহৌবে লাই শুমা°দা।

থম্বাল—চোংব হৌহৌদ্রিব্রা মখোল তাদেনা ?

(সুপীমচানা ইকাই ইকাই মোড়া থাই খোমৈন ফম্মি)

খোমৈ— ইতৈমাখোয লে ঙকত্রি হাযত্তুন হৌদ্রিবনে।

সুপীঃ— ঐখোয যাওদ্রবসু চোংব হৌব যাবেন কবিনো।

খোমৈ— ইবেম্মা লেঙব্রবোই হাযববদি চোংবগী কাম্নদ্রিবা—কনাগিদা লেংবিদোরিবগে ? মীন বার্ত্তোন হানশ্রবজাৎলা ?

সুপীঃ— কনাগী বার্ত্তোনবু লৈজরুগবনো, যুম শংবিনিঙাই লৈতবগী রানি। ইনম্মা কমদোসি হাযবা ?

থম্বাল— ব্রা থোক্ল থোক শো লোল্লগ চৎসিরাও ?

হুপীঃ— তাচৌবু তাইনবিগে হায়রবদি ঐগিদি বেবা লৈতে। হো-রেল মীয়াম মমাংদ চৈরবজাৎলা খংদেনে।

থম্বাল— য়ৈবু য়ৈরবস্তু চৈবু চৈরবস্তু যুমদনি, মীয়াম্মমাংদদি করিগি চৈরুগবনো অঙাওবস্তু নওনা।

(সাহেব অঙৌ খিত্তু থগ্র নমী উশিত্তুন লাকই)

অঙৌ— হুপীনচা ভায়া লৈত্রা ?

হুপীঃ— লাইরিক অম পাযত্তুন চথোকখ্রে। সোমদ তান্নবিয়ু।

অঙৌ— তাচৌগ বাজিপন্দি ?

হুপীঃ — অনীমক লৈতে, দোকানশোমদা থিবিরু।

অঙৌ— নখোয় তাতোন্দি ?

হুপীঃ— লৈতে কবিগিনো ?

অঙৌ— অত্তুদি থাবল চোংব চৎসি লাকও।

থম্বাল — ইবুংঙো যুম শ বিনিঙাই লৈতত্তুন খন্নবিগসিনি, নত্রবদি অসাইন হবুঙোসিন থাবল চোংউবসি নেন্দপাটি পুবক্লে মাইকস্তু যাওবক্লে হাযরবনি।

অঙৌ— কনান পুবকইব হতেমা ?

থম্বাল— রুমইবা হবুঙোসিনান।

অঙৌ— হুপীমচা নংন ঐঙোন্দ পুবকউ হাযত্তুনা ঐন পুবকইব microphone গ বজাইগ বেঙ্গুলগ, কনাগি ধোনগ শাই-ত্রমগসিন কৈদৌনবনো ? ভাযা হায়গদ্রা ইবুঙো হাযগদ্রা মিষ্টর অসিন পুবকপত্তুন থাবল চোংনরগ ঐন পুরকইবসিন

ইবেম্মগি লুহোংবদ খোংনব ওইরব্রাও ? পুংদ ২৫ পীতুন রাইরকইবসি ইবেম্মন থাবল চোংফমদগি চেল্লগ ফাদোক ফাজিন থানা য়োথোক য়োশিন হুমিং ২০/৩০ নিগি মতুংদ লুহোংলগা খোংনব রাইরকউ হায়বদ ঐন লান্দুন ঙম্বা পুরকপ্রাও ?

হুপীঃ— থাবল চোংনবনি, চংসি চোংউরসি অতুক থীন হায়দোশরুক। (চংকে তৌব)

খোমৈ— ইতৈমা ঐন পুরকইবসিদি খোংবান্দ লংথোকপ্রগেকো ? (মফী কন্দুনা ফুক হৌগংপ)

থম্বাল— করি লংথোকউগদগে ইপরাসিদে। হুপীমচা ঙাইখো রা মেন তাদন পাক চংখিনুনে।

অঙৌ— ইবুঙোগিদুবু শেল তিংদ্রিংঙৈদ থিন্দোকউব য়ারোইদ্রাও ?

খোমৈ— দাদাবু ঐনা রাইজরুরিবসি শেল তিংনিংদনুনা রাইব নচ্চদে, শেল তিংজগে মাংজগে থরাইন পামজবগি চোপ্লবসু চোপচগে, থৌরী য়ান্দুন শিজনিংগে তৌরিবনি।

থম্বাল— করিনো ইনাওসিদি করিগি চোপউদগে। করিগি থৌরীনো ? ঐ নৈরি ইকপরাগি মাই থুব য়াব্রা ?

হুপীঃ— অদুপ রা য়াম্নদনব কনাগিনো অমদ পূন্ন পার্টি অনী মক তৌন চোংলসিদন।

থম্বাল— হৌমল্লি হায়তুন হোরেল মেত্রিক থাদোরিব ছাত্র অঙাওবশিংন হুংতুম্ন থারক্লদদি ?

হুপীঃ— ঙাইখো, কনানো ?

(খোদেমহুন কেরাণী বাবু অতোমচৌ B. A. কুপ্পা কাওহুনা খুদাংলাওবী লিৎ, লীচৈ অকোনব অম পায় লাকই )

তোমঃ— মুপীমচা! কনা কনা লৈবগে হায়?

থম্বাল— ইবোখোয় চেংখ্রো, ঐখোয় লাক্কে লাইমাংদ পূন্ন পাটি অনীমক চোংনব থোরাং তৌরম্মো।

মুপীঃ— তাচৌ উরম্দি রা থোকপ তারে লেংঙম্মো।

অঙৌ— শোইদন লাক্কদ্রাও?

মুপীঃ— লাকচনি।

খোমৈ— শোইবিবা য়াদেদো!

মুপীঃ— শোইরোই—এ।

(অঙৌ খোমৈ পূন্ন চৎখি পরপ পরপ)

তোমঃ— লাইরিক লাইশুদি ঔরাইগেদি হায়দ্রহুন নবুং অনীত্ত কদায় কদায় চৎখ্রে মুপীমচা?

মুপীঃ— খংদে কদায় কদায়দনো চংখ্রে।

তোমঃ—বাজি লৈত্রাও? কনাদ হায়রম্মগ চৎখি? মখোয়বু অঙাংমচারাও? পরীক্ষা খিৎত ঙাইরে হায়ব খংদে হায়ব্রাও?

মুপীঃ— বাজিসু অরুব থবক অমগি মী খৎনগনি হায়হুন চৎখি।

তোমঃ— কনাগ খৎনব?

মুপীঃ— বাজিদ ইন্দোল ইবেচাখোয়ন ফী মুল্লি হায়য়ে, অহুগি থাবল চোংভমদ চৈরুনি হায়হুন চৎখ্রে।

তোমঃ— বাজিসু য়াওশং য়াওগ্রবা? অসাই মীন ফী মুল্লিঙৈদ চৈব ঙাংবদি কৈদোই হায়গে?

থম্বাল— অঙাংশিংগি মমাংদ ঙাংব চৈবদি ফগ্রে হায়গুন চীরু থাবল চোংবগি ভাবোক ওই মিন্নরগ ঙাংউনি হায়গুন মুগা ফুরিৎকা শিংতুন, থাও মনম সুংশিবকা তৈত্নন চৎগ্রবনি।

তোমঃ— নচিন্থিহু চৈ চাগনি, তানিংদে। থম্বাল, য়াইমন করি ফী শেংতুন কয়া লাপ্ন চৎখি।

সুপীঃ— লাপ্ন চৎকদব নত্তমানে স্থট-টাই শেংতুন চৎখি তাচৌ।

তোমঃ— তোম্বদি ?

সুপীঃ— তাতোম্দি থাবল চোংবদ লৈত্নুম থারুনি হায়গুন সু-জুম খাও অম পুগুন তাচাওবগ চংমিন্নখি।

তোমঃ— নমম্বদি খামগ্রাও ? যে'ক্লন লৈহৌগ্রাও ?

সুপীঃ— ইর্নম্মন পরপ পরপ লাকই তাচৌ হন্নক্তি্রুঙৈদ হায়খিমানে।

তোমঃ— ঐগি ইত্তুংদাদ য়াওশংগি আবের তৈনব ফী মুনব, থাবল চোংব লোইন ইয়া য়াব ইমাংদদ য়াদব জাৎলাও ? হা থম্বাল ? নংন স্থক ভাব তাদবসি করিগিনো— ? যাও- শংগি ফত্তব মথাম পুথোক্তুন ঐন ইমুংসিদ তৌরিব Lecture সি কয়াদি যাম্মে ? লৈকাইগি অঙাংহুবী ফাওব লোইন ফাগ্রে। শেল মাংহনব মতম মাংহনবন করি কান্নবগে? য়াওশংদ উরু উরু লৈত্নুন মোং হুংশিংকুম মকোক ঙাওরিব পৈশাশিংসি অমদ ওহাক লৈরম অমগি ফুরিৎথাওদ মিকুপ অমত্তং কুনলম, মফম অমদ তু'হুন লৈবগি আদৎ হায়বদি habit তু মাংগ্রবনিন হয়েং তুংদ চৈরাওব কাং ফাওব উপুদ শেঙ্গাওদ ফুরিৎথাওদ নোংমত

পোথাও হায়ব য়াশিল্লক্লরোইদননি। শেল ৱান তান্দব মীন মখুৎতা শেল কোম্ন লাক্লবদি কদায়, চৎসি হৌরে? সীনেমাদ ফাগী তৌফমদ, হোটেলদ, খোংনাংখোংদ পোক-কনলিব কোলেরা বার্ত্তোন তৌব। শেলদ মাংবদি ফবু ফরি হকচাংস্নু পুল্সিস্নু হৌখিদোবনি পুন অমুব কোকথোং নাব য়োৎশবী মখোং অহুম শুনব শেল লোক্তব Trio তানব। মণিপুর চাওখৎহনগে হায়রবদি য়াওশংগি হল্লা গুল্লা পুন্নমক সব বন্ধ করনা চাহিয়ে বিলকুল সব। তাংলিগৈ পরপ পরপ শেগাইনব ফী পরপ পরপ মম হুনগৎনহুন লৈরে. আবের তৈশল্লে মহী হৈজল্লে, মহুন পেন্দ্রহুন মুন্দুন ফী শেগাইরে, খৎনব চাননবনি হায়হুন অয়ুক হুংথিন্দ য়েংথিনব কাংবুত্ত মখূৎক মখূৎক শম্নহুন দোংদাং খর থিল্লগ উফুল হৌনব লোক থুংনব ফনফা চোংলে ময়ুমদ থবক শূনিংদনব, চোংব ৱারগ পোৎয়োন-বীদ শেল পীথোকলে, অমুক লোইনহুন চেনমিন্নরে থানাগি কোর্টকি শেন্থুংনি হায়হুন—অহুদগি মমা মপা মুৎনব লুহোংলে তাংলব হরাগাড়ী ময়াম ৱাই, বাজাইও বেঙ্গুলও চীক্ল লাইরিক পাব ইব পোথাব য়াদনব। য়াও-শংদগি পোকপ ইরাংসিন লোইব নাইদে চহি চুপ্প শুমাংদ লীলা, বাশোক, চৈরাওচীং, কাং শানব, হল্লা গুল্লা শোরারেম্ন তানিংদ্রে হায়হুন নোং হৈথরকত্রিব ফাও। অহুদগি কাং খেচ্রি, খুবাক ঈশৈ, ঝুলোন, হুপীপালা,

শমজিৗৈর, শনরুপ্প লিকফাং, কৃষ্ণ জন্ম, থৌরাণী জন্ম, বামন জন্মগি লিক্কোল লাইথুরুম্ব চৎপ চিবোন চিবোন অহল্লোন তাহন্দ উচন্দ থাবল চোংবীগি মহাও অসিগুম্ব মুপী অঙাংদ স্বরাজ পিব, ফুরিৎখাও পুকচেল ব্রেক ফাদব, মতম শেল লিচৎ মাংহনবসিন লৈবাক অসি চাঙ-খৎপ য়াগত্রাও ?

( অনীন হকাম রা রা চন্দুন তাব উইব )

থম্বাল— মখোয় তাচৌ লেকচরস্ু তৌবিরি, নিপাম্মচাখোয থিব ঙহাক্তং মুপীমচা ইবানি মিৎ শিংনব থাবল চোংভমদ চৎচরুগে ঙহাক্তং য়ুম শংবিরমগত্রা—কুইরক্কদব নচ্চদে। হঁা মুপীমচা ? ইথন্দ চৎনিংব তাহনগনু।

মুপীঃ— হোযনে তাচৌ কুইরক্কদবস্ু নত্তে। তাতোনখোয় কৌরুবগ হুৎ হল্লক্কে।

তোমঃ— অং—। নখোয়নি থাবল চোংফমদ ঙহাক্তং চৎনিংলব্রব্রা ? ঐন তৌব লেকচর কান্নরেদন অতুদে। (শাওত্তন হঙ্গৎ হন্দা চৎপ। থাবল চোংবগি Band Party মখোল থিৎতং তাবদ মুপী ২ ন কাবক কাবক চোংব য়াওব) হুজিকমক মেজ চৌকী পুথোক্তুন লাইরিক ঔবাইয়ু মুপীমচা। নখোয়নিবু নয়াংলেন্দ লীচৈ অসিন কল্লু হায-ব্রাও ? মফম অসি থাবল চো°ভম নত্তে, লাইবিক ঔরাইভম অচীকপ য়ুম্নি। মেজ চৌকী বেঞ্চ অরৈবমথৈ থাংদোকউ নংগি তাতোনখোয ভায়াইম খোয়গিস্ু।

ঙসিদি থংনি নশা নশান লাইরিক ঔরাইনিঙ্গংবদি ঐন পাল্লব তারে। থাবল চোংবকা চৎপ য়াদে খবরদার— ছাত্রশিংন য়াওশং য়াওব য়াব্রাও? লাইরিক লাইশু পুথোক্কুন ঔরাইরম্মু। ঐ অতৈম্মু কৌরুখিগে। ( চৎখিব ) ( থম্বাল, ঙুপীমচান শাওন গোংগোং থাদহুন লাইরি লাইশু মেজ চোকী বেঞ্চ থায়, থাংমৈ লালটেন পুথোকই লাইরিক ফাক্তোক্লগ থাবল চোংবগি ঈশৈ হল্লি, থম্বালন খবরগি লাই য়েংতুন ঈশৈ থুমই )

শাবি শানৌ খিবিক্লা
থুজেংন পালোয় নহুন—
মাইক্রোফোনবু পান্দুন
বেন্দ পার্টিগ লোইনন
থেক্ল নোন চোংবদো
ঙুংঙাইবনিদা হরি হে।

অহঙ্গাঃ—(পরপ পরপ লাক্লগ) ঙুপীমচা নবুংশিং অমত্তু হল্লক্ত্রিবাও? ইচাদানিদন মরম ওকপ অহুম্ন লাইরিক পাহুন লৈরবদবু নং তাঃচৌদি লাক্লমদ্রিবা?

থম্বাল— লাক্লম্মে লেকচর তৌরম্মে, মী পুম্নমকপু মরম ওকই হায়তুন থাগৎলম্মে। থাবল চোংব ঙহাক্তং ঙুপীমচান য়াওজরুগে হায়ববু লাইরিক ঔরাইয় হায়তুন ঔরাই-রম্মিবনি।

অহঙ্গাঃ—সুয়াইদ মাইক য়াওদন য়াম্ন মেংন ঙুংশিন থাবল চোংখিব অম তায়দা?

ম্বাল— এঃ, মতুদি হুপীমচান লাইরিক ঔবাইব মখোংদুম ওইরিনি।

অহঞ্জাঃ—খোম্বোক হুংশিন পারবদি লাইরিক ঔরাইবসু থাবল চোংবগুম হুংঙাইবনিদা! নং তাচোস্তু কৌবনি হায়রগ হল্লক্লেদনসে। মা অহলন কোয়রম্বুদদি মনাওশিংসু লোইন তম্মেদো। খংনি লাকখিসনু।

হুপীঃ— বাজি ঐখোয়ন সুম তাবদ তাচৌসে অনৌবা অম থিরনি হায়ন তায়কো। হুপী অনী লোল্লবদি থবক তোক্লে, মান থবক তোক্লবদি ঐখোয় লোইন চবা হেল্লে। অতুন বাজি খর থীন রাবকউ ঙসিদি। ঐখোয়বুন লাইবিক্ত ঔরাইযু কুমে ফাওং যাওগনু. মান পবোয়দ কোয়গে হাযবসিবু কবি ধর্ম্মনো?

অহঞ্জাঃ—লাকখিসনু খংনি অহলসু নগাস্তু, নখোযদ মরম ওক লাইরিক পাতুন লেযু। হুপীমচা নং হিদাক ঙাম্বক অম হাল্লু হায। (ফম্মি)

(য়াইম তোম্ব পরপ পবপ লাকই, যাইনন শাওবপ মমাহ ঙাংন ইমুংদাগি লাইরিক অচোব অম পাযতুন খোরক্লগ মপান্দ ফমতুন পাবে)

তোম্ব— (পবপ পরপ লাক্তুন) করিনো বাবকইবনি হাযতুন ঐখোয় তাচৌগি মতৌসিদি মতা অমনি। মী ময়ামগি মমাংদবু ঙাংব চৈব হৌনব্রাও? চাওব মাম্নরক্লবদ কবিনো মতা অমনি।

অহঞ্জাঃ—নয়াম্বন ঙাংব চৈবদ খুম্ব হৌনদে নিপামনচা। মথাক

লাকত্রিঙৈদ লাইরিক পুথোক্কুন বরং বরং হেক পাও। শাওব মরাইন ফজখিগনি। মনাও ফহন্নিংতুন হুংশিতুন ভৌবনি। অহল্লমন্ন নখোযবু কয়া য়াম্ন হুংশিবগে হায়বসে হযেং নখোযস্থ নযুম পাল্লগ খংলকনি।

( থম্বালন হিদাকপু তো°জৈ পুথোক্কুন পী, মোডাদ ফমতুন মকুবোক্ক থকত থম্বালস্থ লাইবিক অম পুথোক্লগ পাই। তোম্বন ইমুংদ চংখ্রিঙৈদ— )

অহঞ্জাঃ—নিপামচা নংস্থ মপান্দা লাইবিক তৌবো। কৈদৌবিগে? হুপীমচা চৈ অমা খিবকউ। ঙসিদি নিপা খংদে হুপী খংদে লমতেনবমখে যুদোম্বিনি। নিপামচা!

তোম্ব— লাইবিক খিবিবা বাজি কৈদোগে। কৌবসিনবু সতা।

( লাইবিক অমা পাযতুন থোবকই মপান্দ ফমতুন মুরুম মুরুম পায। তোমচৌ শাওন জবে° জবে° ঙাংতুন চংলকই)

তোমঃ— পরীক্ষা মযাদবু থাবল চো°ব চৎকনি কোয়গনি হাযরিব মাশিং°সিবু মীবাও? নখোযন নমায পান্দ্রগ অহল্লমন এখোয মাই চোপ্পাও? মচা মনাও বাবক্তে হায়বোই-দাও? ইকাইব খং°ও অঙাং নম্রে নখোয।

( মযাম্মক লাইবিক বনং° বনং পায )

অহঞ্জাঃ—পাও পাও কম্ন পাও। ঙসিদি অঙাংশিংসি লাইবিক কম্ন পাহল্লসি এ পান্নবগে নোংযাইফাও নংন চাক থোংব তারি নিপাম্মচা।

তোমঃ— হুপীমচা নংদি চাক থোংউখোদনা।

থুপীঃ— তাচৌ ঐগিস্থ পরীক্ষা কুইদ্রে। য়াওশংগি ছুটি কাবগ তৌরনি। ঙসিদি লাইরিক য়াম্ন পানিংখ্রে।

তোমঃ— ননম্মন লাইরিক স্থক কন্ন পারিব অসিন করি পরীক্ষা থাদোরি হায়বগে?

থম্বাল— ইমানবদি কোবিদ থানখ্রে. ঐস্থ য়াওশং হেক লোইবগ পরিচয় থাদোরিবনি—। "ইধর আও উধর চলো, কিতব পরো ভাত পাকাও"।

তোমঃ— বাজিন শংবিগে হায়রবদি অউইব মীহু লীচৈন কনবি-য়ুকো। ফৈ ঐ চাক থোংউগে—নোংয়াই ফাওব অমত্ত তুম্ব য়াদে লাইরিক তৌগদবনি। (ইমুংদ চংখিব) (লাইরিক ঙহাক তুমিন তুমিন পানরম্বদগি বেন্দ পার্টিন থুংশিরব তান খোংলকপদ মপান তান থায় লীচৈন লৈবাক্ত, য়াইমন লাইরিক্ত মথুংন খংলি, তোম্বন পাম-বোম Exercise গ তান চানহল্লি, থম্বাংন মঙক্ত তান থায়, থুপীমচান মঙকও মথাও পুমনোম নোমহুন শানৈ। মহৈ মহৈ অমত্ত য়েংনদন রাগ থুংঙাইনৈ— অহঞাওন থুগাপ্পী কাপই! তোমচৌন মিহুৎথোংদগি মমিৎ থান শাওন য়েংই)

তোমঃ— করিনো করিনো থাবল চোংব য়াওরিব্রা লাইরিক পান-রিব্রাও?

(খংতুন মহৈ মহৈ তুমিন্ন লৈ— লাইরিক পানৈ মরুম মরুম। তোমচৌন শাওন থোরক্লগ হঙ্গৎ হন্দা চৎলি)

অহঙ্ক ঃ—মখোয়গি যন্ত্র মযামগি স্তরসিন হুংশিবনে হৌন হৌবনে, অঙাংশা নখোয় ইমুংদ থোং লোনশিল্লগ পাক্লচো হায— য়াওশং মহুংসিদি মপান্দা লাইবিক তৌগনু। অহল ঐখোয় ফাওব তান থানিংঙকইনে।

তোমঃ— চৎলো ইমুংদ তোরবো ঐখোয় বাজিখোয অহল লোম্ম তৌদোরম্ব য়াওশং হায়বসি ওস্থোক্ত মাং তাক্লবগি মশক্তি —মসি মুথংত্রিামখৈ লৈবাকাসন ফবক্কদব লৈত্রপোৎনি।

অহঙ্ক্ষাঃ—মতম কুইন চৎনরক্লব লুদ তোংদ নপত্রা চৎনবী হাযবসি পাক মুথৎপ যাবোই হুপামচা। অফব শরুক মখৈ থাব্লগা. ফত্তবমখৈ থব থব থিংনব লোৎনব তায। হুংদাং থাবল চোংবগি মহুৎ মু পিন্দ নিপা ডাক অম, হুপী ডাক্ত অম চোংহনবগুম্ব—মত্রগ অযুক হুংশিন্দ লমজেল চেঙ্গোং মথৌবাকপীনচিংব শান্নহন্দুন হাংঙ্গগ নপাঙ্গল অহেনব অফব হিরমদ শাজেন ওইন চাদিং তৌহন্দ্রবদি কংডৌ ঙৌব থংথিং থিংবন কান্নবোই।

তোমঃ — লৈকাই মযাম হোছন লম্পাক শেমসি sports তৌনব শান্নব মকম শেনসি হাযবদি অযাম্বন য়াদেদো— চাক চানসি রাবেম লীলা পেনা বৌসি হায়বদি শেল থাইনব লেক পাম্মুদে। ফিভম তাসিদ সমাজ ফগৎহন্নিংব ঐখোয থরন তোগদবসি যন লুবি।



# চান্নবা খাইনবা

মতম ঃ— অয়ুক পুং ৯ তাবা, তর্পণ লোইবা মুমিংনি।

মফম ঃ— মাইবম শরৎ মাইবগি য়ুমজাও মাঙ্গোল্দনি। উগি য়ুম য়াইমরপ মল্লবনি, মাঙ্গোল্দ হিদান অম থারি। ফম্ফম ফক্ত হিপতুন খোংগ্রাও শেৎপ মফি মোৎপ মেরা ফিল্ম ফেয়ারগি লাই য়েংই লাইরিক খর ফাক্তোকশিন্নরগ লাংবন্ন থৈ ডোম ফুরিৎ খাদি শেৎ, গান্ধী তুপা উপতুন হিদান্দ ফম্নগ লেকচর তৌব ওরাইরি, মমাংদ চে, লাইরিক কয়া লৈব উই। মেজ মথক্ত থরান্ন ইষ্ট্রি তকই ফেজোম নাল্লব অম শেৎ মোজাঙ্কুরিং অঙৌব অম লিৎ। পূর্ণিমান তর্পণ শোন্নব হৈ-লৈ শেম লোইডুন মাঙ্গোনকাচিন্দ লালটেন অমস্তুং ধুপ থানব থম্মই পুখম কোম্পাক শমুক্ত হাপতুন মাঙ্গোন কাচিন্দ চৈ থাডুন থমই। হঙ্গৎ হন্দা চৎতুন পোৎ লোইশিল্লি, মচাশিংগি মতৌ য়েংই লোন্ন লোন্ন। শাওনিংবন ফি ফি কামই।

পূর্ণিমা। ( লোন্ন মেবাগি ফিল্ম ফেযাব দর্শন তৌরিবহু যেংলগ ) নিপামচা !

মেবাঃ— ইমা।

পূর্ণিঃ— ইমাগি মেবা ! সনারৈ অপোম্বা।

মেরা— নচাগি মঙ্গলাম্তি। কৈদৌরবগে ইমান নোং খাকপগুম কৌরিববো ? মেরা থাদদি রাতোন থাওমৈ মুৎপ হায়তুন

নোং তান্নবস্থ খিৎতমক খিকপ হৌনৈ,
নকইববু কুমসিগি মেরা থাসিবু ঈচাও লৈব্রাও ইমা ?

পূর্ণিঃ— নংন মেত্রিক্কী লাইরিক তমলকইবসি চহি কযা ফারে সনাৈে ?

মেরা— নচান তমজরিবসি থরাক মানবী ইমা সেকেগু ইয়ার মেত্রিক্কি।

পূর্ণিঃ— মেত্রিক্ত চহি অনী হঞ্জিল্লিবসি নমাই ইকাইদ্রাও ?

মেরা— ইকাইব কোক্লব ইমা নুপী ঙাবোই মানবী অম চেল্লক্লোরাও ?

লাংবন—( শাওন ) মেরা।

মেরা— করিনো তাতোন ? খোইন চিকথ্রবা ?

লাংবন— ইন্তি তকইব নিপাসি কনানো ?

মেবা— তায়াইমনি।

লাংবন— ঐদি ?

মেরা— তাতোন্নি।

লাংবন— নুপীসিদি ?

মেরা— ঐখোয় ইমানি কৈদৌরগে ?

লাংবন— অয়ুক পুং ৯ তাবদ নমা অমস্থং নয়াম্ব অনীগি মমাংদ ওলিমপিকস্থ নত্তন চেনব চোংবগি রা মীতৈবোল্ল ঙাংই-বন্থবু নংবু পোইরৈ মৈতৈ মচা নত্রাও ?

মেরা— লাইর য়ুমগি য়াংলেন পয়া মথুন খিত্তং হোবহ্নদ ইঙা ইঙেলগি নোং ইমান হৈথহন্দুন থাক খোংথিবন্ত তাতোন তাবিহোত্রাও ?

লাংবন—শাওকনু ইবুংঙো নংন ফেল ওইরুবগি হায়রকপনি।

মেরা— অচুদি তাতোনসু শাওবিরক্নু ইমান্নব পরীক্ষাসু ফেল ওইরগ ঙাত্তোন খঙদে ঙাবোই খঙদে মান মান ঙমজব চীংতুন পুথ্রগ ময়া মপাদ ফৌজদাবী কেশ লংশিনব ঙাক্কেনি। ঐ লাইবিক ফন পাজব মচানি, লাইবক্নদি নেম্বনিন পাশ মার্ক লাম্ব ফংগৌদ্রে। ইমান শাওভম লৈব্রাও অমুক্তুং ফেল ওইবগি ?

পূর্ণিমা— নংন পারিব লাইবিকতুবু মেত্রিক্ত তম্ব লাইরিক্লাও ? সিনেমাগি লাই কোটি কুম্ব্রুমদোইছু দর্শন তৌবগ মেত্রিক পাশ ভৌব ঙমগদ্রাও মখোযন পীবকপ বোবনা ? নর্পান মাইব শাকবদ থোক্লকপ শেন্সন নংগি সিনেমা লাইবেম্বীশিংগি দক্ষিনা কোন্নব ঙম্ব্রাও ?

মেরা— ইমাখোয়ন নহা ওইবিভৈদ লিক্কোল শান্নব, থাবল চোংব জযদেব চোংব, চাকচা হৈজানবছু হুজিক্কালগি নহাবোলদি কযা য়াওদ্রে। মতুগি মহুৎ সিনেমা যেংনিংব ঐখোযন য়েংজবতনি। কবিনো ইমা ফিল্ম হুংঙাইব জাৎসিসু থাবল চোংবীদৌন হুঙাইনা কৈনো, লৈত লাযব ইকাই ইকি ইকাও কাওই। অসিগুম্ব কাওহনব ঙম্ব ফজব খুৎশেমগি মতেং নত্রবদি পরীক্ষাদা ফেল ওইরিব মীয়ামসি করম্ন হিংব ঙমগদগেনে পালেম ?

পূর্ণিমা— ফজব খুৎশেম্ন মরাং কাইরব মতমসিদদি ইচাদি ফেল ওইবগি কিব লৈত্রেনে।

মেরা— মহৌশা অস্থুম তৌরম্ব মেরা নত্তে ইমা। নারব কান্দদ থিরুরিব হিদাক্লিনে।

পূর্ণিমা— হিদাক নত্তে হুনি মতু ঐঙোন্দ পীরকউ মৈ থাদোকউগে ?

মেরা— থাগে হায়বদি থাদোকপিয়ু ইমা, অতুগ কাম্নদব পোৎতি লৈত্তবনিকো। ( পীথি )

পূর্ণিমা—( লাংবন্দ ) নিপামচা নংন লাইরিক ময়াম মমাংদ চায়-থায়রগ রাজনিত্তী পার্টিগি খুনেক ওইন ভোট থোম্বদ লেকচর তৌনব ঔরাইরিবত্তবু নংগি করি কান্নে লৈবাক্কি করি কান্নে ? ইনাকখুনবশিংন মন্ত্রী ওইনব লায়রব নংন অতুক থরাই য়াওন হোৎনরিবতুবু করিগিনো ?

লাংবন— মেরারোমদ মংলম্ব নোংতু ইমা ঐঙোন্দ তৈথবিরক্লব্রা ? নোংসি মত্তম চান মফম চান চুরবদি মহৈ মরোং মনা মশিং ফগংলি কাচা লম্বীদ তৈথতুন লৈখোম থুজেং য়োন থোকহল্লবদি থবক ইনখাং চথোক্কদব তল্লি ইমা।

পূর্ণিমা— নপান ফংই মাইব শাবনি হায়তুন চৎখিবসিন শেলদি ইপু পুশিল্লক্তে। ঙাংবদ মখদাং চোক্লবনিন চাক্তি পুথম বীক থনব অম মফংই। হিঙ্গোল থর শুসি সম্বল থর খাবিয়ু রাইরম চাইরিব নাপী শোংইবশিংসি অহল মান চিংতুন মচাশিংগ থর শেংদোকপিয়ু হায়রুরবদি মাইব শারুনি, অনাব য়ামথ্রে হায়তুন চৎখি। মতুং ইম্নতুন নোংম য়েংবদদি থম্বালমাগি খোংনাংখোং পোৎক্রমদ ক্কা চপ চপ শায়তুন মোইরাং কংলেম্নোন লীরতুম লৈরম্মী।

মপাগি মচাশা নখোয়বু য়ুম অসিগি চাওখৎনব করিমত্ত হোৎনররোইদ্রাও? ঐবু খোঙ খুৎ তিংখোক্তুনা কপ্পোরাও? ( লাওই )

লাংবন— ইমান অত্তম্ন বাজি য়াওন নো' চোৎহল্লগ অনাব য়েংব চৎখিব মাইবত্থ মায় পাক্লকদ্রাও?

পূর্ণিমা— নপানিংব নং হিঙ্গোল শম্বল খর নপাগি মচুৎত শূজিনব য়াদ্রোও? ঐন নপাবুং কন্তুন্দু মতু দ ভাংদনবা?

লাংবন— ইমা ঐখোয় রাজনীতিগি মীসিদি খুৎন থবক শূনদে, চিন্ন শূই। চিনগি মী ঐখোযদগি খুৎকি থবক আশা তৌবিবশিংত্থ অপংবজাৎনি।

পূর্ণিমা— নখোয়ন ভোট খোম্ব চংপদ তেংপাক্ল থাবিরক্তুনা নকোক কাযন হায়বত্থদি ফক্লাংদ তেংপাক্ল থাবগুম শোয়ব লৈরোই হায়বিগে অতো।

লাংবন— তেংপাক চাবদি হায়রুন্থ, ঐখোয়গি শক উবদ ওইনম্মি হায়ব খঙবমখৈদি চেংখাও শেঙ্গাও অহাংব পুংথোক্তুনা ওক্লম্ব ভাক্তেনি।

পূর্ণিমা— অত্তদি চাকসি পার্টি আফিসত ফংবিরুবো ঐখোয় ইমুং লোমদ হাপচররোইযে। ভাব তাবিরব্রা চৌনগি মী, চাবগ ভাংবগন নখৌ ওইবাও?

লাংবন— চাবন পার্টিদগি কাম্নবন ইমুংগি ওইব লীদরন য়ারকওই ইমা।

পূর্ণিমা —ভোটন পার্টিগি খোম্ব চৎলগ লাংবন নংন ইমুংদগি চাক

চাব চুমই হাবসি ইমা ভাব তাদে। মীরেম শুক য়াম্ন থাকপ ইমুংন মুংঙাইখৎলকপ হায়ত্নদি মুমিৎন নোংচুপ্ত থোক্লব মতমদ ওইনি।

লাংবন— নচা অতৈংগি হাক্তক্ত মুংঙাইত্রবসু ইমা ঐগি হাক্তক্তদি মুংঙাইনি থাজবিয়ু।

পূর্ণিমা— লাংবনগি মুংশাবু করম্ন শারোইদৌরিবা ?

থরান— লাংবন মুংশা লৌচি লৌয়া কোইব ঙমদবা হায়নরিবনি ইমা! মরৈ পরেংগি ৱা থাজরুমু।

লাংবন— তাধন ফংই শেল থোক্তবা উকিল, লোক্তাক শিৎলগা লো নিনবগী মক্কদমাদ ইরাক্লত্নুনা লৈব ঙাসেপ অমফাও ফাদব, তাওথবী লৌফম শঙম অমফাও ফংদবা। ইতৈমা ইঙেল্লৈন ভাক্তর বাবুনী, মণিপুরগী ফররোইদবা অনাব মথৈ কন্ট্রেক্ট বেসিসতা লায়েংবী. শেল থাব ঙম্ব ইনাকখুনবা ইম্নুংন কৌররগ চাওথোকই হায়ত্নুন চৎনিংদবী, লাইরব শিথশিন্নব হৈবশিংন কৌরগ হরাও হরাও চত্তুনা হিদাক ফাওবা লৈত্নুনা লাঙ্গৈয়েংলম্বী। তায়াইম দৌই—ফিশূব ইস্ত্রি তকপ হোৎনরিবৈঙদ, নত্তে মশা নানবন হায়জরিব, থবক অতৈমক্ত লামশনব ঙমদব হায়ব।

থরান— ইসে ফি কাথ্রেদো! রারেম ঙাংদৌশরুক লাংবন নং হয়েং তর্পন লোইবদ তৌদৌরিব উৎসোবসিগি লম তূ থর ননাও মেরা থাবন্দ ঙাওবসি হৌত্নুন শেংদোকমিন্নরুব? তাচৌ লাক্লগ ৱা থোক্লরনি।

লাংবন— ইষ্ট্রী অতুম তরু তরু ঐগি লেকচরসি লোইব ফাওবদদি তাবিখোবা তায়াইমা ? ঐগি লেকচরন শুন্দত্তুনা কাখ্রিব ফিরা ?

থরান— নংন ঙাংব তাবিনব ভাবোক রাংলোই ইমা লৈরি মেরা লৈরি। চৎলো শঙ্গোই ময়াক্ত খর ফান্দোকউ।

লাংবন— হকচাং নান্নব ফি নান্নব হোৎনব তায়াইমগি শরুক লম-তু হিঙ্গোল নান্নব হোৎনবন ঐখোযগিরা হা মেরা ?

মেরা— ঐদি খুৎ পাৎলি য়োৎ পায়ব য়াদে রাইতৈব রাইশিৎপ সব ছুটিনি তাতোন, ফজৈ ফজদে ঐ য়েংগে, তায়াইমন ইষ্ট্রী তকপ লোইবগ তাতোন্ন লেকচর লোইবগ মান্নব যাই, লমতু শেংদোকমিন্নব য়ানি। ইখুৎপু পান্নবদি কবিগি ইয়াম্বশিং রাহল্লুদগে মনাও কুলি ঐ লৈরিঙেদা।

থরান— হায়ব ইন্দব অঙাংগি ময়াম্ব ওইন পোকপ ঐ লাইবক থীগ্রেদা। ইমানা ঐবু সনা কোন্নুংদ পোকপিরমদবসি সত্য—

পূর্ণিঃ— তানিংদে তুমিন লৈয়ু কত্তন, লাংবনগি লেকচব তাখিগে, মান ঐবু মুংঙাইহন্দোরিবসি করম্বা ইঙম্মো নখোয়সু থঙহৌ।

লাংবন— ইমান চানবিত্নন তাবিনিংলিগৈ তায়াইমসু রাখল তৌ-বিয়ু। ঐখোয় বাজিসু মাইব শাই, রারী শাই, কোইন চৎলি য়ুম পান্দে লংকৈগি মীনি শেল পুশিল্লক্তে।

পূর্ণিঃ— হায়য়ু চুমই, অচুম্বদি চুমই হায়সু ঙাই।

থন্নান— ঐগি নাকোংসিন ইপাগি বদনাম, মতুংদ থীন ঙাংনবসি তাত্নুন সুম লৈবগদ্রাও? থন্নান ঐ বাজিগি মচানে কাওবিবব্রাও?

পূর্ণিঃ— মানি নংস্থু ন্নারেম পাম্নগি মচা কোইন চৎলদোরিব থন্নান্নি। অচুম্ব তাবদ দোষ লৈতে থন্নান্দ পোকপ। মচাশিংগি মনাকোং ন্নাই চিন্দনব অমা মপান মচৎ চুম্ব মনম মুংশিজনব লম্বী খোযদব মশিন্নি। মথা তাও লাংবন, তানিংদব মখৈ মনাকোং মেঞ্জসন্ন।

লাংবন— তাধন ফংই বাজিগি মচা, লৈবাক্কী মী শেল ফংলবোইদব মকদমা মখৈ মীংচৎ ফংনবনি হাযত্নন মবেংবান্দ খোঙ্গৎলিব মবুক ফব, মুশিব খঙব, শেল লৌশাদন মীদ লক্ষ্মীন চানবিম্ন য়াব হোনব্রাও? লক্ষ্মীন চানবিন্দবনিন শেল যেংদবী ডাক্তর বাবুনী অমন চানবিবে, এ বার্ড ওফ দি সেম ফিদব, শেল তানব লৈতবী ডাক্তর, তাধনগ পুকচেল ফিন্নবী, অকন অনাব যেংজগে লাম্বা পীযু। শেলগি বেবা লৈতে শোৎপিযু, হিদাক লৈনব লেত্রবস্থ অঙম্ব মদৎ পীজগে, লায়রবগি যেংব ন্নাবব অনাব কদাইদ লৈবগে? লাম্নব্রা ইমা ঐন হাযজবিবসিবো?

পূর্ণি ঃ— চুমই, নচিন্নাও অহুমগি পুবান অমুক ফাকউ।

লাংবন—(ময়াম্ব য়াহমদ য়েংলগ ঙাংব হুমদন লৈ) ঐখোয় তাযাইমদি ইমান খঙবিরিবহুঙাহ, আ· · ·

পূর্ণিঃ— নংগি মিৎয়েংহু উৎলকউ খুৎয়েক মান্নব্রা য়েংগে।

থৱান— নমা নচানিন খুৎয়েকতি মান্ননি। অচুম্ব হাযরিমখৈ কৈ অরানব য়াওরক্লবদি নরৈছু ইষ্ট্রী তক্কনি খঙউ। হায়যু ঐ করিনো?

লাংবন— ওন্থোক্ল ফগ্রব ইয়াম্ব য়াইমনে ইমা। মীন মাংহনবনে।

থৱান— মী হায়বদে ময়েক শেংউ।

লাংবন— বাজি নত্তে, ইমা নত্তে, ইচিন্নাও ঐখোয় কনামত্ত নত্তে।

পূর্ণিঃ— অত্থুদি কনানো তাকউ মখা শেৎলুগে।

( থৱান লাংতক্লন তারি )

লাংবন— কৈরোই লৈকাইগি ইচে ইনে, ইতৈমশিংন মাংহনবনে।

থৱান— ময়েক শেংদব আন্দাজন মীবু থাজদত্থুন ঙাংগন্থু অঙাং, নবৈছু ইষ্ট্রী অশাবন নাম্থোকউ হাযব্রা? (মনাক্ত চংহ, মমান খামই )

পূর্ণিঃ— লোইনব তাখো, কোন্ন দগুি নক্রগ মনা পীগদবনি। মীশক অশেংব তাকউ, অচুম্ব ঙাংব কিগন্থু, ঐখোয ইম্নংগি অমোৎপ মযামসি শেংদোক্লদব যাদে। শেংদোৎপ ড্রম-দ্রবদি ঐ যুমসিদ লৈবোইদোনিবনি।

মেরা— ইমান চৎলবনি নতুং ইল্লক্কনি ঐদি অতোম্বনি।

লাংবন— কৈরোই লৈকাইগি ক্লুপীশিংন তায়াইমবু ফজে, মশা নাল্লি, লুই হায়নবসি তযাইমন তাবে। তাবিদ্রা তযাংমা?

থৱান— তায, মখাদি?

লাংবন— থাগৎপ তাবদগি তায়াইম মাংবনে।

থৱান— করম্ন?

লাংবন— থাগৎপ হাংবসি দূর্গা পূজাগি থাগৎনব মৈকাপ্পীগুম্ব জাৎনি, অস্নুম অস্নুম রাংন কাখৎলি ঙানখৎলি। মৈকাপ্পীসিগি মতুং ইনব হোৎনবদ তাযাইমন শূব ফি মপুন্সি শা'দে, ইষ্টী তকপদ কাদব যাওদে, খো'উপ কাপ থাবদ নো'ম চংই, খুজিন ফে'বদ অযুক্তগি হোৎনবন স্নুমিৎ তাবদ ইকজব কাবকই। ইমা তাযাইমন কবম্ব মতমদ লাইবিক পাব, থবক শূব শ'গনি অত্তনদি মৈকাপ্পীগুম থব ঙান্ন ঙহাক কাবম্মগ মুৎথি'নি অবোইবদা ইমুংসি চাওখৎহন্দোবিব নিপাদি ইথন্দনি। ইনাও মেবা ইমান স্নু'শিজবব শনাবৈ অপোম্বগিদি বোম্বেদ চত্তুন মংলৈবাক্ত যাওথ্রদোব মীনি।

মেবা— তাতোন্ন বাজনৈতিক পার্টিগি চেপ্তু ওইবিবগ কবম্ন ইমু'সি শেমগৎপিগে থল্লিব? নত্তে তাইব'পানগি ব্লাসি তাবগ মঙলৈবাক্ত যৌজখিব স্নুঙাইনব ননাওস্ন খব তাজখিগে।

লাংবন— ঐন বাজনীতি পার্টিদ ট্রেনিং যাওবিবসি বাজি, তাধন, ইতৈমা, তযাইম অমস্নুং মেবা মঙাসিগ মান্নদনব ইমাগি সেবা ঙম্নব ইমু'সিগি চাওখৎনব যাওবিবনি। অতৈসিদি মশা মশাগি অমস্নুং ইমুংগি কান্নব মান্নবা থবক তৌবগ লৈবাক্কি মীগি কান্নহনখিব ইমাইচাগি মিৎতা মীরেম ঙাক্তনি।

পূর্ণি :— চুমই নখা হায়থৌ।

লাংবন— লৈবাক শেম্ব মান্নব ময়ামদ উৎলগ ইমা ইচাগি পার্টি কান্নবা ইমুংগি চাওখৎনব তৌদোরিব নচা অশেংবদি ইমা ইথন্দনে। মপান্দ অম উৎ মফুংদ অমচৎ তৌদন কার-বারবু শেল তোংব হৌনব্রাও ? মী হাযদোকউনো— ইমা, ধর্ম্ম, রাজনীতি, দেশসেবা, লাইযেংব, উকীল, দোকান ফম্ব পুন্নমক মাগি মাগি কান্নবা পাম্বন মতাং মহে মবো-শিং শিজিন্নফমনে। ঐদ নব্রাও ইমাগি নচা অশেংবা ?

পূর্ণিমা— বাবন্ন যোগিবেশ শেৎলগ ভিক্ষা নিব লাকপদ সীতা হূবানবগুম মপান্দ ধর্ম্মগি দেশ সেবাগি ওভব কোট লিং-লগ ফিমুংদ থাং পাযব, লৈবাকপু নমথাক তৌব হূবানব-শিংতুগি মরক্ত অম ওইত্তুন ইমাবু থাক্কে হাযবিব্রাও ?

লাংবন— মানি ইমা বিশ্বাসঘাটক মহেল্লে বাজারদ মমল য়াম্বিব লল্লোনপোৎসে।

পূর্ণিমা— তানিংদে তুমিন লৈযু মাহাৎপা—নং ঙসিদগি বাজনীতি পার্টিদ হেক তিনব উবদ যুমসিদ লৈব যারোই। ঐঙোন্দ ইমা কৌব য়াবোই নগানবু নমথাক লৌনম তৌত্তুন হিংব হৌনব্রাও ? নশা নশান নথৌ তোগনি হাযব খঙত্রবদি ঐন হায়ব ইল্লু। থব্রান !

থব্রান— ইমা।

পূর্ণিমা— নশা নানব নং হযেং উৎসবকি লমতু থর শেংদোকউ।

থব্রান— চৎলগে ইমা।

পূর্ণিমা— নচিন্ন কান্নদে, হুজিকমক য়োং থাং পায়খৎলু, ইষ্ট্রী থমজিল্লু। চৎলম্রা ?

থব্লান— নোংদ খাকপিরক্কম্নু চৎচবে ইমা। ( চৎখি )

পূর্ণিমা— হৌগৎলু নখোয়নি। ( ফুক ফুক হৌগৎলি ) নতাং তৌবন্ব লাইরিক লাইশুশিংত্নু লোইশিল্লু ( পরপ পরপ লোশিন্দুন পাযথৎলি চপ তিংন লেপই এট্রেনশন্দা ) অমন অৱাংদ চৎলু, অমন খাদ চৎলু। তর্পন তৌব মতম থেংগ্রে মাইব্যাত্নু কৌকচো কোইথি থিত্নন পুবকউ।

লাংবন— কনাগি ইমুংদ মাইব শারুনি হাযবগে ?

পূর্ণিমা— মথং মথং যুমথোং যৈত্তন কোইথি থিথো। ৱাবেম খব পাম্ব ইমুং লাইশ্রম থম্বালতোম্বাখোযদস্নু যেংলকউ। অত্নগ মশা ঙমই থঙদে ঙমদে থঙদে, ঙহাক লৈতন নংগি বাজি থিরিবীত্নু মমিং কবি হাযযে মেবা ?

মেবা— থেক থেক লাওন চৎপী অফাওবী অত্নু নব্রাও ইমা ?

পূর্ণিমা— হোযনে মমিংত্ন কবি হাযযে ?

মেৱা— ঙাংবম চন্দ্রাবলী।

পূর্ণিমা— মানি মানি চন্দ্রাবলী, মশক ফুংশিদত্নন ঐদি মাগি মমিংসি হেক্ত কাওথোকই। যুম অতৈদ লৈবম্মবদি পবপ পবপ লাকমিন্নৌ অত্নগ চন্দ্রাবলীখোযদবু লৈবম্মবদি ঐবু কৌরকউ— চেন্দুন লাকউ, সত্য, কুম্মৈ তৌগে।

লাংবন— পাখং ফারব ঐবু মীগি ময়ুমদগি বাজিবু ৱারেণ্টত ফাব্লকউ হায়সিবু ইমা, বাজিবু ইকাইবোইদ্রাও ?

পূর্ণিমা— নংন য়ুমদ অনাব লৈতৌই পরপ পরপ চৎলুসি হায়রুবন ফব্রা—ঐন নোংলৈ মুংশিৎকুম্ন ঙংঙুন চৎলগ লৈকাই কুম্মৈ ওইরুবন ফব্রা ?

লাংবন— য়ুম থর পৈবসিদ নোংলৈ মুংশিৎ শিৎপিগমু ঐ চৎচরে ইমা। ( চৎখি )

পূর্ণিমা— মেরা নং কৈদৌরি ?

মেরা— নিপা অম থিববু অনী চংব হৌনদে, ঐ চৎলোই ইমা মতম মাংনবনি।

পূর্ণিমা— নখোয়নিদ নত্তে, নং তাচৌম্বু নপাথিরুসি হাযঙুন হৌখো, নখোয় অহুম চংঙুন চিরক্তুবদি থঙগদব থৌনাইব নপাবুং নত্তে। চৎলু হুজিকমক।

মেরা— ঐদি চৎলোই, তল্লি ইমা।

পূর্ণিমা— লম হেল্লবদি য়ৈয়ু হায়ব্রা মেরা ? নং ঐবু কিব্রবাও ? ( থর চখোক্লগ ) নং তাধন তাক্তুন ফুহনগে খঙনি। হায তাবিব্রা ইমাগি ক্বাক্লে ? ওঃ ইঙা। শেল থোক্তুব উকীল সাহেব নংবু তারিব্রনে ?

( ডাক্তরগি পোষাক শেৎপী ষ্টেথস্কোপ পায়নী ইঙেল্লে ডাক্তরগি বেগ পায়ঙুন লাকই।

ইঙেল্লে—লাও খোংন সোমদ ইফিং ফিংন কৌনখিবু অনা অযেক য়াওব্রনে অযোক ?

পূর্ণিমা— নংবু ঙসি অয়ুক্কি অনাব থিব চৎলুদ্রিবা ?

ইঙেল্লে—চৎলুরে, হল্লকইবসিনি।

পূর্ণিমা— শেলদি কয়া ফংলকই ?

ইঙেল্লে—কোম্ন পীগে হায়ত্তন শোৎলকপ ঙাক্ত ঙাইহৌই।

পূর্ণিমা-- উম ঙাইহৌনি। উকীলত্তু লৈত্রাও? মী খৎনব থিব চৎপ্রব্রা ?

ইঙেল্লে—লৈব উদে, কেশকি মী ময়ামদি ফমত্তন ঙাইরি।

পূর্ণিমা— নংন অনাব থিব চৎপদ নকুবোক্ল ব্রায়েম ঙাংত্তুন লৈ-হৌবকা উদেকো।

ইঙেল্লে--উরমদে অবোক। কৈদৌরবগে ?

পূর্ণিমা— মপা ওক্তব থিরুচো য়াদ্রিবা ননাওসি অমুক্ত য়ৈয়ু।

ইঙেল্লে—থিকরো কৈদৌরে নিপাম্মচা ? ইমান শাওরগ ঐখোয় য়ুমসি লৈব হুঙাইদ্রাও ?

মেরা-- ইতৈমন হল্লকপদ বাজিত্ত য়ুমদগি থোকপ্রবদি হল্লকন্দে হায়ব খঙইবনি খর থিরকপদি কৈদৌগে ইমান হরাওনব।

ইঙেল্লে—হযেংমখৈ ঐ থিরকে, নং খর চৎলু নিপাম্মচা।

মেরা— কৌরুনি, য়ুম য়োরক্লগ চাক তপ তাবমখৈ চাশিল্লগ হু হেক চৎখিবনি, থিবগি কব্বিবু কান্নদোরিবনো ? ঐবু থিরুঙো হায়রবদি হমা, হোরেল বাজি লাক্লগ ঐখোয় ময়ামগি মমাংদ বাজিবু ঙাংলোইদ্রাও ? হকচিক লাংব পাম্ব নিপাত্তবু ওমচাক্লহনগদ্রাও ?

পূর্ণিমা— নংন ঐঙোন্দ থানাগি দারোগাদৌন জবান লৌরিবু, নংবু অচিক অশা ওন্নব যন্ত্রারাও ? হা থার্মোমিটর ?

মেরা— ইমান ঙাংমনবহুদ তানিংদহুন বাজ্জিত্ত য়ুমগী মখাদ হিদাক ঙান্থক অমত্ত ফম্নিংদ্রবনে খঙও। (চৎখি)

পূর্ণিমা— নখোয় নতে ননাওন লোৎলিব শেলশি করি বেঙ্কতনো। কয়াদি শুজরে হরাওবিগে ?

ইঙেল্লে— ডাক্তরন মশিং য়াম্বনে উকিলন মশিং য়াম্বনে হুজিক-কালসি অবোক শেল পংথোক থোক্লদ্রে। অহুগ ঐখোয়-নস্থ শেল লোব কয়া হৈতে। মাই শোল্লি। লল্লাই ফার্মাসি অম লৈজরগদি শেল থোকপ থর তেম্দোবনি। মখোয় তাধম্নদোই শেল ফংনব, মীন হুংশিনব, লৈবাক্কি ওইন তৌব কেশ ঙাক্ত পায়থত্তন মিংচৎ তানখ্রে। ঐস্থ অনাবব কিহন্দুন, তাৎ তৌভ্রন শেলগিদমক লাইয়েংব হৈতে, অহুন শেন কয়া থোক্তমানে খল্লি। অবোক ঐখোয় ইকুবোকসি চহি কযাম্ক শুবগে ? য়ুমদ ইরৈ লৈনিংত্রিবসিগি দশা অমুক য়েংবিরুব চুমদ্রাও ? ফম্ন তোকপদ, লমহৌদোংদ ফল্লল্লবদি য়ুমদ পংল্লৈ লৈনিংলোই অবোক।

পূর্ণিমা— চহি ৬০ তানখৎলকপগী ঙাওরিব হায়হুনি, ঐ ঙসি থিক তৌগে খঙগনি, লাকখিসনু তোকপহু।

ইঙেল্লে—অঙাং ময়ামসি লৈভন খঙদে, খৎনবিন্থ ফত্তেদ অবোক লক্ষ্মী চংলক্লব ইংন পান্সি।

পূর্ণিমা— খৎনররোই থায়নদোরিবনি, নখোয় মখৈ ইংন পাঞ্জ-হোরো, খৎনগনবী ঐদ লমদ লৈজখ্রগে।

ইভেম্লে—করিগিনো অবোক? ফত্তেদ যুম থাদোক্তুন লংফৈদ লৈরগ করি কান্নগদগে?

পূর্ণিমা— য়ুমদ লেংদন লৈরবসিদদি নকুবোক্ল ঐবু উশিত্রে। যুমদ ঐন লৈত্রগ লমকোইব তোকপত্ন ৺মদ মরাইন থিজ-রক্কনি। করিনো ঐন লৈশাবিঙেদ তোকপত্ন ঐখোয়দ পুরা চহি ৫, ইবুং ইকপ্পান উতুপ্ন থাবদ হনপোৎ নত্তে। কান্নববোহ মসি নিপাসি হনব নাহদ্রে মতিক চারে হায-ত্ননা বাজি.খায়ন এবু বন্য। কৎলকপনে। হৃজিক মযুমদ লৈরবসিদদি পোংলত্ন চাওথোক্লত্ন মযুমদ হজিনগনি হায়ব খঙদ্রে। থম্বালমাখোযদ থৌ তৌবিকনি, আ—চন্দ্রাবলীগী মবুংত্ন অকম হোবে হাযযে, মবুক মেৎলুগে চৎখিবসিন হল্লকপোৎ নত্তে. চাক ঙাহবদগী তুমথোকউত্ননা চজিক চাবসি মশীং কযা যাম্মে নংবু খঙলিব নত্রাও?

ইভেম্লে—ঐদি অবোক্ল চবা হেক হেক হেনবত্ন হকচাং হুঙাইতে চানিংদ্রে হাযত্ন হেল্লিবোহ নিংহ ঐখোয ইকুবোক্ল খর থেংন হল্লকপগি ওইনবিব চাক ওইবেসে।

পূর্ণিমা— চাকলাম্বন পুকসি গ্রোং গ্রোং কপ্প ফাও থাংইবনি। হঙ্গর ষ্ট্রাইক হাযবসি নিপা রারক্লব হুপীগি থুৎলাযনি হাযব নং খঙদ্রিবাও? ডাক্তোর তম্বদ যাওপোৎ নত্তে খঙহৌ অপংবী। তাইবংপানবদ নখোযন খঙদব লাইনা য়াম্ন লৈরী। নকুবোক্কী লায়নাসি মখোযগুম্ব ডাক্তোরনা য়েংব হৈরোই।

ইঙেল্লৈ—ঙসি ইকুবোক্ক খৎনরোই খাইননি হায়রিবসি ডাক্তরন হৈতব লাইয়েং পথাপ অম ওইব তারেনে অবোক ?

পূর্ণিমা— নত্তবদে, অঙা° অতৈ তাকথোকউহু ঐবু হুজিক অঙা° ময়ামসি হুন্দোক্তুনা যুম্নাক অমদ লুহোংব য়াখিদ্রাও ?

ইঙেল্লৈ—অনৌব চৎনরসি হায়বদি খঙদেকো চাওখৎনব, অত্তুগ হান্নৈদি য়ানদে অবোক।

পূর্ণিমা— কনান য়াদ্রিবনো খঙব্রাও ॰

ইঙেল্লৈ—সমাজন।

পূর্ণিমা— অঙম্ব অমগ মীচম অমগ খৎনবদ—অঙম্বত্তুন আইন্ন চৈশু ওইত্তুন মীচমগি মকোক থুগাইরবদি মীচমগি মকোক্তু আইন্ন থুগাহবনি হায়বদ তাব হুংঙাইব্রা ?

ইঙেল্লৈ—হুঙাইতে, অঙম্বন থুগাইব মকোক্নি।

পূর্ণিমা— হুপী মচা মরি শুরবন মপূরোইব তোকপ নত্রগ লমশলগ খাইনরগ অতোপ্প শামুগুম্ব, নোংশাগুম্ব অমদ লুহোংব য়াদ্রিবসি সমাজগী নিপামখৈনরা হুপী য়াওব সমাজ অপুনবনরা ?

ইঙেল্লৈ—নিপামখৈননি অবোক। হুপী ঐখোযবুদি থিংলগ চহি ৫০।৬০ শুরব মতিক মরল লৈব নোংশা শামু নিপাদি লৈশাবী লুহোংব য়াই সমাজন থিংদে। মীচং মীথায় য়াম্ন নাইরি।

পূর্ণিমা— মত্তুনি, হুপী ওৎপ নিপা রারক্নব, সমাজ শেংদোক্নব মতিকচাবী হুপী সমাজন পামই। সমাজগী অরাৎপসি

মেন্সিন্নবগিদমক পূর্ণিমা ঐ অবতাব তৌবকপনি। সমাজগী অবানব নীতি চুমখোক্লব, হুংশিন্নব নকুবোক তোকপ থাই-নরগ, ব্রা'ন বোক৮বব ইচা মরি ইঙা, খরান, লা'বন, মেরা অমসুং লৈবাক্র শবখঙদনী ইংঙেললে, ইচাশরবী ইমৌ নংবু চংদোক্লন্নগ অতোপ্প নিপা অমগ পালা কোহবব শুমা ন লুংগেংব তাবি। (কপই, ইঙেল্লে লোম্ন নোকফেৎ তোই)

ইঙেল্লে—নচা মাবগ নমৌ ঐগন দান্ থাদন তাবি। বব ওইদৌরিব ইকুতোনচুবু কনানোনে ঙনোক ? (কপ্পিংন)

পূর্ণিমা— ঐন শুমা'দ লৈ কোইনিংদ মেবা মপা নকুবোক অংনবু ভাবোক ওইহনগন্ধু।

ইঙেল্লে– হব্লংবাক্র টতুপ পাযড়ন লাকবদ মমৌ ঐন মযাম্মা'দ খাম্মুব যাগদনে অবোক ? (কপশিন্ন)

পর্ণিমা মচা মবিবু খামল্লু। (কপই তিক হিক)

ইঙেল্ল— মখোয মরিন লিংজেল মাঃবনদি ঙন্ন যাই ফাড়ন থন্ন। (কপশিন্নে) কবিগুন্ন ইকুবোকপু মচা নিপা মবিন ফাব ঙন্ন থোক্লবদি কদায়দ থমহল্লুগে অবোক ?

পূর্ণিমা— চন্দ্রাবলীখোযগি মাঙ্গোল্দ লমহৌদোংহু পুন্দুন থমহল্লু। (মনি মমৌ ওঃ খোংড়ন কপমিল্লে)

ইঙেল্লে—ইকুতোন্দু কনানোনে অবোক ? লৈনব্রাও।

পূর্ণিমা—এলজেব্রাগি এক্সনি, মতিকচাব পাথ্রা ইখোঙন চত্তুন থিরুদৌরিবনি।

মেরা— (পরপ পরপ লাক্লগ চপ লেপই) ইমাগ ইতৈমাগন ইঙা ইঙেনগি নোংগুম পি অতুক য়াম্ন মাংহন্দুন কপইবু বাজি লৈখিদ্রে কনান হায়রিবনো ? বাজি শিদ্রি. য়াম্ন চংন লৈহৌয়ে।

পূর্ণিমা— কনা, লৈহৌই নিপাম্মচা ? কৈদোহৌই ? (পি তৈথোকই)

মেরা— য়ুমদ চৎসি য়াদে। হন্দোল চন্দ্রাবলী খোয়গি মাঙ্গোন্দ খোইরু থাওমেকা থান্দুন থৌ তৌহৌই।

পূর্ণিমা— ঐ চৎলুগে খঙনি। (মফি শেমই থাংচেৎ শেৎলি) হুপীমচা নং চৎলুসি লাও। নচিন্ননাও মরিমক ইল্লকউ কুম্মে তোগে ঙসি, পূর্ণিমা ঐগি লিংজেল খঙহনগে।

ইঙেঙে -চৎলু অবোক কনামগু লিকু। থরান, লাংবন, মেবা নখোযসু চৎসি লাও, থর হাকমল্লি চন্দ্রাবলী, নখোয় তাধনসু কৌবকউ। (মনি মমৌ চৎপ হৌই)

মেবা— ঙাইখো হমা, ঐন ফাগি তৌবনি বাজি লাকহৌবে। নিংথিন পোথাক্তুন বাজিগ খৎনবদ ঙাংনব পোইন্টুম নিংশিংহুন লৈবিয়ু।

পূর্ণিমা— নথক অহন্দ নচিনথীহুন কনেম্নবিবোহবে হিদাক মরু। কৈদোহুন লৈরমই ? ময়েক লান তম্মু, তাগে।

মেবা— ঐ পাক চংদে ইমা; শম্বন অহোবদা স্পাই শাতুন য়েংই, ইমান থবক ফত্তে হায়খিনি হাযত্তন। খোঙগ্রাই চন্দুন বাজি ফম্ফম ফক্ত ফমহৌই চা থকহৌই।

পূর্ণিমা— অচ্চা! চন্দ্রাবলীদি কৈদোহুন লৈ ?

মেরা— তম্মক্কদৌরি ইমা তপথবিযু। ইন্দোল চন্দ্রাবলী শাবীদু সনা খুদোপ লাইরেল মখোই শিরিব মথুৎ ওই অত্তন খুত্তুম ফাল্লগ হিদাকফু থম্বাল শাবদ হিদাক থকহৌই। করিনো মাগি শমাদোং মমৈদু হেক থাদরত্তন মোডাদ ফম্মগ বাজিন চা থকপ যেংহৌব শকফমত্তদি তর্পন পাম্বান ইপা ইপু পূম্নমক নোরোকতুম তানি, জাপান লানগি বোমত্ত লংশিন্নিংখ্রেদা সত্য।

পূর্ণিমা— করি কবি রারী শাহৌই?

মেরা— চাত্তবু ফানব য়াদ্রববাও? কমদৌগে? চা মনম য়াও দ্রব্রাও? চিনি খিত্ত হাপচখিগে?

ইঙেল্লে—ইকৃবোকপু তুমিন্ন থকপ্রাও?

পূর্ণিমা— চা কপ কযা থকই?

মেবা— গিলাস অচৌব অহুম্ব ফানি বাজিন থকহৌবত্ত। থকপ লোইবগ ইন্দোল চন্দ্রাবলীন "খুদোং ফানগদ্রা চকট ওইন ফানগেবা? বাজিন হকচাং ফত্তে হাযত্তন মৈথু হেল্লে, কা চাগে শকহেনবী" হেক হায, ফুক হৌগত্তুন চন্দ্রাবলীন কা মতপ হোক্কি বোলমুক চাওব অম শেম্প্যাক্ত হাপ্তুন পুথোবকই, নোকফেৎ তৌবগ বাজিদ লান্সিল্লি। বাজিন লৌবগ চাহৌবে, লাক্লনি ইমা।

(মুংশা মপী হোন্দুন হুমাই হুমত্তন শাওনিংবা থাঙই পূর্ণিমান)

ইঙেল্লে—নিপাম্মচা নংন হায়রিবসি থাজরক্তে। অয়ুকতবু ইকু-বোক্ল কা চারমগদ্রাও?

পূর্ণিমা— অয়ুক হুংথিল খঙব তোকপরাও আসামদা চৎলুরবা নংগী নকুবোক্তুবো। থবাইগি চৎনরোল্ল থঙলবদবু, পূর্ণিমা ঐ পানা মচা নম্রাও ? চহি মতাং অসিদ ইখোঙন চত্তুন বর থিরুগে হায়গদ্রাও ? (মপি তৈথোকই)

(লৈঙাং খূদৈ য়েৎ, ফুরিৎ খুদাং লাওবী লিৎ, ফৈজোম গুঞ্জা তুংদ য়েপ শরৎন থাবল চোংবীগি ইশৈ তান্দ ঙংতুনা লাকই।)

মেরা— বাজি লাক্লে ইমা। ঐন তমউ হায়রবদি নচা, অপোম্ব শনারৈ কংতুন মাংলেদো।

(মনি মমৌ লাপ্ল য়েংই ইশৈ ঙংতুন হল্লকইবতু)

শরৎ— নোংর্জুথাদি লোযতুন, শরৎন ঋতু চংবদ, হৈনৌন নানৌ হুনব কাল, থাওনমন মপান শাৎপ কাল্ল, পূক্লিং ইনৌ নৌইদা। সোলোম্ন চম্প্রা সনারৈ, থাবলন ককচেং উবদ, জগোই রাস খুরুম্ব চৎমিন্নখিব খোঙবুদো করম্নবু কাও-শিবা।

ইঙেল্লৈ--(ইশৈ ঙহাক তারগ) অবোক মেরা য়ৌরমদাই অয়ুক্ত থাবল চোংতুন লাকইব ইকুবোকসিবু হুংশিদ্রাও? থৎনন্তুন চৎথিব থোক্লবদি ঐখোহ পূন্নমক নিংঙমহৌরোই। (চৎখি)

পূর্ণিমা--- থৎপদি থৎনররোই—হাৎনব অম থাইনব অম ঙসিদি—।

( জয়পুর ফিদূপ্ন ফিরুক মৌ অনৌবী মান্ন কেন খুম্মগ পৈতুন ওইন ওংদাদ পূর্ণিমা হিদাম্দ ফমই, ইশৈ ঙংতুন লাকপদগি পূর্ণিমা উবদ চিংথোক্লগ মথুৎ পায়তুন।) ইশৈ

মত্তেক অমত্ত খুমউ, তান চাত্র য়েংশি অঙাংশিংসু লৈব উদে। (মথক্কী ইশৈত্ত পূবা শকই, পূর্ণিমান খুমই লোহব ফাওব। মেবা অমসুং ইঙেল্লন লোগ তায়, নোক্তুন য়েংই। ইশৈ লোহবদ পূর্ণিমান খুৎ কম্বোকতুন মান ত্তৌরগা হিদাপ্প ওইনতুন ফমখি)

শরৎ— প্রিয়ে মেবামা, নংন ঙসি মান ত্তৌত্না লৈবম্মিবসিবু নশা ঙমদদন লাংমন কাংলত্র ঙগাক্তং নমথবিয়ু হাযত্র? কৈ-দোৰবগে ইথুম খুমদ্রিসবো ?

পূর্ণিমা— কদাবদ লেংউবগে? তর্পন শোনবা মতম থেংলে হাযবকা কাওত্নন ফম্মুবিব হমুংবু কনাগিননো?

শরৎ— অমগি চাবান থাবিরম, গমশি পৌ তোবিরম, অমদ ঙহাক পুক শুবম, থেংদোকাগ পাত।

পূর্ণিমা— অযুক্ত চিনবান ঙাংনা কা চপ চপ শাহত্নন লাকইত্নবু কনান তপ্প বানো?

শরৎ— প্রাতঃ স্নান ত্তৌবগ মাইব শাপ চৎপনিন কা চাব দোষ লৈতেনা।

পূর্ণিমা— কনান পীজবকপনো?

শরৎ— ঐদি লৈবাক্কি মীনিন অমনসু অমনসু পংপিদ পীজবকইদা।

পূর্ণিমা— ঙসি অযুকপু কা মত্তপ কযা হারবগে?

শরৎ— অমত্তনি. কবিগিনো?

পূর্ণিমা— কনান তপ্পনো?

শরৎ— তপ্পদি উহোদে কনান তপ্পিদগে থগুদে।

পূর্ণিমা— লানবদি কনান লাল্লকপা ?

শরৎ— করিগিনো ? চা থকপা মতুংদ চিন্সি ইথূম থুমই হায়দুনা চাবকপনে আসামীদোন।

পূর্ণিমা— কনান লাল্লকদুনা হারিবনো হায়বা ?

শরৎ— অঙাং অমনরা কবিনো, মখুৎ তনৌ তনৌবী অমন ক্বা মতপু লাল্লকপগুম .ভৌই, কাওবু কাওরে অহল ওইরদুনা বুদ্ধি হফক ফনচিন্নেদা ঐদো।

( নাদগি লৈ অম কোয়েং লৌথোকপদ তাবকই )

পূর্ণিমা - ( শাওনিংবদু হুমাহু হুমদুনা থাংলগ ) কনাগি হমু'দগি অঙাংনিনা ? বিপ্রলব্ধাদ নমথাক লৌনম তাক'পিবনদি। ঙসি মান তৌনবদ যুম তংথায় তানি, অঙাং মারিসি অনী অনী যেন্নদুনা তোক্লনি অয়ুক্ত চিল্লকইব সৌগ্রি অশিনব মপান্দুনা কনাগি শর্ম'ক্রদগি হেক্লকপনো ? তশেংব তিংগাকোক হায়দোকপিত্রবদি ঙসি পূর্ণিমা ঐবু থাশি মাল্লি হায়বিরমু।

শবৎ-- চন্দ্রাবলীন পীজরকপ ক্ব' মতপনি লৈদি মখোয়গি কোন্থোং মপান্দ শাৎলম্বদগি ফজৈ হায়দুনা ঐন হেক্লকপনি।

পূর্ণিমা— চন্দ্রাবলী হায়ব মিং অসি হেক তাবদ ঐ লাইমন হোই হায়ব খঙবিদ্রাও ? ( মবুক নমজৈ )

শরৎ— ঐন মাগি মমিংসিদ পল্লোইদোবগি ফন লৈদুনা থাংই, নংনদি ক্রিক ক্রিক হেক্ত তকশিল্লকইদো পেম্মা।

পূর্ণিমা— চন্দ্রাবলী খোয়দ নত্রবদি মণিপুরাসবু অনাব য়াওবা ইমুং লৈত্রবাও ?

শরৎ— মাইব হায়বসি মীন কৌরগা চৎবননি মেরামা। অতৈনদি কয়া হৈতে হায়ত্নন পংন কৌবিদেদো। কেবল মাত্র চন্দ্রাবলীদনি ঐবু থাজত্নন খর তোইন কৌবিরিবা। নবুকচেল মাংগন্নু পেম্মা, নচা নমৌ মযান্ন তারগ ফজপোৎ নত্তে।

পূর্ণিমা— ইবুক মাংব ঐবু ন্না ন্না লাওদ্রিডৈ ইপামদ থিনবিরো।

শরৎ— নং য়াওদ্রবদি ঐদি যুম পানব ঙম্মোই, নতুং ইল্লক্কনি ঐস্ত্র।

পূর্ণিমা— ইতুং ইল্লক্কদনগি শরুক চন্দ্রাবলী খোয়দ চংবিখো, ঐবু ইপামদ থিনবিরম্মগ লেংলসি ইহে, ফি ময়োম অমত্তদি পৃখিগে, অতৈদি অঙাংশিংবু থিলহনবিরকউ। ( ময়োম লৌথোকউই )

শরৎ— ফজদে তৌন্নু পেম্মা, নংবু চফু মচেৎ উযান মচেৎতগি হৌমিন্নরক্লবনি হায় ক্কাকলৈমা।

পূর্ণিমা— চফু মচেৎ ঐদি চেগাই ওইন লম্বীদ তাজহৌরগে। শমজি মমৈ শাংবী, খুদোপ লাইরেম মখোই শিবীখোয়দ ক্লুংঙাইন পানবিরুরো। থিনরিরো চৎলসি কান্নপোৎ নত্তে, খল্লুরগ হকচাং মন্নবনি ইশান খর তীন চেনবসিদ—।

শরৎ— নচা ময়ামসি হুন্দোক্লম্মগা নপামদ কৈদৌদোন্নিবনো।

পূর্ণিমা— ইশাশি কনথৎনব মীন য়েংব হুণ্ডাইনব মাইব অহৈব অম কৌরগ লাইয়েংহনগে তৌবনে।

শবৎ— নংগি নশা ফক্তবত্তগিদি ডাক্তবগি হিদাক তৌগে হায়রবস্থ M.B.B.S. পাস তৌবী নমৌ ইণ্ডেল্লে লৈ, মৈতৈ মাইবগি থুৎলিন ফগনি থাজরগ ইমিং ওথাক চচ্চরব ঐ লৈবি, কবিগি নপামদ লাইযেংবগি চৎকদগে।

পূর্ণিমা— ঐন থাজব পক্কগদব মাইব কৌজগে ইথুৎ চাব।

শরৎ-- লমগি শন্ন মচি শাংই হাযবত্ত তৌরব্রা ?

পূর্ণিমা— অঙাংশিং তাদ্রিঙৈদ চৎলসি থিনবিবো ব্রা ব্রা লাওবগ কুম্মৈ তানবনি। (মচা মমৌ মথং মথং কৌনত্তন লোন্ন যেংই )

শরৎ— ওইনগন্থ নশু উদোবে মান তৌগন্থকো পূর্ণিমা, ঐ থিনবস্থ ঙম্মোই ইকাই।

পূর্ণিমা— চিনবান ঙাংশং ঙাংন কা অযুক্ত শায়রগ লৈ থেৎতুন খণ্ডিতাদ যুমদ হল্লক্রগ করিগি মান তোরোইদগে ? ঐবু হুপী নব্রাও চন্দ্রাবলীন ঐঙোন্দগি কৈদ হেনবগে, ঐখোযদ হৌরিব সৌগ্রি মপানসিদি মুকাকলৈবা ?

শবৎ— মান্ তৌবদ কা হেল্লবদি, নপাম য়োরগ ঐন স্থককৌ কৌবিরক্ত্রবদি ক্বাকলৈমা নংবু কলহন্তরিতা হায়ব রস অত্তন মৈ হৌত্তন নথ্বাই চাক্কনি হায় নোংজুথা লোহগ্রগ হুংঙাইরব মতমসিদা।

পূর্ণিমা— কেশে, চাকপিবদি হায়রুন্থ। মণিপুর স্না লৈবাক্ত মাইব

শাব হৈবসিবু নথন্দরাও ? পেনা শকপ হৈব, বাশিন শুমহৎন খোংব হৈব শ্যাম, কহ্নাই, কালাচাঁন, গোপাল, গিরিধারী, বংশিধারী, চক্রপানী. মৈশ্যাম মধুসুদোনখোয় পিকথন্না লৈ, চন্দ্রাবলীন ঐগোন্দগি করিদ হেক্লিবনো ?

শরৎ— অতৈ অতৈ হায়রিগেন্দি থর ফরম্মী পূর্ণিমা। নংন থীখিব সহস্রনামতুগি মনুংদ মেশ্যাম মধুসুদোনগি মমিং য়াওরক-পহুদি ঐ শাওনিংঙ, থিনব তারে চৎলু চৎশি। নং অতুগে মধুসুদন কাওদ্রিবোযরেসে।

পূর্ণিমা—মাহথক্ন মৈস্যামদগী শাগে জাৎ হেন্নাও কর্বিগি কাওরুদগে মীগি মচাহ্ নংন মরালস্ন লৈতন সুন্দ মকোক থুগাইরুব নত্রাও ?

শরৎ— (শাওন) মখা তাগু নপাম চৎলু পূর্ণিমা. থিল্লগে লাও, ঐবু মধুসুদনগা চাংদম্নরিবোহরে। (পূর্ণিমা নম্বো কোক-থোংনতুন চৎলি শবতন হল্লি)

পূর্ণিমা-- ঐন হপামদ লৈরব কান্দ হয়েং ঙহাক লৈতন লাক্কুন ঙররাও ঙররাও কাদি থোংরিরনুকো হকাইজে।

(চৎন চৎন)

শরৎ— নংনিসে লৌচিল তুতী ঙহাক লৈতন থারক্কুন শরৎ বসন্ত ঋতুগি মুঙাহরব মতমদ ঐঙোন্দ নোং মংহল্লদোরিব।

(চৎমিল্লাখ)

(থরান, লাংবন, মেরা, ইঙেল্লে তপ্ন মরী মরী লোন্ন থোরক্কুন অহল অনীগি মতুংদ য়েংহোই )

ইঙেল্লৈ—শোরোক য়োৌখিদ্রিবৈদ অহল অনীশি খামহৌ হায়
নখোয়বো অঙাংশা। ঐখোয় পূন্নমক চোপ্প য়াওরনি।

থন্নান— অহলন জ্ঞান অস্তুক তাদ্রদবু যুম্ন অসিন মুঙাইখৎপগি
আসা লৈব হৌনব্রা? জ্ঞান তাব নখোয়নীন তান্নদূন অহল
মীরোল রাৎপ অনীভূগি মখুৎ লাক্তুন চিংলকউ চৎলু।

লাংবন— ঐ অন দায় লৈতে, নহান অহল রারকপ হৌনদে শরৎ
ঋতু চংলকপ অসিদ।

থন্নান— মেরা নং চৎলুনে— বাজীগ ইমাগসে খাম্মু চংলুনে,
ঐখোয়বু মখোয়গি মচা নত্তে হাযতুনা নামজাবী তৌব
য়াগদ্রাও?

মেরা— অস্তুক নুঙাব কুম্মবু থুগাইব হৌনদে তয়াইম, লীলাশি
লোইফাওব শান্নাখনত্নু কলহন্তরিতা য়োনব।

থন্নান— ইতৈম থর খাম্বিরুদন।

ইঙেল্লৈ—করম হায়ন খাম্মুদগে মমৌন. ইকুবোকস্ত য়াওরি অবোক
মথন্দ চংখিবস্ত নত্তন?

লাংবন— ইতেমনবু খাম্বিরুগে হায়রবাদ বাজিগি চঙোল উপু
চিথরম্মে পুখোদ হাধারিরু ৎেক্ত হল্লকনি।

মেরা— খাম্মুন্নু ইতৈম, চাকতুম খিদোকউরো ইমান থোংলম্মবনি
চজিক লেমদনব ইমাগ বাজিগগি শরুকতু ঐখোয় ময়ামদ
য়েন্থোরকউ। বাজিস্তু ইমাস্তু ঐখোয় য়ুমদ ঙসিদি
চাররোই, পিকনিক চৎগ্রপোৎনি পিকনিক, ইমান পুথিব
ময়োমদো চেংজেননে।

লাংবন—লুহোংখিব চহি ৩৪।৩৫ শুববদ হুজিক্ত বাজিগ ইমাগ হনি-মুন্নি হাযত্নন চৎথ্রিবসিবু নহান মখৈ যৈথোর কইব্রা খঙদ্রে।

থন্নান— কীপ সাইলেণ্ট, অত্নগুম্ব ব্যবহাব লৈতব বা ভাংব হৌনব্রা? পাথং ফাবব নথোযন অদুম্ন দিসিপ্লীন লৈতবদগী বাজিগ ইমাগন কবিমত্ত ইকাইদ্দিব .ব্রাও? অভাং ফব্রবদি অহল ভাওবনে খঙও।

(লাপ্লপ্ন ইভান ইশৈ শকত্নন লাকপ মথোল তাই—উকীল্ন মান্ন শেৎলকহ, লাইবিক অচোব ফাইল যেপ্লকই)

ঈশৈ

চীংদ শাৎপী ইংভেনলৈ,
চিন্নদন কেনখিবী
হা কল্লবং দে।
ঐন কেনাগে কেন্দদো—
লৈকাইগি মালংবন শউম কন্ন
হুম্বগি কেনবনি দে।

ইভা— কদায কদাযদ চৎথ্রবগেনে রাইবম হচাই চাইবত্নন অশিৎ অবাম্বাগি মুংশিৎ শিৎখিবদোন লৌখিবসিবো কনা কনা লৈবগে?

ইভেল্লৈ—মপাগি মচা অমস্ন লাক্লে। (চৎকে তৌবদ ইভা চংলকপ)

ইভা— চীংদ শাৎপীত্নবু হল্লকত্রিব্রনে?

ইভেল্লৈ—হঞ্জবক্লে মালংব, স্নম্ন থূম্নবদি ফরব্রাও?

(মচিন মনাওশিংন ইকাইবোই নোক্লিংবোই তৌই ইঙান মনাও নয়াম উবদ ইকাইত্নন মমিৎ উইশিল্লি)

ইঙা— অঙাংশা নখোয়বু লাইবিক লাইশু অমত্ত তৌদব্রাও কবি রাবেম তৌত্নন লৈবিবনো পবিক্ষা খিৎত ঙাইববদ? ইমান কদাইদ চৎখ্রে? বাজিদি তর্পন শোনথ্রবাও? (থল্লানস্থ চৎখ্রে লাংবনস্থ) অমত্ত থুমদ্রিবসিবু ননাহু তাদ্রবাও?

মেবা— বাজিস্থ ইমাস্থ পিকনিক চৎখি।

(নোকফেৎ তৌহ্নন খোকখি)

ইঙা— ইমাখোয মপামদ তর্পন কৎপগি চৎখিব্রাও? (ইঙেল্লেদ)

ইঙেল্লে—উৎসব নত্তে পিকনিক চৎখিমানে।

ইঙা— কবিগি পিকনিক অহন্নবো?

ইঙেল্লে—পিকনিকপু নত্তমানে, লাংবন্নদি হনিমুন্নিবু হাযদা।

ইঙা— ঐ চহি ৩২। ৩৩ শুরে, লুহোংব মতুং চহি ৩৩। ৩৪ শুরবদ বাজিগ ইমাগ হনিমুন চৎখি হায়বসিবু ঐ ভাব তাদ্রে চীংদ হৌবগ তমদ শাৎলবী ইঙেল্লে কৈদৌথ্রলগে?

ইঙেল্লে—বিপ্রলব্ধা খণ্ডিতাদগি অবোক ইকুবোক মান তৌনহ্নন খাইনরে অবোকপু মপামদ থিনব চৎথ্রিবনে।

ইঙা— মাই গোড। অত্নঙৈগি ধর্ম্ম যুদ্ধত হৌরবোইরে। এদামগ ইভকন অধিকার মুন্নবসি লোইব নাইদেদ সত্য, ঙসিদি কনান হৌই?

ইঙেল্লে—হৌবগি জংৎতি এদামনিদন।

ইভা— হুপীগি মীচং চংলিব্রা ইভেন্নৈ ?

ইভেন্নৈ—মীচং চংবগি ৱা নত্তে। ইকুনোরু চন্দ্রানলী খোযগি যুমদ মাইব শাবদগি তৌরকপ বিপ্রলব্ধা খণ্ডিতানি. ননাও নিপান পাওদম্ব।

ইভা— খৎনসন্নু নথো ইংেতৌসি নখোযদি অসাই মথৈ কুম্মৈ য়েংলম্মিন ওইরে। ইমান ইশো লাংবদগি বাক্তিদু যুমদ পোথাকম খণ্ডদুনা চন্দ্রানলীগি কুঞ্জদ হকচিক লাংইব ওইবিনি। যানে দো, কোর্ট চৎলগে চাকপীবো।

ইভেন্নৈ—ইকুনোরু পোকপনিন নিপাগি মীচং চংনিংঙ্গবিনি।

ইভা— থবক লোইরগ হুংদাং ৱাকিং চৎপদ ইমানি যেৎনসি হুজিক তৌরব্রু ইমাগি মনো। বাক্তিবু তপন শোনখ্রবাও ?

ইভেন্নৈ—শোনখিদ্রি মখোয তাধন্ন শোননিব তাবি। ( শামতু অঙাংব পী )

ইভা— শানত অযুবত শেৎতুন শোল্লবদি মগ্র কাওখোকখিনি। শামতুগি শানতু অঙ্কানি খোগ্রাও উপতুন হেক্ত শোল্লগে পুথোররো।

ইভেন্নৈ—অবোক উরবদি ৱা থোক্কনিদো।

ইভা— নংবু ইমারাও, হেক্ত পুবকউ।

ইভেন্নৈ—ঐস্‌লু মুগা চোংদোকউখিগে, ফিবুদি অশেংব ভাক্তনি তাযরবু। নিপামচা মেরা। থাংমৈ থাঙ্গৎলু ধূপ থারুকউ হায়।

ইঙা— মুগা অমোৎপত্তুন শেংদা শক্তক নফি অনানবত্তুন হেক্ত পুথোরক্লো য়াম্বে কদায় ? ( চৌকিদ ফমই ফুরিৎ হুক-তোক্লগ)

ইঙেল্লৈ—ফি তোংদোক্তন শোকপ যাবদুনে ঐবো — মাংব — শেংব— ।

ইঙা— মাংব শেংবগি রাত্ব অনৌব আইন্ন যাদ্রে খবরদার ; অরিব সরকারগি মী ইমা উদ্রিভেদ হেক্ত পুরক্লো নহায় । বি এ, বি এল, ঐন য়ারি নংস্থ শার্জন অম নত্রাও ? (ইঙেল্লৈন ডাক্তরগি ফি খর থম্মগ হৈ রা অশেঙ্গত্ত পুথোকই, ঈশিং থিক্কতোকই )

ইঙেল্লৈ—মেজদ থম্মগ চৌকিদ ফম্ম । শোম্প্রোবিত্রাও ?

ইঙা— মতুদ করি মাঙব লৈ, হরা নাদনব ফত্রাও ?

মেরা— (ধুপ থাওমৈ পুবক্লগ) চাওখৎপ তম্ব কে, তাধন ঐস্থ য়াই ! ইমা লৈত্রবস্থ ইতৈম লাহরিক হৈবীন ইমাগি মহুৎ শিন্দুন য়েৎপিরিত্রাও ?

ইঙেল্লৈ—য়েৎচদে ইবুঙো—নখোয়ন থোকপ ফনব তৌবিরো ।

ইঙা— ( মেজ চৌকিদ হুঙাইন ) শোনব হৌই ।

ওঁ আ ব্রহ্মা ভূবন লোকা মথা করি হায়রে তোম্ব মেরা ?

মেরা— ঐদি ফাদেনে তাচৌ তায়াইমখোয়দ হংউসিরা ?

ইঙেল্লৈ—মখোয়ন হেন্ন ফারম্মোই—নয়াম্ব বি এ, বি এলন ফাত্রব-দবু। দিক্ষনারীদকাদি য়াওত্রাও মেরা ?

মেরা— মীতৈবোনগি দিক্ষনারীদ যেংসিরা তাধন য়াওরমগদ্রাও ?

ইঙা— য়াওরম্মোই য়েংউন্নু, মীরোম্দ শোন্দো শরুক ইরোম্দ হেক্ত শোল্লগে ফাদব মখে।

ওঁ আ ব্রহ্মা ভুবন লোকা মহাদেব দূর্গা, বিষ্ণু পার্ব্বতী, শাণ্ডিল গোত্র, ভরদ্বাজ মুনি, শান্তনু পুত্র ভীষ্ম বীর, অভিমন্যু, মহাত্মা গান্ধি, সরদার পেটেল, বাংলা লৈবাক্কী নেতাজী সুভাস পোহবৈ মৈতৈগি পাথৌ পাওনা, থঙ্গাল, টিকেন্দ্রজিৎ, মহারাজ ঈশ্বর. ইমা, ইপা পোকপ ইবুধৌ ইবেনধৌ পেনা গো, পুণোন তবানবীমব, ইমাস্থ বাজিস্থ যুমদাগি থোকখ্রবা অনীনক নচা অপংবনা কচ্চরিব হৈ লৈসিন মহাদেশ মঙা, মহাসাগর মঙাদ লৈখিব লৈরিব লাইতীল পূন্ন ভূপ্যান্তু আপ লোগ সব, বাই মাই হম্বল ওফবিং, থেঙ্ক ইউ অল, ( দণ্ডবৎ তৌন খুরুমহ ) ঈশ্বর অল্লা তেবা নাম শিদব মপু। ( মেরাসু ইঙেল্লেসু খুরুমই নিংথিন )

ইঙা— পুকচেল শেংলগ লোহবে অম্মানি হা মেরা ইনাও তোম্বা ?

মেরা— মানি তাধন অফব অনৌব অশপ্পন শিনগদবনি। অমনব ঙাক্ত চৎনবগ লাংলগ কবি কান্নগদগে ?

( মেজ চৌকি শেমজিল্লি মেরান, ইঙান মফি শেৎচিল্লি, ইঙেল্লেন ধূপ থাওমৈ পুথম কোল্লিক পুথোকখি। শরৎ ইশৈ শকতুন মথরাই হুঙাইতন মযুমদ হল্লকই লাপ্প তানব )

ইশৈ !

আজি মরি কালি মরি, কোন জন নাহি জানে, মানব জনম বৃথা গেলো,— লোক্তাক্কি কোঙ্গোল তাক্কুধ্বনি, মৈবাম্বী পুন্সিনে হে মীওইবা ।

শরৎ— ( লাক্লগ ইচোৎ চোৎন ) হুপীমচা ইঙেনল্লে। মৈ খব ওক্লো লাও হায— তূপযা মনাকা খব থিকতোকও।

ইঙা— বাজিবু কৈদোবগে মঙ্গুম্ব কাবকপদোন ?

শরৎ— মঙ্গুণ তাইবংপান্নি ইপাগি ব্বাকলৈ, নংদি হুক্কিকফাও তাদ্রিবা ? নমা বৈষ্ণবী লৈশিদ্রে ? ইপা মঙ্গুম্ব কাবক-ইরনি— যুম অসিদ মধুসুদন দাসী বৈষ্ণবীদো অমুক হল্লক্লবোই। ( রান্থুন তুথবকই. মচা অনীন ওকই। অতৈসু লাক্লুন লাইকয়্ল, হিদাম্দ হিপহল্লি. ইঙেনৰে ন মীহুল যেংই। মচাশিং. ইকোই কোহন লাক্লে )

থরান— ব্লড প্রেসর হাযহুবা হাট ফেল ওইব হাযহুবা ইতৈমা ?

ইঙেল্লে—ডাক্তব অতৈ সিভিল সার্জ্জনকা কৌরুসিবাও ?

( যাম্ন রান লাইকল্লে )

ইঙেল্লে—মেবা, নং চেল্লু একাগাডী তোংহন অবোকতু অমুক্ত কৌবকউ।

ইঙা— নথন্দ য়েংগদ্রা ডাক্তব বাবু অতৈ খব কৌসিরনহায ?

ইঙেল্লে—কৈস্ম তৌরোই পাখৎখিন্নবা। হকচাং খিত্তং নোযব চাউবগি প্রেসব লৈবনে, থরাই খিৎতং হুংঙায়তবগি হুংশিৎকা থেংনখিবদ তৌরিবনি।

লাংবন— ইতৈম ইমাদ কৌবগ যাগদ্রাও ইন্দোল চন্দ্রাবলীসু কৌকসিবাও ?

ইণ্ডেল্ল—তুমিন লৈযু নিপামচা, অবোক লাক্লগ ল্লা থোক্লোইদ্রাও ? ( মেনান পুড়ন পূর্ণিমা চেল্লকই )

পূর্ণিমা— কৈদৌবগে মুপীনচা কযা কল্ল ঙমদবজাংনো ? (মনাক্ত চংতুন সেবা তোন যাওঙ ) কৈদৌবদগি থোকখ্রিবনো ?

হণ্ডা— মঙ্গু স্ব কানকপদোন ফিবাল হচোৎ চোৎন লাক্লগ নমৌ মুপী কৌবকই মৈ ওয়ো, তুলসী মচুম খিকলো হাযতুন—।

পূর্ণিমা— অতুদগি ?

হণ্ডা— ইমা লৈখিদে মঙ্গুস্ব কাবকইবনি , মধুসুদন দাসী বেষ্ণবী নমাদো ঐখোয যুমসিদ হল্লল্ল বোহ হপাগি ক্বাক্লে হাযবম্মগ বাক্তি লেকথবক্তুন ঐখোয মসাম্ন লাক্লবিবসিনি।

পূর্ণিমা— ওঃ ওঃ অতুগি ওইবে। ঐ মিহুন অমত্ত যেংগে। ( যেংই ) নখোয হন্দোকউ ঐ ধর্ম্ম অমত্ত চা শেংগে ( অতৈ পূন্নমক হন্দোকই লোন্ন যে তুন লৈ ) তাবিব্রাও তাবি-বিব্রাও ক্বাকলেপা ? অনাব লাইকল্লনব চন্দ্রাবলী শাবী, শমজী শাংবী, সনা থুদোপ লাহবেন মখোয শিবিত্ন খোই-দৌ ফানব কৌহল্লুসিবা ?

শবৎ— (তপ্ন হোগৎলগ) ঐবু ঙসি তুম্মুবব্রাও ? পূর্ণিমাগি মখোল মাল্লিদা ঐন তাবিসিবো।

পূর্ণিমা— চন্দ্রাবলী কৌকগে লাইকন্ননবা।

শবৎ— ( মঙক হাযবগ ) পূর্ণিমা নং লৈরিঙৈদ, থাশি মানবী চন্দ্রাবলী কৈদৌনদগে। ঐবু চাক খিত্ত ইল্লু— নচাশিংদি ?

পূর্ণিমা — লোইন লৈ, ঐ চাক লৌথোকউখিগে।

শবৎ— নং লাপ্প চৎখিগনু, ইমৌ ইঙেল্লৈবু পুহল্লকউ।

পূর্ণিমা— মুপীমচা নকুবোক জ্ঞান খব তাবে চাক পুবকউ পুথম অমত্তং। ( মচা মযাম হবাওন থোবকই )

ইঙা— বাজী হকচাং খব মুঙাইবব্রাও ?

শবৎ— ( মশা হাই খোত্তুন যেংলগ ) খব খরদি ফগব্রা খল্লে।

ইঙেল্লৈ—অবোক্ক চাক ইনবিগদা ?

পূর্ণিমা— ইন্দবদিকো। ( ইল্লি )

ইঙা— হরে হরে মুংশা থিকবেদা (চুবা মেত্তুন নগা মতৈ ফমথনৈ)



# লিলাগী মী

১। শ্রীসমাজ ... অহল অনোইব চহি ৪৭ রোম।
২। ঐ মচা 'এ' ... নহা চহি ২২ রোম।
৩। ঐ মচা 'বি' ... ,, চহি ২০ লোম।
৪। ঐ মনাও অহল্লোন ... ,, চহি ৪৪ রোম।
৫। ঐ মচানুপী সাহিত্য ... ,, চহি ২৩ রোম।
৬। ভাইবং মী ... ,, চহি ২৬ রোম।
৭। মঙ মী ... ,, চহি ২৫ রোম।



# সমাজগি লাংলেন

(সাহিত্য)

মতম— ১৯৫২, সেপ্তেম্বর থাগি তাং ৮ মুমিদাংবাই।

মফম— ইম্ফালগি মীতৈ য়ুমজাওগি মাঙ্গোল।

ফক অমগি মথক্ত কম থারি, মোন অম থাংদুন শ্রীযুক্ত মীতৈ সমাজ কর কর ওন্দুন তর্পোন চাক্ক থনমন্দুন অরাব পিবতু খাংই। ফৈজোম অম শেৎলি, মোজাফুরিৎ অম লিৎলি, মমাইদা চন্দোন পাক্ক থিল্লি, মশাদস্তু কন তৈরি। মচিনবান ঙাংই, ক্য চপ চপ শাইরি। লুখুমদা থিল্লিব হিদাকপুদ পানব তোংজৈদু অমুক চিংদুনা য়েংই। লাপ্লপ্প থারিব টেবল মথক্ত লৈরিব লিক্লিদা য়াওব জৈশিংদু হৌগৎতুন খর অমুক থক্কুন য়েংই—মবুক শিং শিং নাল্লি—হঙ্গং হন্দা থরাই রান চংলি। অতুদগি হিপ্তুনা নাহেখ্রে ওনথোইদুনা—।

শ্রীসমাজ—অয়ো ইমা অয়ো ইমা! ঐ শিরেদনা ঐ লোইরেদনা।
আঃ ইমা ইবেম্মা, ঐবু করি হুংগিনো তৌরিসিবো!

মচা এ— (সুট টাই তৌদুন ইমুংদা পাউদর থারম্বদগি তৈথোকপ লোইদনা মমাই ইরাও রাওন মিংশেল অম মথুৎতা পাই, মথুৎ নামন রুমাল পাইদুনা মমাই শেম শেমদুন তপ্প ইংন কেন থোরকই) বাজিন ঐথোই ইবোক

কৌবিত্তন কপ্লিবিত্তবু ওন্থোক্ল মুংঙাইতন তাগেদা। I am indeed very sorry, very very sorry।

( মমাই মিংশেল যেংহুন কেব শেম্বদি তোক্তে )

শ্রীসমাজ--অযো ইমা ! ঐ শিবে, ঐ লোংবে ঐ থাংব ঙনদ্রে। কমদোদগে?

মচা বি—( যেন্নথাদগি পবপ পবপ চেল্লক্নুন মপা অমস্তুং মযাম্ব উবদা চপ লেপ্তুন যেংলগ পাইজামা ফজবব অম শেৎলি থুদাং লাওবী মথক্তা নেক্তক কোট অম নমই )

অশিব মীদি ৱা ঙাংব .থাকপ হৌনদে। বাজিন শিবে হাযবিসি ঐখোই তাদবুবা ?

মচা এ— পাউদন থাবিব এবু শিব হৌনব্রাও? ঐদি কন্ন একদমদা হিংগৎলকইব জাৎনি। শিদোবে হাযব ৱানি বাজিন নখোইগি মবৈত্ত তোবক্লনুনে। ( মমাং শেম্ব )

শ্রীসমাজ—অযো ইমা, অযো ইমা।

মচা বি— বাজিন শিগ্রব অবোকস্ত কৌবিত্তবু কদাইদগি তাগদ-গেনে। কৌবিগে হাযবগ কন্ন হিংগৎলকইব ঐখোই তাদ কৌবিযো।

মচা এ— নং'দি নপা নব্র্াও? নপান নাববদি ফব ফব ওন্দুন থাংলবদি বাজি নাবব্রা রাবব্রাদস্ত হংউদনা, Good manners খঙদব Brute কি শাজৎতু চৎকনো, মত্তবু চাওখৎপগি খুদমলাও ?

মচা বি— ঐখোই তাদনা হান্ন লৈরমইবনি—তাদবু কৈদৌরম্বগে ? বাজিন নারগ তাদগি মাইদা পাউদর থারগ ফগদ্রাও ?

মচা এ— ঐবু নংগুম্ব Good manners খঙদব মীরাও ? ঐদি অসাইনা বাজিন নাব হেক উবদা, বাজিন অয়ো যো খোংব তাবদা, বাজি রারে হায়হুন I am very sorry, very very sorry হায়খ্রে। থাজদ্রগ বাজিদা হংনসে—। ঐবু অসাই very sorry হায়দ্রাও, বাজি। নচানিপা ব্যবহাব খংদবন ঙাংইব রাসি তানিংইব্রাও ? ( কপ্পা )

মচা বি— ( ইংন ) ইয়াম্ব ওইবগি তৌবনি অত্থ নত্রবদি অসাইনা— (পাম্বোম তিংথোক তিংশিন শাজেন তৌব) আসাইনা—।

মচা এ— চানা অতিংবন কনব হকচাংগি জাৎসি য়োৎতেক থাংতেক্ক শূক ওইন শূদৎলগ ইপাক পাকপ চানা চেংপাক থুম য়াকপ্রবজাৎ সীনেমাদা রেল লম্বীদা য়োনবহু চাবব্রা ? ফন হাওবনি, পৈশা ৪ দংগি চাহ্না য়েংউ।

মচা বি— তাদবু হুমাং তানিনিংব্রাও ? ( খুদাং তাখৎপা )

মচা এ— পংগহ্ম নহামচা, হুমাংন নপ নপ লাওব হুংঙাইতে হায়হুন পাখং মশা নানবন মৌ লৈশাবী লৈনম নম্বীন কালেন্থাদা শেল তিংন পাউদর থানরিবনে। শেল পামউব নখোই হুমাং মনম পুহুন মীগ অহুম লেংথৈনৌ—। হুংশাদা

রান থবক শুরু চৎলুরগ খোংনাং মরুমদ হকচিক লাংথুন ফম্বত্থ হুণ্ডাইগ্রবনিদা। ( হুমাই হুম্ব মথুৎনা )

সমাজ— হরে কৃষ্ণ, হবে কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হবে। ওম্মোকপ অঙাং ঙাক্ত পোক্তুন ঐ ঙাওব তাবেদো। ঐবু সেম্ম-পীযাবগি কিঙ লিযাব শাবো হাযব্রাও? নচিন্ননাওবু গোনেবীল বেগান শাবিব্রাও? নপা হুংশিব থঙদব নখোইবু নপান ফব ফব ওন্দুন লৈববদি মাইব বৌনি দাক্তর থিরুনি, কৈদোবে কমদোসিগে হ'ব যাদ্রাও? ওম্মোকপ মতম্মিদকো হুজিকসে।

মচা এ— বাজিবু কৈদোবিববগে? কবি ওইন ঙম্বিদ্রবগে? নচান হংজরি।

সমাজ— হো অহুম্ন হংউদন। ( বি দা ) নংদি ঐবো নপান ফব ফর ওন্দূন লেংইব থিল্লিবসিগি চৈনাখোন করিমতা ফাও-দবো?

মচা বি—কদাইদগি ফাওদগেনে বাজি, ওম্মোক্ত ভাব তাখিদ্রেদা। বাজিগি লূ তোং শিংলিগ ঐগিগ শম্নদে তোঙান তোঙান পাল্লি। বাজিন তিংখং য়ুবগ ঐন নাববদি ঐদি কিঙ লীয়ারগি মচানুপী কোর্দেলীযা ওইদব তারেনে। ভীম্মা চারগ শকুণীন রাবত্থদি মহাভারতকি রানি।

( সমাজন মচাগি মতৌ উবদা শাওবন ফী ফী কামতুন হঙ্গৎ হন্দা চৎতুন লৈরিঙৈদা মনাওনুপা শ্রী অহল্লোম্ন মীতৈ অহনগি কৈজোম মশেৎ, উরীক লুগুণ নাম্ন, চন্দোল

চন্না থিন্দুন মরেংবান্দা উরৈরোম শংব থুদে অম য়ান্দূন থোরক্লগ )

অহল্লোন—ঐখোই তাদন হুকচাং ঙম্বিদে হায়বু করি ওইন ঙম্বিদ্রিব ওইরবনো ? ঐদি মখাথংবগি উৎসোব হয়েং থোকই হায়হুন চালুক লা য়াৎতুন লৈরিঙৈ হুপী মচান তম্মেনে, ঐখোই তাধনগি বার্ত্তোন য়োরকত্রিব্রাও ? মখোইসিদি করিনো তল বোরা, তাধন্ন পামজব মিঠাই, চাহৌ অমত্ত চিথরোইদৌরি ক্ষতিপূরণগি শেল ফংগ্রমানে, হাওবমগি ঙসিগি উৎসোবতুনকা শোকওইদৌরি।

সমাজ— হর্য়েংগি উৎসোব য়াওব ঙম্মি হায়ব থাজদ্রে অতো, ঐগি পুকসি মতাম তৌগ্রে, ঙসি খর হেঙ্গিনগ্রমানে।

অহলোঃ—ঐন ঙহাকতং শূথরগ মরাইন ফজনি, করিগি উৎসোবপু হায়দোকউদগে।

সমাজ— ঐন হায়বদি নিপামচা ( এ দা ) নখোয়গি দাক্তরগি হিদাক শুরু লাওন তুম্বিহ্ন খর লৌরুনে।

মচা এ—ঐখোই খুড়াতোম্ন নমথেক্কনি হায়রিবসিন হেন্ন ফৎ-লোইদ্রাও—ঐবু English film মখল মখা অয়াম্ব ফীজেৎ চাকচা ফজগ্রব উৎপ অম তৌদৌরি হায় য়েংনিং-থ্রেদা বাজি।

অহলোঃ— হুংশিৎন পুক্তা লেংব থীনবসিবু আজকালগি নহারোল নমিৎ পাংবদা ঙাইরিব নখোইন মাইবন শূরগ ফৎলোই হায়বসিবু নখোইগি দাক্তর লাকত্রিঙৈদা মীতৈ মচা নবুধৌ

নবেম্বোশি তু কনান লাইযেংলম্মি ? হুজিক কানগি লাহনা মীশি থাইনদি তৌবু তৌবমদে, নখোইনা দাক্তরবু চাঙ্গাইহল্লিব নত্রাও, পেনিসীলিন ?

মচা এ— থাইন পংইভেদদি মী য়াম্না লৈবনদব লাহনাস্থ অপংবগি লাহনাদা লৈবম্ব, হুজিক্কা মী যাম্মবগদা লাহনাস্থ যাম্মব অংশংব লাইনাস্থ যাম্না থোবক্রব। থুডাতোনখোই গুম্ব মাহবন অনাব লান্মী অম ফনব যেংব ভমগদ্রাও। ঐখোহ বাজিনা তর্পোন চাক তপ তাবমথে চাশিন্দুন Stomach intestine মবী মতা পূম্ন বিক বিক ওল্লবদা থুডাতোনগি থুৎচাওন নমথেক্লি হাযত্তবু, বাজি পোকখাহবনদি তর্পোন গি যঙ্গাং মথেন মযামত্ত থুডাতোন্দা—

অহলোঃ—পুক শূন্দা চাকথাও কাইত্তুন মাইন্দা চোংই হাযবসি— নবুধোগি হাক্তক্তগী তাবকত্রি অতো, M.B টেব্লেট। ( সমাজন হিপ্প, অহল্লোন্ন শূব )

মচা বি—মণিপুবদা চাক তাংত্তুন চবা হেন্নবে, চাদত্তুন শিনবে অব্রাং অপা লৈত্রব মীতৈ সনা লৈবাকস্থ ভাবতকি মফম অতৈগি দশা ফংত্তুন চাব ফংনদ্রব মতমদা বাজিনা—মী— ও গি চাক শকক চবা অমদা হাঞ্জিল্লগ হকচাং ভম্বিদ্রিবসি থুডাতোন্ন অমুক তকথোকপিদোরিব্রাও ?

অহলোঃ—ধর্ম্ম কর্ম্মদা চৎনবীদা নহাবোজন শনিগি মিৎয়ে ন য়েংন-বকপসিদনি—ঐখোইন হয়েং শিগ্রগ পিভূপক্ষদ নখোইন

নপা নপুগিনি হায়দুন ইয়াদা জলাঞ্জলি অমত্তা থাদরক্কদব মৈত্রবনি।

মচা নি—বাজিংখোই থুড়াতোনখোইবু হযে' শিরগ চেং খোইদিং চাক এঙ্গাং চাখিদ্রাও—? চেৎন থাজগ্রেদকো—ধর্ম্মগি মকুদা অহল্লোন্ন থাজবসে—। মতম্ম ফরিঙৈ—চাব থব্প রাংনদ্রিবৈঙদ এঙ্গাং মথেল মথেল, পকৌড়া চানিংব তাইবং মীন শিগ্রব লাইগুরুগি মিং থোন্দুন উৎসব কৎলগ পাইথেক্লব যাই—। চাক তাংবদা উৎসব কৎতুন কা চেন্ন চাশিন্নব—অবেম্বদা মাংহনব পাপনি—পাপ অতুন—বাজি নারিবনি রাবিবনি পাপ চেন্দব— ঐখোই য়াওফম থোক্তে—। ( চৎখিব )

মচা এ— মণিপুবগি চেং চাক চপ চান লৈরিবসি মীরৈবাক্তা থাদোক্লগ রাৎহল্লে চাক তাংহল্লে—। অমুক চাক চেম্থোক্কুন অরাংপ মেনগে লাক্লরি। ঐখোয় বাজিগি পুক চপ চান লৈজরম্বনি হাওবমগি তর্পোন উৎসবত পিক থম্না হাজিন্দুন বাজিগি পুক রাই চিল্লে, থুডাতোন্ন বাজিগি পুক রাই শংনব মেৎথোকপিরি। অমুক হাজিল অমুক লোথোক, অমুক থাদোক অমুক থাজিল— তাইবংপানবগি থবক হায়বু সিনি। ইহে পুং ৭ কি সীনেমা শো হৌথ্রিনি। ( ঘড়ি য়েংলগ চৎখিব )

(ফনেক মপান নাইব অম খোইগা শেৎ, মুগাগি ব্লাউজ অম লিৎ, ফী অরাংব মতুপ অম ইন, শেগ্রাক্তা এক্সরসাইজ বুক অম য়েপ, ব্লালজদা ফাউন্টেন পেন অম য়েপ

শ্রীমতী সাহিত্য দেবীন টেবল লেম্প অম থান্দুনা পুথোবক্লগ টেবল মথক্তা থম্মি।

সাহিত্য—দাক্তর ওইবমানে নিপা অমনা লাজিবু থিবি—।

সমাজ—(হৌগৎতুনা ফম্লগ) কনান কৌবিবনো অদুদে!

অহলোঃ—নিপাম্মচাশিংন কৌনকপ তাবেদনা। লাক্কে লাকসনু নাব ফবে হাযবগ লোইবে।

সমাজ—ফুগীমচা অসাই বাজিগ নৌপাশিংগ ভাংনব রাহু নং তাগৌব্রা—?

সাহিত্য—ঐ ইমুংদা নোক নোক্কুনা তাজগৌই।

সমাজ—নোক্কুনা লৈবিব কবিগিনো সাতিত্যা? হশিল্লু মযেক লান—নহাবোলন অহল্লোন তাংলি হাযবফাও হযু।

সাহিত্য—ইজবে অসাইন পাজগে তাবিয়ু।

সমাজ—পাও,—পাও মীচং নাহগনু সাহিত্য, কনাগিস্ত শ্লেল চাব যাদে। নহাবোনবু খব থীন হাযযু।

সাহিত্য—কাওগনু নহাবোল নিংশিংউ—

চৎপ নিংথিন হৈত্রিবৈ
কাফে কাফে থাভিভবৈ
লাম্মে হায়ব থোকঞিবৈ
হঙঙা হঙঙা কপ্লিবৈ
নখোইন চাদ্রগ লাম্মি কনান?
নখোইন নাগর কল্লি কনান?

কাওরব্রা নহারোল নিংশিংউ।

নপাঙ্গল চাওরব হুজিকফাও
নচিঞ্জাক থিব ভুম্মবফাও
পাউদর শ্লোন হারবফাও
অপাম মুংশিন মুংওল্লফাও
নখোইন চারগ থল্লি কনান
নখোইন মুংঙাইরগ নোকই কনান
কাওবব্রা নহারোল নিংশিংউ।
নপাগি অযোয়ো তাদন
নমাইদা পাউদর থাহুন
নমাগি মপিদা ইরুহুন
নশা তনান তরুন।
নপাঙ্গল চাওরে হায়ব মতাগুম
নংগি নশক অচুম্বা থঙলগুম
কাওজরো নহারোল নিংশিংলম্মু।
থম্বাল লৈনম্ন উংলববু
পিক্লিবা অঙাংগুম থল্লুব
কোলেজ কারবা নহাবু
পথাপ্ন ৱারক্কে নিংউব।
ঐখোইন ৱাদন কনান ৱাগনি;
ৱাজগে ইৱাৎলগী মখোইদ ৱাগম্মু,
কাওজরো নহারোল নিংশিলম্মু।
( তাইবং-মী খোংগ্রাও অচোনব অকুব অম শেৎ সার্ট

অঙোব অম তাখৎতুনা লিৎ, খবর অম পাইত্নুন চংলকই। মহাক চংলকপ উবদ মিৎচিন হায়রপ য়েংলম্মগ সাহিত্যান কেন চংখি, তাইবং-মীন মতিন য়োৎতুন লেক্কুন লৈহৌই তুমিন্ন চপ লেপ্তুন সমাজ অমসুং অহল্লোন মতৌ উবদ ঙকই)

অহল্লোন— ডাক্তর ওইবিরব্রা ?

তাইবং—নচ্চদে।

সমাজ— অত্নদি কনা ওইরবনো ?

তাইবং—ইশক্তি উবিরিবত্ন অচুম্বনি, ইমিংদি তাইবং-মী কৌজৈ। অশেং অশেংব অওই অওইব পামজৈ চৎচৈ, মংদা ভাবতা হুঙাইব হৈজদে।

অহল্লোন—করিথবক্কী লাকপিরিব ?

তাইবং—করিগুম্ব অমত্তা হংজনিংত্নুন।

সমাজ— করিনিনা ?

তাইবং—করি মিং কৌবিবগে ? করি থবক তৌবিবগে ?

সমাজ— ঐগী ইমিং সমাজ কোই। ইংরাজী কবি টেন্নিসনগি ক্রুক হায় "Man may come and man may go, But I go on for ever ' মী লাকপ য়াই মী চৎখিব রাই, ঐদি হন্দক মপোক সিমগি চৎতুনদা লৈগনি। সমাজ ঐগিদি মত্ন নত্তে, Man may come and man may go but I remain for ever. মীদি লাকপা য়াই, মীদি চৎখিবা য়াই, ঐদি লেংদন লৈরদোবনি। মী কয়া কয়ান তুরেলগি ঈশিং ঈচেম্মি ঐন সমুদ্রনি, মনিপুরদা য়রগ

লোগতাক্লি। ঈশিং ঈচেম্ম পুথরকপ অফ-ফত্ত পোৎ কযা কয়াগি তুংনফম লোকতাক, সমাজ ঐহাক্লি। হৈনবী চৎনবী, শাজৎ লীচৎ, লমচৎ ব্যবহাব, ধর্ম্ম কর্ম্ম, ফীজেৎ চাকচা কুম্মে ফীহোং, লাইনিং লাইশোন মীতৈগি মকু শাগৎলিব মচাক পূম্নমক 'As the oyster creates its shell' কোংগ্রেংন মকু শেমগৎপগুম ঐন শেম্ব ঙাক্তনি। ঐন কোল্লিবা মীতৈ ময়ামসি ঐন লিংজেল মান্নহল্লি, অমগি মতেং অমনা লোনহল্লি, Co-operation অমস্তং economy ঐনা তম্বিবনি। ঐদি মাংতাকুবগি মশক ওইরব লানগি য়েক্লবনি। ফীজুম্ন চুম্নব হৈনবী চৎনবী লিকলি কযাগি থরুংনি ঐহাক্তি পুন্সিগি লংফৈদা চৎলম্ব সিন্দাবাদ অমস্তং কলম্বস কয়া কযাগি মনি হাপ্ন, পাইটু-খাওস্ত ঐহাক্লি। পুন্সিসিদা নংদি কৈদৌব লাকপনো ইবুংঙো?

তাইবং—ননাই ঐ লিক্লি খর থুগাইজনিংই অতুগ পাইটুখাও মন্থুংদা মনিমুক্তা থুনবদা য়াওখিব হুংজ্রেং লৈতুম হুংজম কয়ামরুম য়াওখিবহু খঙ্গোকচগে লাকপনি। হুজিক সিদা লৈবম্ব ইবেম্মহুবু, কনা ওইরবনো হংজব য়াগদ্রা?

অহল্লোন—ঐথোই তাধন্না পোকপ হুপীমচা কয়াগি মন্থুংদগি খাইদগি শকহেম্বী অত নংন উখিবত্থনি, মমিংন সাহিত্য কৌই। তাধন সমাজগি মুহোরী কেরাণীনি, ফজ ফজব রাথল-পুকৈ পাম্নবী ফজবীনি, ফজব লোন্দা শিজিন্নবী নিংথিবী লৈরাংনি।

তাইবং—তর্পন মনুংনি হায়রতন নোঙ্গাগ্রব অহল্লম্মনগি তর্পন শোম্নব
চৈন্না থানব লাকপন্না? উৎসোব থোক্তুন ঙসিবু চাক
চাব লাকপদগি য়ুমদা হন্দ্রিবজাৎ ওইরব্রা?

অহল্লোন—ময়ুম চানন পান্দুন মীগি ময়ুমদা লৈখিবী নত্তে হায়ন শিং-
নরগ চৌগে হায়তুন লুম্মিব শংইব নিপাদি লৈ।

তাইবং—শংইতু কনম্বা মীতানিনা? করি মম্মিং কৌবগে?

অহল্লোন—সংস্কৃতিওই বাঙ্গলীওই তৌই, মাগি জাৎসি হায়ফম শংদে
মমাদি মীতৈ নিঙোল ওইরমানে। মমিংন মঙগি মী কৌই।

সমাজ— ইবুঙোন অতুক কুপ্ন মুপীগিনাবু মথূড়াগ মপাগদা হংই।
মুপীমচাসি নং পামব্রাও, হবুংঙোবু ঘটোৎগজরাও কলিগি?
মতম অসিদি করিনো মতাম তৌরেদা!

তাইবং— (মোমোন নোক্তুনা) এঃ ঐ ইবেম্মসি পামজে। অতুন
কুপ্ন থিগৎচরকইবনি। নহারোল 'বী' ন মচে ফজরবী
অম য়াওরি ঐঙোন্দা কৎলগে কৎলগে হায়ব ইবেম্মতু,
অসি ওইব তারে।

(সমাজ অমসুং অহল্লোন মমিৎ শাওথোক্তুন ঙক্তুন য়েংনব)

সমাজ— বার্ত্তোন য়াওরবদি ইবুংঙো, চোকীদা লেংশিল্লু। নহারোল
হায়বদি ঐগি ইচাদি অনী শূই ফাইবোক্লি করম্ব টামনো
এ-রা বি-রা?

তাইবং—অতোম্বনি, বি হায়বতু ওইরমালে।

অহল্লোন—ইবুংঙোগি নতিক নগুণ নহৈ নশিং করি করি লৈতুনা
নহারোল বি-ন মচে কৎকে হায়রিব? অর্থাৎ করি

অফিসতা থবক তৌবিরি ? ঐখোই মুপীমচাবু শনা সের কয়া শিহনব ঙমগনি, কয়া পিব কার তোংহনা সীনেমা য়েংহনব ঙমগনি ? কারম্ব অরাইত্রা ? লম্নাইগিরা ?

তাইবং—মংওই হাওই মফম মরাং খঙন লৈব—, ভাবতা পংফুং মুঙাইব তাইবংপান্দা কয়া কান্নদব হেলোইন পুবগুম জ্ঞান ইতা তাদন লৈববুদি ঐঙোন্দা লৈবন ইবেম্মছুগি মরাইবক কব ওইনি। ওইদব ওইররোইদব, মঙসি থবক তোকতুন জ্ঞান তান তাইবংপান্দা চংনব য়াব লোন্ন মুঙাইসি—মুপী অঙাংগি শনা কারগি রাখলছু থাদোকসি অসিদনি। তাইবংদা জ্ঞান তান অওই অওইবদ চংতুনা লেরবদবু করিগি মুংঙাইরোইদৌরিবনো ? ঙকশমদা শনান লুমথতুনা খ্বাং নাব লাইথুং থুংব, কার তোংতুন চদংনব শেগাইব শেংপ মী কয়াবু তকখাইবন মুঙাইবদি মঙগি মফুংঙাইনি মিকপ পোক্লগ নোংঙাল্লগ মুঙাইব য়ারোই।

সমাজ— ঐখোই অহল্লোন্দি লাইরি, মশাগ য়ানব ঙাংনব ঙমগদ্রা কৌপোকে, ইকাইত্রা ?

তাইবং—অহল্লোন্নবু বেরা তৌবিত্রবদি অউনপোৎতুম থৌরাং তৌবিয়ু।

সমাজ—( শাওরগ্ন ) করে অচুদি, মুপীমচা ! ইপাগি লাংলেন সাহিত্য !

সাহিত্য—( ইমুংদদি ) পাবুং করি ওইরবনো ?

সমাজ— ইবেম্মা অবু অম্গি তাদশিন রা খর ঙাংনবা পামই, Interview পিগেরা ?

সাহিত্য—লাকচবে পাবুং। রা অক্কতং ঙাংনজরি।

অহল্লোন—অঙাংশিংন রা ঙাংনব তাব চুমদবনিন ঐখোই হল্লোকসিদন তাধন চাওখৎতে হায়খিদনবা ?

তাইবং—অমোৎপ, মংহাগি রা ঙাংনপ্রদৌব নত্তে তাবিব যাগনি অত্থুম লৈবিয়ু।

সমাজ— হুম, তারবসু ঐখোইদি তাশিন্নদন উশিন্নদন লৈগদবনি। হযেং চেনব চোংব থোরক্লব কান্দা নত্রগ ষষ্ঠী পূজাগি মতাং থোরক্লব মতমদা নত্রগ থানাদা কোটা দাক্কবদা কানবব মতমদা ঐখোই অহন্ন চোংথোক্কদবনি। ঐখোইদি তাদব উদব শাত্থন অস্নুরাইদা লৈরুসি।

( মখোইনি চৎখিনা )

অহল্লোন—তাধন আজকালগিনি ঐদি স্বৈজনিংগ্রেন্দা।

শারী অশংব অম শেৎথুন বেঙ্গলী ষ্টাইলদা মশম্ন মতুংদা চাইখাইথুন কেববী অনোক হাপ্পি সাহিত্যন লাইরিক অম পাইথুন কাংঙ শাজৎত তপ্ন তপ্ন থোরকই। মতুংদা শ্রীমঙগি মীন পুরা বেঙ্গলী ষ্টাইলদা কুঞ্জা কাওথুনা খুদাংলাওবীও অনোকও করিও সুপীদগি হেম্ন কেনা তুকজব কংন লৈত্তেংলত্থন ইন্নরকই—। মখুৎতা খুদোপ্ন ঙাংই, শনাগি কুদাম পাল্লি, মনাদা লোংপান শনাগি থেৎলি ...
... ... মচু নাইব খোংউপ জোংই ... ... ...।

মঙ-মী— ফজব রাখত্ত খন্দুম,
ফজব লোন্দ লেংবন,
নর্গো ওইরিবী শকহেনবী !
হায়মু তাসি মবেম্মা
য়েংউ তাভ্রাব চিশ্বানত্ব
—লৈতেংন ফজব হেলহল্লি।
নংন ফজৈ হায়বিনব,
নহা করান কেমরি,
শেংনরি শিনরি তৈনরি—।

তাইবং—ইবেম্মা, ইবুঙোসিবু মুপীমচা লৈশাবীরা নত্রগ নিপা লৈত্রবী মো নহারা ?

সাহিত্য—( মোমোন নোকপত্ব থিংলগ মঙ মীদা হায়রপ য়েংলগ ) মুপী কদাইদগি ওইগদগে—নিপা, পাথংনি।
( মঙ-মী শাওবন মমাই ঙাংই, তাইবংগি মীন পাউথুমত্ব য়ানিংদব উৎত্তুন মঙক হায়রগ )

তাইবং—কদাইদগি, নিপানি হায়ব করম্না থঙবিবগে ? অমুক কৌরিবসিবু মুপী ওইরিরোইত্রাও ? মকোইস্থু হোদে।

সাহিত্য—মুপী ওইরদবু নিপাগি ফীজেং শেংকত্রাও ?

তাইবং—অমুব মাইবু অঙোব পাউদরন ঙৌনরব মতম অসিদ হুরানব দাকু, বিশ্বাস থার্টক্ক বাবু মহাজন শানরব মতমদা মুপীন নিপা শারম্মোই করম্না হায়সিগে—নিপানি হায়বগি করি প্রমান ফংবিবগে ? ( সাহিত্যন মমাই থুমত্ত্বন নোকই )

মঙ-মী— The taste of the Pudding his in the eating
নিপানি হুপীনি হায়ব চাং য়েংনরগ খোংনরগ খংনগনি। ফী শেম্বিয়ু, চেকশিনবিযু লোক অমদা কৈ অনী কুল্লবদি হুমাং তানদব য়ায়োই খেরুসি খোংনসি চিক্লসি।
( মঙ মী মফী শেম্ব, তাইবং মী হৗক ৎক্ল উশিং থোঁওইদন কৈব )

সাহিত্য--( মঙদা ) অমুক্তা ঙাইবিখো, ( তাইবংদা ) ব্রা অমত্তা য়েংচহৌখিগে—, কেমল্লে হুপী ওইরমগনি হায়বিরিঙুবু অমুব মাই পাউদরন ভৌনরব মতমসিদা ব্লেক মাকেট ব্লেক মেল, লুট শগুণ—শেঞ্জাব থুমজাব থাজব হাৎপ সেক্সন ফোরটুএন্টি বালান বাবু ভায়া মহাজন জেণ্টলমেন শান্নরব মতমসিদা নিপান হুপী শাহুন কেব ওইরম্বদি য়াহৈদ্রাও ?

মঙ-মী— Hear, Hear !

তাইবং—(তপ্ল ইংন য়েংলগ) হুপান হুপী শাহুন কেবাক থোকপমখৈ কেবগি মতলব করিনো? হুপীন মখোইদোন কেন্নে হায়ক্লন য়াবিনব চানবিনব কেরিব্রা? হুপীন ঙম্ব—, হুপীগি নিপা হায়তরা? তাইবংপান অসিদা নিপাগি থবক্ল করিনো? হুপীগি থবক্ল করিনো? সৃষ্টিগি মতেং পাংনব, নিপা ফাব খোই চোপ্প লাং থাকপ, কেথব নৌথব মথল মখা অয়াম্ব লৈত্তেং শিজিন্নব হুপীগি মথৌনি। মীগি থরাই হিংনব পাঙ্গল কন্নব চিঞ্জাক

পিব, পুক থন্নব নোম্ব থবক শূব, মুপী খিবগি মহুৎ থবক থিব নিপাগি মথৌনি। মমিৎ পানব, মনা পংদব মকোক পানব তাইবং মীন মমিৎ লাওন পাংছুন তাইবংপান অসিদ অমুক্তা য়েংথোকপদা মসি অচুম্বনি অওইবনি হাযব উব ফংনবি—, মনা থাংগৎতুন মুপী নিপাগি রাবী অমত্তা — তাবদা মসি অওইবনি অচুম্বনি হাযব তানবি। রাখল খজিক্তং খম্বগ থোকপ পোৎ অসিবু খঙদ্রবদি ইবেম্মা অসি মুপী নত্রবস্থ জ্ঞান রাৎপ অঙাওব ওইবম্ব তাই। নিপানবু থবক থিগেদি হাযদন মুপীন মবল্লাই থিজ্রব-রুদবমন্দা হযিংগোংয়াম্বীগুম্ন মুপী মনাক্তা— ঙু ঙুং ঙংইবসিবু ঐদি নিপা অমনি হাযব যানিংদে।

মঙ মী — মসি যৈব তাইদা, খোইদো যাফমসি পিবি পিবি পাখৎলে সতা। ( মফী তাখৎতুন চৈ থিব )

সাহিত্য—ফজদে খৎন চৈনব তৌনবিন্থ ( খাম্ব )

মঙ মী— হুন—, ইবেম্মা খামগন্থ—। ঐ এক্সবসাইজ তৌবব— চানা অতিংব চাজরিব নিপানি—, হেক্তা লোইশিন্নগে, মুংশা থিরুন্থ—।

তাইবং—( ঙরু ) কনাগ করিগি য়ৈনদৌরিবনো ?

মঙ-মী— নংবু ঐন ফুগাইদৌবিবনি।

তাইবং—ঐমা। করিগি ঐবুদি ফুবিদৌরিবা ? ঐবু নংগি ছাত্ররা নচারা ?

সাহিত্য—কনা কনা লৈবগে, খামদোকত্রবদি য়ৈন-তোক্লরনি—।

(খাম্ন খাম্ন)

(অহল্লোন, সমাজ পরপ পরপ থোরকই)

অহলোঃ—করিনো করিনো? কৈদোনরে?

(নাকল অমরোমদগি নহারোল এ অমস্মুং বি পরপ পরপ চেল্লক্লগ)

এ বি— কনা কনানো খৎনৈ হায়বো?

বি— (তাইবং-মীদা) এঃ, লৈবিরম্মিব্রা? (মনাক্ত লেপই)

এ— (মঙ-মীদ) Hullo, কনাগ কৈদোনরবগে?

মঙ-মী— Hullo, ঙাংবদা ব্রেক য়াওদব মী ফুদৎকে তৌরমইবনি। ঐথোইন নগানমথৈ এক্সরসাইজ তৌজরকইবসিদি মচিন-থীব মী য়ৈব কান্নদ্রবদি করি তৌনদগে।

তাইবং— এক্সরসাইজ তৌতুন হকচাং কল্লগ কান্নবগি হায়করবদি লৈবাক তৌতুন পোৎ চৈ থাব য়াই, থবক অকনব শূব, উ থাংব লৈবাক ক্লুং হোনব লাইবিক কন্ন পাব য়াই। হকচাং খর কল্লগ মী ফুগে মী হাৎকে হায়বসিবু করিগিনো মী ফুবসিবু হাওব্রাও, ওইনম্ব্রাও? চাকতাংব মতমদা মী ফুরগ পুক থনব্রাও? মশা ফব মীসি ওন্তোক্ল পঙথ্রবোইরে।

মঙ-মী— কনাবুনো নংন পঙই হায়রিদো?

তাইবং—নংন রা ঙাংবদা ব্রেক য়াওদব মী ফুদৎকে হায়রিদি কনাবুনিনা?

মঙ-মী— নংবুনিদনা কনাবু ওইনি।

তাইবং— অতুদি পঙইবতু নং ওইদন কনা ওইদগে।

মঙ-মী— মতু হাযবগিনি ঐন নংবু ফুদৌরিবা। ( থাম্নব )

তাইবং—মতুদনিনে ঐন নংবু পঙই হায়রিবা। নংন ঐবু ফুরবদি ঐ নারোইদ্রাও ? মী অমন নারগ নংগি অমসুং তুনিয়াগি কবি কান্নবগে ? নাব ফনব হায়তুন লাইয়েংশং লিংনরি, দাক্তন কৌনরি হায়নফাও খঙদ্রবদি নংন পঙবসি অঙাং চহি ৭। ৮ মুক্তা ঙাইবদগি হেন্না পঙব তারেনে মিষ্টর। অওইবমক্তি ইবেম্মা নংবু চহি কয়া শুরে ?

মঙ মী— লৈবাক মচাশা ননাই ঐ খুরুমজবি, ঐবু অমুক্তা থাদোকপিঁয়ু, ঐবু মাগি মনাক্ত নক্ল রা অমত্তা ঙাংনজব পিবিয়ু। ( খব থাদোকতুন মঙ-মীন তাইবংগী মনাক্তা চংতুন খুতুম্না পাম্বোনদা অমুক্তং থাবদগি মযাম্না চিংথোক্তুনা থাম্ব তাইবংমীন ইথৌ থৌশাদন মোমোন নোক্তুনা লৈব )

তাইবং— খুতুম্না অমুক থাব ফংলবনিন অদোম্না ঙম্ব তারব্রাও ? ঐসু অদোমগ চপ মান্নতুনা খুতুম্না তাক হল্লক্লবদি ইমানি য়ৈনব হাযবতু তৌরে-ময়াম্না কুম্মৈ য়েংননি। অমন অমূক ফু, অমন অমুক শু, ভাবোক্লা বাঃ বেশঃ। অমন খব হেন্ন ফুব যাই, অমন খর ব্রাৎপ য়াই, অমন মথা থংব য়াই মথক থংবন ঙম্মেসু হায়বো, অতুগ অচুম্ব ওইব য়াব্রাও ? য়ৈন শুনরগ অঙম্বন চুম্ব শাব চুম্ব্রাও ? মপাঙ্গল কনব য়ৈনব হৈনব ঙাক্ত অচুম্ব, মশা শোনবন লাল্লবদি উকীলশিংদি করি জজ্জশিংদি করি চানি ? শেল

লৈব ইনাক থুনবন লাইরববু লাকচব য়াদব তারে। তাইবং-
পান্দা মহুৰু য়ানসি শেল চৎনরমুসি হায়রবদি ঐস্মু য়াগেনে।

মঙ-মী— লাইরিক তম্মক্তব ইতিহাসপারক্তব মীন লৈবাক্কী চৎনবী থঙব হৌনদে। আলেকজান্দার, জুলিয় সীজর নেপো-লিয়ন বোনাপার্টি—মখোইসিবু পৃথিবী পুম্নমক্তা থৌনাফব নিপানি হায়ন থাগৎনরিব ইকাইখুম্নরিবসি লানব তারিনে। মরিলদি লৈত্রগা—The brave desrves the fair.

তাইবং— পুন্সিদা মী য়াম্না ওৎলম্ব হাৎলম্ব মীবু পৃথিবীদা থৌনাফব নিপানি হায়ন থাগৎনব কীনব মী কয়া কয়া লৈখ য়াই মতম মতমদা। হুজিক্তি ভাই, মী মকোক কেলহনব মশীং য়াম্বদা মীগি মতিক ওন্নদ্রে, মী য়াম্না কনব ওম্ব মীওইবগি কান্নবব য়াম্না তৌরম্ব ওম্ব Utility য়াম্না Create তৌরম্ব মীবু—অচৌব অফব মীনি হায়ন শিংথা-নরে। লাইরিক্তি ফন তম্মে হায়বু পারা শুন্নাইসিদি য়ৌদ্রিমানেনে উপন্যাসকি মী।

মঙ-মী— জর্ম্মন জাপান, রুশ আমেরিকা, ইংলেণ্ড ফ্রান্স পৃথিবীগি চাওখৎলব লৈবাকশিংন নিঙাই তৌনরগ করিগুম্ব হিরমদা য়ানদ্রগ লান তৌনরিবসিদি চাওখৎতে পংই হায়ব য়ারি-ব্রাও?

তাইবং—৫ × ৬ কুম্থ্‌ৰামাথোইনি হায়দুনা অঙ্কগি প্রোফেসার অমন হায়রগ চুম্ব য়াগদ্রা? শিংব মানবন ঙাক শিংব নত্তে, চাওখৎপ মানব ঙাক্ল চাওখৎপ নত্তে, মী য়াম্না হাৎপন

ভাক অকনব ওইব য়াদে, থুত্তুম্ন শুব মশীং হেনব, থুৎলাই য়াম্না লাংব ভাক্ক অঙম্ব অচুম্ব ওইব নত্তে—। পৃথিবীসিদা থর মুংঙাইন লৈনসি হায়রবদি জ্ঞান থর থর তানসে।

অহল্লোন—জ্ঞান তানরব দেমোক্রেসী চৎনরল মতম অসিদদি কনান কৈ কনান চুমই হায়দুন য়েৎনবদা ফল তানব ঙমদ্রবদি ভোট লৌনে—হন্দক্কি রাফম অসিস্ত ভোট লৌনব তারেনে।

নহারোল এ—ভোট লৌনবস্ত Hallo গি ভোটশিং করিস্ত রাৎ-লোইদা। ঐগি লৈরিব শেল থুন Hallo গি ভোট খোম্বদা লোইন শিজিন্নব য়ানি।

মঙ-মী — Thank you very much.

বি— শেল তিংডুন খোম্নব ভোটসি ইংলণ্ড আমেরিকাদস্ত তোদি তৌনৈ হায়বু মসি চাওখৎপগি থুদম নত্তে। চাক তাংব মতমদা চেং য়েনবদ খঙন চান্নবদা হন্ন হন্ন য়েন-শিনবগুম্ন চাদব মীন চেং ফংদব, শেন্দোংগি চেং কারবার তৌব মীন চেং ফংবগুম অমোৎপ থবক্কি—। দেমোক্রেসীবু লৈখা তাহনগদৌব তুম্মনদি শেল পাম্মনবনি।

সমাজ— অঙাংশা নখোই পুম্নমক ভোট লৌনব হায়বসিদা য়ানর-ব্রাও?

মচা বি— কদাইদগীনোনে পাবুং। মুপী লুহোংববু ভোট্টা হোংনব হৌনদে। স্বয়ম্বর তৌনৈ, মুপীন অপাম্ব নিপাদা বর মালা হুক্লে হায়বন রা অমনি খৎনরিব রাফমস্তু মফম

মরাং খণ্ডন করম্না ভোট লৌনগদৌরিনো? ভোট লৌনব যাব যাদব হায়ব বাফমস্ত লৈবি। থোং শাবগী রাবু কুপী ময়ামগ ইঞ্জিনিযাবগ ভোট লৌনহুন শাব হৌনরাও—?

সমাজ— অহুদি যেৎনবিব রাফমু কবি কবিনো?

মণ্ড-মী— যেৎনবিব রাফম হাযবু কবিস্ত লৈতে, ইকু ইবুঙো।

তাইবং—A Point of order, Sir.

সমাজ — Yes —.

তাইবং— ইকু ইবুঙো হাযবিসিবু ইবেম্মাসি অসোন্না লৌব। মুপীবা?

মণ্ড-মী— Excuse me, I am Sorry. খুডাইবুঙো, মক ওইব যেৎনবগি রাফম হাযবু ঐন ইবেম্মাসিদা ফজব লোন্নরা খব হাযজে। অদুদা ইচিন্নাওসিনা ঐবু মুপীরা—নিপাবা অসিনচিংব রাহৈনা কবেন্নে—অহুদা ঐন যৈগে তৌবনি।

তাইবং— যৈনশুনব হাযবসি জ্ঞান লেতব মীগি থবক্কি হায়হুন ঐন জ্ঞান খব তাকই, মুপীগি থক্ক থসিনি নিপাগি মথৌন অহুনি······ অসিনচিংব। মানি "অজ্ঞানতিমি রান্ধস্য জ্ঞান চক্ষু র্উন্মিলিতং তস্মৈ শ্রীগুরবে" খুতুম্ন শুগে হাযবসিবু অচুম্ব মফব অচম্ব থবক্লাও? অমুক্তা বিচাব তৌবিযু

এ— রা হাযবু কবিস্ত লৈতে বাজি। মচেক মযাদ ইকাইনরবগি হাযহুন ঙাংনহুন কান্নদে, মযাংদ দাক দাক হেক্তা হাযনসি কবি হাযগে ইচে?

সাহিত্য—হায়ুনে করিনো, অওইব রাবু লোৎহুনা কান্নব পোৎলোও

এ— ঐখোই তামো Hullo না ঐখোই ইচে শিঙেল লৈরাংদা খোঙি মুবি—।

বি— Grammar ত্তবু করিনো Noun খোইমুন Verb ওইনা শিজিন্নব যাব্রাও ?

এ— ঐ লাইরিক ওথাক পাব সাহিতা শাস্ত্রী অমনি, ঐঙোন্দা যেংলক্কনু বি, শৈবেং সাহিত্যদ ব্যাকবন্ন বেরা তৌনব মতিক লৈতে।

বি— সাহিত্যন শৈরেংদ তৌনংব তৌজো ইনিংব ইজৌদ গাদোক্লবদি ভাব তানরকওই জঙ্গলী সাহিত্য তাবক্কনি।

সমাজ— লোনগি যেংনখিনু ঙাইখো, মতম্ন মতিক চাব রায়েন বিচাব পিবক্কনি, পেম্মা য়েহেলো ফবী তুংগি পোলোই যেংনসি হায়নবত্ন ঙাইরগ লোইবে। রা মচংবু তাখিসি, ঈথৈ পিনখিনুসি।

এ— ইচে, লৈবাংদা তাদসিন হয়িংখোইবিঙৈ লৈহী পাম্ব তাদ খোইমুন লৈবাং তম্না তম্না, লৈবাং তম্না তম্না ( ইশৈগুম ) পাইশিল্লক্লে। মসিদ থোকইব রাম্নি।

অহল্লোন—অত্তদি তবামচানা রায়েনকাটি থাব য়াব রাফম তুক থোক্কেনা। শমু মীকোক অমত্তন—পাইম রাখল তৌরগ থোক্কনি—। মমোম লাংলেন সাহিত্যগি Opinion তুক তাসিদনা ?

থি— ছন্দক্কি রাফমসি ইচে লৈরাংদদা থাদোকপ চুমদেদা, ঐবু পোকপ পন্থৌ থোইবীনিংথৌ পলেম ইমা লৈরাংবু তরাগি থৈদেন্দা খোংদাখিব্রা ?

সমাজ— তরাগি চেং সরকারন য়েল্লি হায়বত্ত তাইরুনি হাযত্তনা হাম্ন একাকিনী অবলা, শাইরুক হাতে ধবি তুমা জননী চৎখি। হেন সময়ে হল্লকখিবোই। নচে লৈরাংদন মোনে মোনে গুনিরগ হাযবক্কদব রাফম্লি।

সাহিত্য—( মোমোন নোক্লগ মমাই ঙাংলপ লুক্কুনা )

পেনাদা পনবদন পেন্নদ্রবী,
রারী রাতাইদস্থ রাংলবী;
মোইরাংদা শাৎলম্মী হায়নবী.
কেগে থম্বাল থোইবীগুম,
থোইজৎনবী নচ্চদে নচাদি
সমাজগি শানৌ সাহিত্যাদি,

কেজন কাওফা কান্নদে,
কবো তেখাওদস্থ চেঞ্জবোই,
পাবুংন পাম্ব পাথংদা
পলেম্ন পিবিব পাৎয়াইদা
শাৎচনি শানৌ শাওজরোই
হরাউ হরাউ তৌজনি।

(মঙ-মীন ফুরিৎখাওদগি রুমাল ফৎ লোথোক্কুনা মমাইদ নাল্লি, তাইবং মীন চুরুট অম লোথোক্কুনা চম্মি )

সমাজ— অহুদি মাগি খুডাতোনখোইস্ত থন্নসি, অহল্লোন্নি চোপ্প য়াদে। ইবুঙো অনীসিগি পরিচয় যুম্বান কৈবান করম করম তৌবিব তুক হংবনা চুনগদ্রা ?

অহল্লোন—মানি তাধন, চহূ নিঙোল অম থাজব হাযসিদি চহী খবদা ওইববস্তু খন্দুন ঙাইহুনা যেংগদবনি। ইবুঙোশিংনস্তু যেঙ্জোম ফীবুম অম শেৎনদ্রবনিন খোংগ্রাও পাইজামা ইস্তি মফম কোক্তিচৈন কবক কবক ইস্নিন্না লন তমখৎ-লন্নবদি শৃৎ নানব লীলগুম মবুক্ক জঙ্জঙ চংশিল্লক্লবদি রা জপ জব লোইশিন্নব ঙোদব যাদ্রে অহুনাদ (মঙ-মীদা) ইবুঙোবু যুম্বান কৈবান কনাদৌবিব জাৎনো ?

মঙ-মী— ননাই ঐ চেক্কী যুম নাংঙ্গলাদা লৈজে কিপ্পব চানব থক্কব, যম্বান কৈবান চচৌ অশাংগি সীনেমাদা মযাম্না উবিবিবহু ঐখোহ ইমুংগুম্বগি মমিনি। খ্বাইন জীজ্ঘ ফংনদ্রব মতমদ ফোশুখোং কৈ ফাওব কুপ্পদগি হেন্দোক্লুন জীজ্ঘন খাই, লৈবাক্ক চাক তাংহুন ইমা ইমা লাওনবব মতমদা বাগোন অহুম্ন চাকশংদা নোংঙানবদগি হুগিৎ তাব ফাওব চাক থোংহুন লৈজে, ঐখোইদা লাকপ মী খুদিংমক্ক মবুক মবুক্কু হুইত্রিমুক কংদ্রিফাওব মযুমদা হললহনখিদে। মশীং কক্কন লাকইব মা মখৈ, মীশক নাইদন হুত্তিগি পীজনব শিল-লাংই। অসিগুম্ব হমুংদা যুম পালকপী কনাগুম্বী হুপী-মচান শনা সের কয়া, মনি মুক্তা কয়া লুপা খাও কয়া, রেশম, মুগ, শামতু, ফ্লানেল মখল কয়া কযা হাপ্পা মশীং নাইদব

অলমাবীগি শো পাইবগনি, মতুদি অনুমান্ন মাতুন অতুম যেংবিযু। লুপা লিশী° ২০ দগি তাব কাবন খেদেন কাবদা তোংনহল্লোই। চাওযাক্ত মসি ননাই ঐখোংগি যুম্বান কৈবাননি। (সাহিত্যদা মিৎচিন যেব)

সমাজ— অকোংব শক্তদৌবিব ইবাঙা অমসিগি ইশাক থাক্তন শ্লোক মখৈ থাগ্রেদনা।

অহল্লোন—হবুংঙো (তাইব-মী). মংগি যুম্বান্ন কনদোনা?

তাইবং— খুডাহবুঙো মীসি মঙাই তিগ্নখ্রিদ্রেদা। কনান যুমদা কনান যুদা, কনান কাবদা কনান কানীদা; কনান ফীজেংতা কনামন জুববদা, কনান থুগীদা শনাদ লুপাদা কনান বাজনিতীদা ধম্মদা গঞ্জাদা। নান মান পামজব মাহবেদা ঙাওনবি—ফৈনবি যুনবি।

মীন কৈব ঙমদব যুম শাদন কৈং, চেব চিঙখ উ তাংহনব, মীন চাব ফংদনব ফৌ পৈব, মীন শেংপ ওক্তনব থী যাম্না লৈশিনব, ব্লেক মারকেট শান্নতুন অমম্ব অহিংদ শেল তাগ্নগ অঙানব অযুক থুগিলদ মীন থাগৎনব দান তৌব, কুপী অঙাংন কল্লক্রা ফীজেং নানব শনা শিন কাব তোংব সিনেমাগি ষ্টাহদা, চদংনব মী কযানি ননক্তা লৈব পাম্ব ননাহ ঐগি মঙাও নচ্চদে।

অহল্লো—অতুদি ইবুঙোগি মঙাওন বদোমদা ফৈবিবিব।

তাইবং— মীওইবগি সনাজগি পবম মংওই হাওই যেৎশিনখ্রিব মযামসি চুয় হন্দোক্তুন ঙম্ন চাওখৎপগি অন্নাংব থাক্ত থুংনব ইবেম্ম সাহিত্যগি মতেং লৌব ঐগি অপাম্বনি।

মণ্ড-মী— সাহিত্যন য়াবিক্রবদি ?

তাইবং—মংদা পংঙাও ঙাওসি হায়তুন থেম্বদদি য়াখিদ্রাও ? জ্ঞান তান মীয়ামগি কান্ননব অওই অওইব লম্বী শেমসি হায়বু করি হায়ন য়াম্ফম থোকপগে ? ময়াম চংতুন নমতুন য়াহস্ফম থোকত্রাও ।

মণ্ড-মী— নঙোন্দা ময়াম চংতুন পিব য়াব পোংতি চৈতুপ লৈতুম, হুংতুম, শাইজ লিচৈ, থাং তা, গুতুম কিন—ময়ামসিদগি নংন অপাম্ব খঙ্গো। ( ময়াম্ন নোকপ )

সমাজ - ইপাগি ইবেম্য, নিপা অনৌসিন নংবু লৌনি হায়রি, ইপা খোইন তৌদোরিব বিচারসি ফন লুরি ঐন অমবু পামই হায়তুন ইচা হেক থাজরো. সমাজ ফৎতে অমতুন হায়-দোরিব। লৈবাক্কি ফত্তব পুম্মনক সমাজদদা তাইনবিরি। সমাজ ঐ হন্দক্তি মহে মশীং মতিক মগুণ, শাগে নাতৈ, য়েক মপা মপু করিমতা থিররোই ইচান পাম্ব নিপাদা হেক্তা থাজরগে করম্ব পামই তুক খল্লুদনা লাংলেন ?

সাহিত্য—( মমাই লুকথতুন ৱাখল তৌরগ ) অনীগি মরক্তা অম খল্লুরে, লৈপরেং ফংব মাদি হরাওব হুংঙাইব য়াই, অমতুদি লৈবাক মমাংদা চংশি শিদৌরি অমবুস্থ শিহন্নিংদে অমবুস্থ চোপহন্নিংদে। পাবুংগি মাইস্থ চোপ্তনব নচাগি মিংচৎস্থ থীদনব অহল্লমন বাজিথোই খুড়াতোনখোইন তান্নতুন তৌবিয়্ন।

অহল্লোন—তাধন্ন পোকপা সাহিত্যাদগি কবিমতা তাদন ঘজবী সঙ্গিতকলা, চিত্রকলা, মূর্ত্তিকলা, বাদ্যকলা নৃত্যকলা অসিনচিংব মনাওন্নুপী কযা কযা পোমশাংনবি। মযামত্ত উবগ খনবিব পাম্নবদি কৌথোকচরুগে, ইবুঙো অনীগি মোত তাসিদনা।

মঙ মী— ননাই ঐদি ইবেম্মসিন লোইজবে। সাহিত্যন ঐগি থোৱাইনি, সাহিত্যন ঐগি থম্মোইনি। মঙোন্দগি চেনবসু পামজগে, মথোন্দগি তোপ্পসু নিংজবোই।

তাইবং—ঐসু সাহিত্য থাদোকপ ঙমজবোই। সাহিত্যগি মথংগী কলা কযা হৃতিক যেংত্থন লৌ লোম্নু যাউ, মগুৎ ওইনদি পামজদে।

সমাজ— নিপা অনীসিন ঙাংইব বাশিংসি তাবব মত্তু দা লুপীমচা নংগি পুকচেল কমদোবি। অনীগি মবত্তা অপাম্ব খনব ঙম্মদ্রাও ?

সাহিত্য—পাবুং নচাগি মোত্তি হান্নগীত্থনি, অমবুসু চোপহন্নিংদে অমবুসু ইকাইহন্নিংদে।

সমাজ— অত্থদি ইবেম্মা অনীমক্তা লৈবোদনা ?

( মযাম্না নোকপ, সাহিত্যন মমাহ লুকথব )

অহলো—অঙাংশা নথোইগি মোৎ তাসিদনা, অহল্লোন ঐথোইদি জ্ঞান মাংলে।

মচা এ— থাইনদগি চৎনবকইব নিযম কহী যেংত্থন পবীক্ষা তৌবিযু, —-মীচং নাইদন মীশক মীমাই যেংদন বিচাব তৌবিযু—। থোইন লুব বিচাব নত্তেনা মশান তাজবব পোৎনি—।

মচা বি—থাইনদগি চৎনরকপ নিয়ম্নি রুহীনি হায়ত্নন হুজিক কালগি রাথোক্তা—মতুন বিচার তৌরবদি মীচং নাইদব বিচার ওইব য়াদে। থাইনগ হুজিক্কগি মরক্তা তাদন থাইনগি মিচং চংবিরিব করিগীনো? থাইন পাঠশালাদা তম্মিঙৈগি ফুবিৎন হুজিক কোলেজ কাবদা মিৎপ য়াগদ্রা চাগদ্রা? থাইনগি নিয়োম্না কহীন থাইনগি মীবু পুম্নবস্তু হুজিক্কি মীবুদি হুজিক্কি নিযম্ন চৎনবীন চিংগদবনি। সমাজন অহল্লোম্ন বাজিখোই খুড়াতোনখোইন মাংদা পাল্লিব মিৎপু লুথমলোমদ য়েংবদদা শিজন্নবিবর্গি অঙকপনি।

মচা এ— নংন হায়বিব রাত্নুনদি লুহোংবসি থাইনদগি চৎনরকই হুজিক্কি তোকপ তারে। নিপা মতিক মরক্ষ লৈবজাৎন হুপী ২।৩, ৫।১০ লোম্নবকই, মসি থাইনগীনি হায়ত্নুনা হুজিক্কি হুপীন নিপা ২।৩, ৫।১০ মপাঙ্গন মতিক মতুংইন্ন লোনব য়াব তাবেনে? লুহোংন পামদ্রবদি নংগি ভাই অসিন করিগি সাহিত্য লৌগে হায়বদা নংন খামদে?

মচা বি— থাইনগি চৎনবী পুম্নমক ফত্তে, হুজিক্কি ওাক্ল ফৈ হায়দে তাতোন জ্ঞান তাথোনে। ঐন হায়রিবদি অফব নিয়ম লৈতে হাযবসিন থাইদগি ফব নিয়মনি হায়ব শোগি রাত্নুনে। মতম মফম মীশক য়েংত্নুন চৎনবী হোংব fit তৌব ফৈ অসিদনি। নিংথৌন মতু ১৫০ লোনবদি য়ারগ, হুপী মতিক চাবন নিপা ৩ লোল্লগ—কৈদোই হায়রিবনো—? (সমাজ নাকোং মেল্লি)

মচা এ— অত্তুদি থুড়াতোনথোইন লুহোংবগি মরমদা নিপা অনীসিদা রাহং কয়া হংত্নুন পরীক্ষা তৌবিরোদনা—বর অশেংব থনবিগে হায়রগ। সাহিত্যন পাম্ব নিপা—মতাং অত্তুদা লোৎপ য়াব্রা য়েংসি—

অহল্লোন—লুহোংব অমস্তুং থাইনবাগ মরমদা নংগি নংগি অপাম্ব মোত পিয়ু তাসি।

মঙ মী—( ফম্বদগি তৌগৎত্তুন ) লুহোংব হায়বসিবু চাওখৎলন মীগি সমাজন অশেংব কিশি অম ওইন লুন তৌনবসি ঐস্ত পূর্ণ সমর্থন তৌজে. পামজে। নিপা অমগ নুপী অমগ পুন্সিচুপ্প থাদোক্লব য়াদন তিম্নব, অতে অতোপ্পদা মিৎযেং তানদব, অঙাং নুবী য়োকমিন্নব অরাবদা নুঙাইবদা পুন্সিগি খোংলোই ওইমিন্নব কুইন চৎনরক্লব পথাপ অসি মতম কুইন তেক্ত কাইদন থম্নব তোৎনব পামজে।

তাইবং—লুহোংব হায়বসি মনিংমখা তম্ব পাম্ব মীওইবন মতম থরগি তৌনব Contract ঠিকা ওইন লৌব পামই। Freedom of Contract মনিং তৌন ঠিকা তৌনবগুম মনিংতৌন থাইনব য়াব freedom of divorce লৈব কৈ। Permanent লৈব য়াদব তাইবংপান্দা Permanent পাম্বসি মীগি ওইজনদে। অশোনব মতিক চাদব নিপারোম্ন নত্রগ নুপীরোম্ন ঠিকা অসিবু কিশি অসিবু লুপা নত্রগ সনাগি তারান থোকপ ককপ য়াদন শানিংবা। মতম অমদা সনা ওইন থম্নরম্ব পোৎ মতম

অমদা কাণ্ডখথাং ওইন খন্নবকপ যাই। মরম অসিন নাকল অনীমক্কি হুংঙাইনব মতম মতমগি মতুংইন্ন হোংব যানব ফিভম, ঠিকা তৌনব মতমদা ইনহৌব ঙাংনহৌব ফৈ। ঠিকা তৌনগ্রবনি হায়ত্তুন হৌদোং অমগ হুই অমগ থোকপ যাদব লুপা নত্রগ সনাগি তাবান পূন্ন পুন্দুন থমজিল্লবদি থোংনব লাওনবদা মখোইনিদ নত্তন লৈবাইস্ত্র লৈবাবস্ত্র নাকোং ব্রাই চিল্লি। হূইন হূইগ পুনব, হোদোংন তোদোংগ পুন্নব শিনব অপংব চাওখৎতব থবক্লও? Flexible trims of marriage contráct ন দিমোক্রেসী অমস্তুং ফ্রীদম পাম্ব চাওখৎলব মীগি মতিক চাই—। তাং তৌনদন অমুক্তা খন্তৃন যেংনবিযু—, ওইদব মপান্দা ফজবদন কৈদোনদগে?

সমাজ— অমন হায ফদোবোই নীংই, অমন হায় ফদোবোই নিংই। নখোইনীগিসি লুবীদা। ফবে, নংন নংন পাম্ব হুপী পীদাহূ শম্নপন ব্রাহৈন য়েক্লৌ তাসি। মদোমদা অমুক য়েংনবা—।

মঙ মী— কুচু কুমেন. শক্তা মাইতা, নীংতা-নাতা, খোঙদা শৃংতা, শমদা ঙক্তা, অউব মী খুদিংগি পুক্লিং পুখিবী, থব্রাইনি থাদোক্কবী, য়েংল যেংলগ যেংনিংবী, মাবু উভৈদগি অতৈ উঙম্বী, ফজব খিবিক্কি পান্দম ওইবিবী, পুকচেল অমত্তা লোংবী, সতী সাবিত্ৃ পতিব্রতা। য়ুমগি মণি, অয়ুক হুংখিলদা হুমিং ওইন ঙানবী হুংদাংদা শব্রৎকি পুর্ণিমা

পুমহৈ। হুপান ওইব পামেল উজাওগি মউদা কেন লৌন মেংন মোম্ল যেৎচবী লতা উরীবৈ, মাধবী গুমইবী। লৌথুপ লৌকোহ মবুক্তা লোৎতবী থাজগি ংবো থাবিকথা, হুম্নিৎকি হুম্নিৎলে হুঙ্গংবৈ। উয়ানগি থম্বাল, বোডা-চাওবগি পেমচা থম্বগি থোইবী। ননাই ঐন পামজবিবদি হুপী ওইন তৌব গুপী হাযব লৈরিদনা—অতুমক্কি ঐখোই ইবেম্মসু।

তাইবং—Creeper type লতাবালী হুপীগি জাৎ, উবীবৈ মাধবী, মধুমতী মী নপ্পী। উদা তাংবী উতাংবী— হ্নাকংল খোঙ্গমেলৈ যেকুমলৈ, মেলৈ লৈস্না হুংজুমপান। মীংগি মকং যাওদন মথন্দা হিংব ভমদবী পাংদবী, লেপ্প ভমদবী খোংতেকপী নিপাদ যোল্লবী নাই ওইথিববী, পাদা নপ্পা পানপ্পী পাদা থনবী পাখনবী। লৈবাং জাৎ অনীসি, ঐদি তল্লি; হ্নাইচিল্লি থবক শিৎনবদনি। ফাবৌ উতোংভা মনম নম পাৎকি ঈশিং অপুম্বদা হৈনবী থবো থাবিকথা থাংজিংলৈ মশাদি ককই চুবগ থাবন্দা মশক লৎনব মমাইদা পাউদরন হ্নাইতৈবী; অযুক হুংথিলদি বৈষ্ণবী হুংদাং থাবন্দন হিমানী, কোকোলা যেনবী থাবল্লে, খোইমুদা ফাগে থৌবাংবী, শক্তুন লাংথাকপী শূনিংদবী, মণ্ডক চেংই উহন্দে, মচিনবাম্দি ভাংশংভাং মমিৎতন হ্নানী থম্বাল্লে; মখোংশাংবী হুমিৎলৈ হুমিৎতা ভাইতন নোং-লেনবী; থাদা হুমিৎতা থাদোকপী, মবুক্তা হ্না থমহৈতবী,

চাকয়াম চাবী অপংবী, চায়ামপোকপী কপচেৎপী। অসি-গুম্বী সুপীগি জাৎ নব নব অনৌবী, নববৃক্ষদা ভিক্ষানিবী থোংত থোৎপী তপোৎপী, থাওদন মানবী থাওহিংনম, খর চারগ সুংশিৎ হোবী, পুক্তা পোরোক শৌহনবী, পিয়ু শিবিয়ু লৈবিয়ুদা হায়গনবী, মরম্নাই লৈবদি ঙমদ্রবীন

"তু মেরা, মৈ মেবী, জলেম্বু জলেম্বু"

হায়হুন নিপা ঐঙোন্দা আত্ম সমর্পন তৌরকপী সুপীহুবু ঐন করি থাজফম থোকপগে? Is that pure love? চাকতাংবদা লুট পার্টিন বিভোলভর উৎলবদা মহাজন্না সনালুপা ফো চেং পুংথোক্তুন পিরকপত্ত সুংশিত্তন তৌরকপ দানলা? ফিভমসিদা মহাজন্দুব দাতা কর্ণ কৌব য়ারবদি ভাবতকি সুপী মবুক থন্দ্রা .শৎপ শিব ফংদ্রবী লিশীং কয়া কয়াসু অশেংব সুংশিবগি খুদোন পিব ঙমই হায়ব যাই। Freedom of Love লৈবী, নিপান নিপা থোকপগুম, সুপী থোকপী, সুপী, মথন্দা হিংব ঙম্বী, নিপাগি মপান তাংদব ঙম্বী সুপী ভারত্তা কয়াম্না লৈরে? অমতং ঐঙোন্দা খাইবিয়ু।

সমাজ— সুপীমচা পাখং অনীসিগি মবুকচেল মরৌশিং নংসু তারে। করম্বদা খর হেন্ন থরাই তাই। করিসু হঙ্গোইরুক্সু ইচাসিদি অপাম্ব খল্লু।

সাহিত্য—ঙাংখিব রাঙাংশিংহ্ তারগ হরাওনিংবসু ময়াওই শাও-নিংবসু ময়াওই। ভাবপু ইতা তাহৌদে। পাবুং ঐবু জ্ঞান মাংইদা কদাইন তুংদা ফরগব নিংখিন খনফম খংজদ্রি।

সমাজ— ফরে অতুদি. ইচান ভাব তানব ইপান শিনগনি। ইপা-খোইদি অসংন ভাব তারে—য়েনিংলব মীস্ত হুংশিব মীস্ত যাওবে অতুবু ইচাগি ওইদৌরিবনিনা ইচান ভাব তান খঞ্জব তাই। অঙাংসা নখোই হন্দোকউ—। (মঙ-মীদা) নংন হানবনিনা মঙোন্দা অহানব চান্স পীগনি। হুপীসি নংন লৌরে খল্লু, ভাবনিকো ভাব—। করম্ব করম্ব ব্যবহারদা নখোইনী হযেং লোইনরগনি হুপীমচাবু ভাব তাহল্লু। অতে হন্দোকউ।

( ময়াম্ম চংশোকপ মখোইনীদ সাহিত্য অমসুং মঙ মী —লৈহৌবা )

মঙ মী— ( সাহিত্যদা মিংচন য়েংলগ )

তাইবংপানব মপূগি নোংদম্ন ঙসিদগি পুন্সিগি খোং-চংতা অপাম্ব খোঙবু। ঐখোই য়ুম অসি অসাই অয়ুক লুহোংদ্রিঙৈদা হুমিংন চানবিরম্ব মঙাল অদু স্তমাং মাঙ্গোল ইমুংফাওব ওথাক ঙাল্লিদি হায়ববু হুজিক হুদাংদা থোক্লিব অতিয়াগি পান চেন্ন ঙাল্লিব কনাগি মতেংনো? হায়ু তাসি চান্নরবী, হুদাংদবু ইমুং অসিন অসুক ঙাল্লিবসি করম্ব মণিগি মশেক্ল তেংবাংহুনা ঙাল্লিবনো?

সাহিত্য—ফক্লাংদা চংলিব লীনবু থৌরী ওইন উহন্দুন য়াল্লগ কাহল্লিব, তুরেলদা তাওথরকইব মী অশিববু পোঙ ওইন উহন্দুন ঈশিং লাম্বোকপদা তোংহল্লিব অঙকপ মিং অনীতুন খাবম্ন হুমিংতগি হেন্ন ঙালহল্লি, ইমুংগি কাচিমগি অমম্ববুসু

শেংন চামথোকই। মণি কনাগি থাংমৈদগি ভানগনি? পাম্মু কনাগি মভিক্ক অচিংবু মশেক্ক হুংথিল ওইহন্নি? য়েংব হৈব মিৎভগি মগুননি।

মঙ-মী— ঐ হুংঙাইরে, ঐ হয়াউরে। পামজন খুৎন লাম্ব ফংব হুমিৎ ঙসি অঙকপ হুঙাইবগি ঈথক্ক নিংদোলদগি তিঙ তিঙ চোংতুন হোৱকপন হুমাং কারে লৱাই শাংলে। রাহৈন হায়দোকপ ঙমদন হুঙাইরিবসি করম্না তমগনি? কনাদা তম্মুনি? লোৎতুন থম্বদি ঙম্মরোই। মহাদেবগি পার্ব্বতী, সত্যবানগি সাবিত্ৰ অপাম্ব বর নিয়ু ঐ পেল্লে। পৃথিবী পুম্নমক খুতুম চল্লগ সর্ব্বভৌমাপতি নিংথৌরেনগি ওইদা কম্নিংব্রা কদায় পার্ব্বতী, মহাদেবগি ত্রিশূলতু পিরকউ নত্রগ শোরারেলগি বজ্রতু লৌথোরকউ দিগ্বিজয় চৎলগে।

সাহিত্য—তাইবং মীগি ঈগি ঈপাক্তা ইরোইতুন লাল্লগা অতুপ্পা মীগি মকোক কয়াগি মথক্তা খিনব সিংহাসনদা কাতুন মহারাণী ওইন ফমজনিংদে।

মঙ-মী— করে মং মবেম্মন পামজ্রবনিন পৃথিবী জয় তৌনব Atom bomb, hydrogen bomb গি formula তানব খোৎলরোই। অতুদি করম্বা কার পামই? সনা সের কয়া চংই? হীরা মণি কয়া য়াম্মগ ওক্ননি করম্ব মুগা, শামতু লুপা লিশীং কয়ানি Order তৌজখো হায়বগে অমতুংদদি তাকউদনা হুংশিরৈ?

সাহিত্য—শেৎপ চাব ফংদবী হুপী নচ্ছদে।

মণ্ড-মী— অদুদি অমেরিকাগি সানফ্রাক্সিস্কো তাম্ন পাইরগ হোলীউদত শেমসন এন্দ দেলাইলাগুম্ব ফিল্ম অম নম্মুরসি ঙুংশিথোইরবী।

সাহিত্য—ঐদি ইংরাজী লোনবদি হৈস্ন হৈতনা।

মণ্ড-মী— অদু ওইরগ হোলীউদ য়ৌরমুসি, নর্গীস ওইগেরা মধুবালা ওইগেরা নাশীম ওইগেরা ?

সাহিত্য—করম্ব পাম্বিবগে ?

মণ্ড-মী— মধুবালা ওইরো। ঐবু করি ওযুগে শকহেনবী অপাম্ব শম্লু, দিল্লীপ কুমার, অশোক কুমাব, প্রেম নাথ ঐদি ওইয়ু হায়বদা ওইব ঙমগনি।

সাহিত্য—মমিং ফজব পামজৈ, প্রেমগি মপু প্রেম নাথ ওইবিযু। তাইবং ঈপাক লানবদা পুন্সিগি হিনাও শাবিয়ু, ননাওবু ঈয়াইদা লংথবিরমগমু, পেমচাগুম্ন শিহনবিগমু, মৈতালন রাথৈরবস্ন সতী খোংনাংগুম্ন হৌজহৌনি, সাবিতৃগুম্ন ইনজরক্কনি খম্লুং শম্না য়োবক্কাও—।

মণ্ড-মী— থাঙ্গ মচা নৌহৈবগুম হোনগনি লুকায়হী লোগতাক ঈপাক বোইন ঙাথীবদা। ফাগনি পোরোম উকাবী, চামিম্ননি হরাওনা মধুবালা। খাংমু থক্তা কাইনরবস্ন, খোঙ্গুল লিরক্কনি ওর্ফিয়সন, ইউরিদাইস ইউরিদাইস কৌহুন, হল্লোই কৈদৌঙৈদা খম্লুংলৈবাক্কগি ইউরিদাইস নংবু পুরক্কনা। খোংলুনি পেনা কোম্নুংদা, খম্লুং-নিংথৌ প্লুটোন নংবু থারক্ক্রিবফাও।

সাহিত্য—পেনা ইশৈ হৈবিব্রাও, মতেক অমত্ত শকপিয়ুবা।

মণ্ড-মী— হৈ, পেনাদি কদাইদগি য়াওস্থ য়াওরক্তনা। ঐদি খোংজোং-পর্ব্ব হৈ, পেনা হৈ, ব্লারেং শৈরেং লেংব হৈ, ব্লারী লীলা মুংশি মুংশিরব শেমগৎপ হৈ।

সাহিত্য—অতুদি ঐগি লোইব ঙমদ্রব লোইশিনব হৈত্রব ব্লারী নত্রগ লীলাগি মচাক খব লৈজে অমুক্তা মপুং ফাহনবিয়ু।

মণ্ড-মী— স্বরস্বতীন তুংদা লেপ্তুন তাকপিবদা ঐন লোইশিনব হৈরোইদব ব্লাবী লীলা করি লৈগদগে। দেবীগি মচাক অরৈবতু অমুক্তা শান্ন উৎপিখো।

(মেজদা চংতুন অমন চৌকীদা ফম্ব সাহিতান মনাক্তা লেপ্প)

সাহিত্য—ব্লারী অসিগি চশেংব মচাক পনেং ফান লৈবাক পূন্নমক্ত খণ্ডনিংই তানিংই, কনানস্থ লীথোক্লদ্রে লেংথোক্লদ্রে। মিৎন উহৌব নাকোংন তাহৌব শকক খরদি অসিনি :—

নিংথৌ কযা চাওদব অমগি লাইবিক হৈরব মচা পাখং অম লৈ, পুথ্রী মচা অযুক মুংদাং শিজিন্নব অমস্থ স্নগোং ময়াদা লৈ নোংম অযুক হুমিৎ যুংলমদাইদা পুথ্রী মচাসিদা লাইরব চাবাম পোকপ অমগি মচামুপী লাইরবী ফজরবী চাওশাংলবী লৈশাবী মথোক কাববী অম ফোং তাওখৎলক্লে। (মণ্ড-মীন খংবদগি ইকাই ইকাইন)

মণ্ড-মী— শিন তাওখৎলকইব্রা হিংন তাওখৎলকইব্রা ?

সাহিত্য—হিংঙদি লোগেরাও ? শিন তাওখৎলকইবনে। মমা মপান খণ্ডলক্তিব হুমিৎ হুম্নি মরিনী শূরব পোৎনে।

খরনা হায় কোন্নুংন হাৎপনি, খন্নন হায় মবী মতান হাৎপনি। হাসপাটালন হায় ঈশিংদা ইরাক্কবনি, থৈদেন্ন ক্লৗীনদি মীন হাৎলগ থাদবনি। কনান চুমই কনান লাল্লি? সাহিত্য ঐগি ইতেং কধি পিবিব ঙমগনি?

মঙ-মী – লাইবিক লৈবী পৈশাবী অমস্তুং নিংথৌ মচা রাজকুমাব পণ্ডিত লাইবিক হৈবত্তগ ক্লুংশিনবগি প্রমান লৈব্রা? মপাগ মপাগগি মমাগ মমাগগি মখোইনী ক্লুংশিনবগি মর্বাদা কবি কবি মোত লৈ?

সাহিত্য--মখোইনীন পীনবম্ব চিঠি কযাদগি মখোইনী ক্লুংশিনবম্মী হাযনখৎলৈ। মমান্নবশিংনস্তু ক্লুংশিনবম্মি হাযলৈ। ক্লুপীগি অওল্লমন্ন বাজকুমাববু পামই, নিংথৌন মচানিপাগি হাযব মঙোন্দগি হেন্ন মনঙ্গ লৈব অতোপ্প নিংথৌ অমগি মচাক্লুপী ফজন্নবী বাজকুমাবী অম লৈবনিন লাইরবী ছাত্রীসিবু মচান খব পাম্মবস্তু মহাক্তি পামদে। ক্লুপী ময়ুন্না নোংম অহিং ক্লুপীমচাসি চেনখ্রে হাযব খঙখি, নিংথৌমচাদা ওইরিনি হাযন পৌশাদে। অতিংদা অমস্তুং নোং ঙাল্লগ হংনবদ বাজকুমাবদি ক্লুপী চেন্দে। অহিংত্তু যুমদা লৈ হায়ন নিপা ময়ুন্ন থুমই। নিনি ভুমনি কোইথী থিনরগ পুথ্রীদা তাও থৎলকই মবিনিশুবদা মথুৎস্তু পুল্লি হায় মসিন ওক্লব্রা?

মঙ-মী— ওক্রে ব্রাবীত্তু মচংদি লোইরে।

সাহিত্য—অত্তুদি অহাৎপ্রা শিজব্রা? কনান লাল্লি কনান চুমই ব্রারীত্তু করম্ন মপুং ফাহনগনি?

মঙ মী— মুপীদু সতীনি মান তাওরম্ব পুথীদু অশেংব তীর্থনি হায়তুন তুংগি মীবোলন থুরুম্মরনি। নিংথৌ মচাদুগিসু মরাল লৈতে মাবু ঙম্ব মাগী গুক মপা নিংথোন থিংবন সতীগি থৌরাই কনব ঙমহৌদবনি। নোংদম থীব বিধাতান অসুম ওইযু তমখিবননি। মুপীসু লান্দে সতীগি হৌনব মবুঙো ফংদ্রবদি যমালয় ফাওব তাগনি সিদনি। কথা ফজথ্রব মুপাগি অমত্ত ওইন লেপখিব পুকচেলনো। নিংথৌমচাসু লান্দে, মপান অঙম্বন ফাতুন পুন্দুন থম্ববদি করি উপায় লে ফন মুংশি হায়তুন। মুপীগি মমা মপাসু লান্দে মচা চাওববীন লাইবিক হৈরবা জ্ঞান তাববীন সত্তবান খনজবদা করি থিংফম থোকহ। Democracy গি যুগতা মচাক শিখিবগি কন্নোইদবদি, নোক্কুনা নোক্কুনা লৈহৌগদবনি। অতুগ নিংথৌদি লানব্রা? লান্দে করিগি লাল্লুনি মচা হুৎশিতুন মচাবু কহল্লিংতুন অচৌব নিংথৌগি মচামুপী লুংহাংগিনব হোংনব নিঙাই চাওব মচাবু ওকসনু শিংসনু রারকপদনি। রানীত্ত মপুং ফাদ্রিবাও?

সাহিত্য—থংজরে তোকপীরো, মতুদি অশেম্ব মথরাহ য়াওদব চীরোল রারেং হায়রবতুনি। (লৈথোক্কুন মচিন পোম্ব মঙ-মীনা মথরাই মুংঙাইতন লেপ্প)

সমাজ— (থোরক্কুন) পরীক্ষা লোইরব্রা?

সাহিত্য—লোইরে পুথোকপিদ্রো।

(সমাজন চামম্বরব মঙ-মীবু মথুং পাইতুন পুথোকখিব)

( শোন্ন ঙাংনব )

মঙ-মী— ননাই ঐবু কৃপা তৌবিয়ুদা খুরাইজো।

সমাজ— ঙাইখো তুমিন্দা লৈখো। ( থোকখিব )

( তাইবং-মী—শাওরপ থোরক্তুনা )

তাইবং মী—ঐন ঙাইরকইবসি ফন কুইরেদা। ঐবু মপু খল্লিব কুচু ওল্লিব হায়বতুরাও ?

সাহিত্য—চৌকীদা লেংশিনবিয়ু।

সমাজ— ইবুঙো নং ওসি নুপীমচা সাহিত্যসি লুহোংতুন লোবে খনবিরো। নখোহনি করম্ন লোইননি হায়বতু ভাব তান অমুক্তা ঙাংনবিয়ু।

তাইবং—লুহোংলবদি নুপীসি ঐখোইয়ুমদা পুফম থোকই ঐন নুপী ময়ুমদা লৈরিবসিদি--?

সমাজ— করিনো পংথ্রেদা য়াওং ইল্লিবনি হায়ন খল্লো—। (চৎখিব)

তাইবং—( মকোই নাল্লগ ) তারিব্রা ? নুপী ? ( চীংন কৌব )

সাহিত্য—( তৌ-শারিসে শোল্লগ) করি ওইবিরবনো তাজরি। (মতু শাজিন্নতুন )

তাইবং—হয়েং, করিগুম্ব হরাগাড়ীগি এক্সিদেণ্টা ঐ খোঙ তেক্লো মিৎ কোৎতোকখ্রো। নং ঐবু অসুম পামতুন লৈখিদ্রাও ? অশেংব পুক্নীংগি রা হায়নসিকো।

সাহিত্য—নখোঙ তেক্লব খোংতেকপ নমিৎ তাংলব মিৎতাংব নংবু পামতুন অসুম লৈব ঐ কদায় ঙমদগে। ধর্ম্মগি ভাবতা, আদর্শগি মমিংদা নিপা অনীশুব ফত্তেকা হাগতুন তাং

অতৈগি খাংগদব মঙাইবো ; থোংতেক মতু, মিৎতাংগি হুপী ঐ তল্লেবো।

তাইবং—নংবু ধর্ম্মদা আদর্শদা নয়ুম পাল্লব্রা ? নল্লগ ঐঙোন্দা লৈরিব্রা ? ঐগি হুপীরা ? ইমিৎ তাংলব ইথোং তেক্লব ঐন নংবু করম্ন হুংশিব ঐগি গুইতুন মথন্নাই চাক্ন ৱান শিদ্রিফাওব থাংউ হায়ন ফল্লব নিংশৌগুম ঐদি হায়রোই, ময়াম্ন পাম্নরিবী নংবু মতিব চাব নিপ। অম ফিজরুনব য়ুমদা লৈহল্লোই নংবু তান্থোক্কনি। নং মতুদা শাওগদ্রা ? অশেংব হায়হৌ।

সাহিত্য—( থুগাপ্পী) শাওবদি হায়রুহু মতুদি ঐদি কেৎলে।

তাইবং— Yes, that is good শঙহৌদনা নংন নপোক তৌবক্লব নারুব হৌগৎলপদা চী থুংলব, লাই থোকপদগি থীন নমাই চাম্মক্লব, লৌবিয়ু লৌবিয়ু হায়তুন হুপীন তান্নরিব ঐন নংবু পাম্ব শাতুন ধর্ম্মগি নমাই ভাক্তুন লৈব ঙম্মোইকো খঙউ ; মতম অদুদা ঐন লৈশাবী মৌ নহা অতৈ অপাম্ব থীব খঙলবদি নং শাওগদ্রা।

সাহিত্য—ঐসু ইপামদা থোক চৎতুন পাখং মশক মতৌ ফজব ইতিক চাব থীরুরগ লোইরে, নংনদি ঙম্মগ ঐনদি করিগি ঙম্মোইদগে।

তাইবং—Thank you. ঐন হান্ন শিব থোক্লবদি ঐগি ইরল শিংসি শ্রাদ্ধ কর্ম্মদা তীর্থদা য়ারিবমথৈ শেল চংহনব য়াদে

ইচা পোক্ত্রবদি শ্রদ্ধ লোইবগ নংগি অমুক লুহোজনব থাক্কদবনি। মসি য়ানিংব্রা ?

সাহিত্য—মত্তুবু য়ানিংদব হৌনব্রাও ? ঐন কন্ন নাশিল্লক্লবদি ঐন হেক শিব মতুং নোংঙানবদা লুহোংনব মুপী হায়ত্নন থমজো। ঐগি লীকোল ফীরোল ঐন অমুক ইল্লররোইদব শিংহু ইনাওমুপীহুবু শিহল্লু শেংহল্লু। ঐন শিবদা মীবু ব্রাহনব কপহনব পামজদে।

তাইবং—Yes, that is good. ঐন শিরগ ঐন মুংশিব মীবু ব্রাহনব কপহনব ঐগি অপাম্ব নত্তে। ঐবু থুনমক কাও-বিহুনা, কাওব ঙম্নব অতোপ্প নিপা অম থিজবদা ব্রাদনব অঙম্ব লন তান্দুন থম্বিরমগনি।

সাহিত্য—শিদ্রিঙৈদফাও অপাম্ব লৈরবদি ঐ ইশান চত্তুন হায়বি-রুগেনে। লৈব্রাও ?

তাইবং—হুজিকমক্তি ইবেম্মা ভূমণ্ডলদা নঙোন্দগি হেন্ন পাম্ব মুপী তুক লৈজদ্রি। নং নতৌসিনদি কুইর কুইর মুম পাম্মক-দৌরিদা। ঙাইখো. ঐন লাইরিক লাইশু ইরিঙৈ, থবক অরুব তৌরিঙৈদা, ইশৈ ঙংহুন হারমনিয়ম খোংহুন তুম্ব থেংখ্রে, চাক লামদ্রিবাওকা হায়হুন ইশৈ শকদ্রা ?

সাহিত্য—চানিংব ঐ থোক চারগ তুম্নিংব ঐ তুমজনি, চানিংদব তুম্নিংদব মীন মকোক ঙাওহুন লৈজবস্থু ঙাইদনা। অহুগা ঐন থবক চিল্লিঙৈ, মুংদাংদা মিটিংগা চৎপদা সীনেমা

য়েব চৎপদা ইতুং কোইন ইম্নব, থৈদেন পোৎলক্তা হৌদোংদৌন উচী লুমত্নকা লৈগনব জাৎলাও ?

তাইবং—ঐবু য়েন্নথা পাওদাব, খাইরমন থোংশংব চৌকীদার থৌরৈ-তবা নানব্রাও ? নংন পাম্বদা নংগি Freedom. ঐন পাম্বদা ঐগি Freedom. নংন ঐবু পাম্লগ খর কিন চৎলু, ঐন নংবু পাম্লগ নংন য়ানবসু ঐন চৎকনি। মশান লৈজব হৌনব Duty কাইনদ্রগ লোইরে। নং পুং ১০ দগি থেংন অহিং য়ুমদ হল্লকপ য়াবোই।

সাহিত্য—ঐগি নিপা অদু অসিগুম্বী ইশৈতৌবী মুপী অমগি মতুংদা ইন্নত্নন মগুিলা মযোম শমদোং ময়োম পাইত্নন চৎথি হায়বসি ঐগি ইনাকোংদা তাহনব য়াদে।

তাইবং—ফরে মসিগি রাসি ভাব তানরে। হুজিক ৭রি থবক শূবি রাবেং শৈরেং, নোভেল, ড্রামা, সোর্ট ষ্টোরী কবস্ব ইগে লাক্লরি ?

সাহিত্য—ঐ ড্রামা অম ইজরি, লোইশিনব ঙমদ্রে। ছাত্রী পুত্রীদা তাওখৎলকপগি রাবীত্ননি। অসাইগি নিপা ঐগ ম্নারী শানখিবত্নন পীব মোত্তু, তাবিহৌরিনিদনা ?

তাইবং—তানিংদনা তানিংদনা ওস্পোক্ল মুংশিদন তাহৌই।

সাহিত্য—নহাক্কি করি মোৎনো তাকপিযু। কনান লাল্লি কনান চুমই ?

তাইবং—ছাত্রীত্নু মুপীনিন মুপা নিংথৌমচাহু ফাগে হায়ত্নন ইল হুনব লাং থাকপ মথৌনি। নিংথৌমচাহু মথোংদসু থুহৌদ্রে মথুৎতসু লৌহৌদ্রে শিং নাম্বোকথ্রে। মসি ছাত্রীত্নন

ওঝা নাইব ৱাৎপননি। স্কুলগি, লৈকাইগি অমস্তং ময়ুম্‌গী ওঝা ফত্তবন অঙাংত্ত মাংবনি। ইন চিংব হৈফাত্রিঙৈদা পানা থোকউদনা শোইবনি। নিংথৌমচাহুদি মুঙাই যাইফব মচানিন হৈনব শিংনব হাযত্তন শগোল তোংব, গাড়ী থৌব ইরোইব, ইরুপ্পা পংয়েং যেংবদনি। মুংঙাইব মচান অৱাব অনংবগি পুকচেল থঙবিয়ু যাদে, মথোইগিদি অমসু অমস্তু শান্নপোৎ ঙাক্লি, মীগি থৱাই ফাওব অশাব থাংদা ঙৌত্তন টেম্পৱেচর কযা কাবগ তাইবং মীসি শিবগে হায়ব চপ চাব থঙনিংইব পোৎনি। মুপীমচাগি অহল লমন্ন মুপীমচাহুন নিংথৌমচাত্ত পাম্মে লাং থাক্লে হায়বগি শামিন খিৎতং ফংলদা Unequal combination is dengerous to the weaker side হায়ব পাবাহু ভাব তান তহিংহৌদব চুমদে অপংবন ৱাদব হৌনদে। নিংথৌ লাইরবত্তন কা তেন্ন অউনপোৎ পাম্বদগি ফোংন লান তৌত্তন লুট চৎতুন শেল তানবদি মতিক লৈতবনিন নহাগি শান্নপোৎতা খোউপ বুটন নেৎখাইবনি, দোনকুইসোটকি মঙাওশিন্নহুনি, নাওরি য়াম্না চাগদব।

সাহিত্য—অহৃদি কনা কনা লাল্লে?

তাইবং—অৱানব অমত্তা য়াওথিদ্রি। খোই থাত্তন ঙা অচৌব ফানব হোৎনব খোইজোপ্পীগি মথৌনি—ঙা নাম্বোকপ য়াই ফাব য়াই, মহৈগি মতুংইন্না ঙাজাও মাসু তীন্দা চাব খোইদা থুদনব লাকুব মথৌনি, মতা চারগ ফাথিব

# লীলাগী মী

১। ডাক্তর রাজেন্দ্রসিং এমঃ দিঃ ... (হোমিও) চহি ৪৬
২। মচানিপা তোম্পোকসিং ... ... লৌমী, চহি ২১
৩। মচানুপী, শকহেনবী ... ... মৌশাবী, চহি ১৮
৪। কুমার, মেট্রিক ফেল ... ... লৌমী, চহি ২২
৫। গোইমু, আই এ ফাষ্ট ইয়ার ... ছাত্র চহি ২০
৫। চাওব, আই এ ফাষ্ট ইয়ার ... ... চহি ২১
৭। তোম্ব, আই এ ফাষ্ট ইয়ার ... ... চহি ২২

---

# শিকারী

মতম ঃ— জুন থাদনি, ছাত্রগি কালেন ছুটি মনুং।

মফম ঃ— মোইরাং খৈদেন, লভরস হোটেল।

ডাক্তর রাজেন্দ্রসিং এম দি (হোমিও) ইম্ফালদা লৈরমই। মাগি লাইয়েং এলোপিথিক ডাক্তর মশীং য়ামথৎলক্কপদগি পাম্নরক্তবনে, মচানুপান লাইরিক তম্মদ ফেলদ পংওই ওই-বনে, মচানুপীবু ইম্ফালগি পাখংন অমুক অনীরক লাইরিক তম্ম কাবদগি চিংবিবনে, লৌ পরী অনীদং মোইরাংদ লৈজবদু অশানব মীন ফো নিংথিন তম্বিদতুন নিংব কাইবনে ময়াম অসিন পুন্সিন্দুন রাজেন্দ্রবু তানৌব য়ুম্বান অম হোংহনব তারম্মি। মোইরাংদ হোটেল অমসুং ফার্ম্মাসী লিংখৎপ, মচা নুপীবু হিদাক অমসুং পোৎচৈ য়োলহনব, মচানুপাবুন লৌ উহনব, মশান অনাব লাইমেংব। মসুম তৌদুন শেল তাল্লকপ চক্কি অনীরোম শুজিল্লরে।

খৈদেন মনাক্ত ফম্ম হোটেলনি. চা, বোরা, মিঠাই, চাক্নচিংব য়োল্লি। হিদাক মথল মখা হোমিওগি য়োম্নব উপু অমসু লৈ। মী থুংনব লেকপ চাব য়ানব য়ুম অমসুং হোটেলগ শম্নন মথাথংবদা লৈ। পংচাও চ ওদ্রবসু হোটেল অসি তরু তরুই, তনান তনানলি। লৈশাবীন য়োন্দবনিন পোৎ য়াম্ম শিংলি।

**জুন থাগি অহানব চয়োলদ নোংম শম্পোৎ থানরকপ মতমদ ফৈজোম অম শেৎ মোজাফুরিৎ অম লিৎ পাখং কুমারন লৌকাররকপদগি মমান চাক লোইরমদতুন চা গ্লাস অম থকউগে অতুগ মাগি থবাইগুম নুংশিজব শকহেনবীবু উরগ চাক লাম্ব খাংউগে লাকই। হোটেলদ শকহেনবী ফম্লমদে, কেন শেৎ চারতুন খৈদেন্দ ইমফাল পাখং মচা খর থুংলিব দোকান মমাংদ ফেনাৎ অম তোং, মুগা ফুরিৎ অম লিং, মুগ ফনেক অরংব অম শেৎ মশম জ্বাই জ্বাই থাদোক্লুন কোইচা চারি থবক ইলৈ লৈতন। মাগি হোটেল মমাংদ লেপ্তুন য়াম্ন শাওন কুমারন চেপথতুন শকহেনবীগি মতৌ য়েংলি।**

কুমার— (হোটেলদ মমাই ওন্সিন্দুন) ইতাও, হতাও তোম্পোক, নচন হুপীন ইম্ফালদগি থুংলব পাগংমচা খরগি মমাংদ মথৌ ইরে লৈতন কোইচৎ চৎতুন লৈরিবসি মশা লাক্লুন চিংলব্রগ ফুরো লাও সত্য। শম্পোৎ থারকত্রিব করিনো? চা গ্লাস অমত্তং থক্কে লাকপসিদি—। (শকহেনবী লাকপ উতুন কুমারন বেঞ্চত মমাই লৈথোক্লুন শাউনা ফমতুন লৈব) (শকহেনবী—"লল্ল লল্ল-লল্ল ল··· ···" হাযতুন ঈশৈ ঙংতুন লাকপদ কুমারন পৈতুন ফম্ব উবদ নোকফেৎ তৌরগ লেপ্তুন লৈব।

শকহেনবী—চা ফানবীদোরিব্রাও ?

কুমার— (থুমদে, মমিৎন অমুক্তং মঙোন্দ য়েংলম্মগ হান্নগুম পৈথোকখি।)

শকহেঃ—ঐখোয় তাচৌখোয়দি শম্পোৎ থারকত্রি, সুক ঙন্ন লৌবুক্তুগি কারকইবু লৌদি ইখোই খোইদন চা খৌরাংহুন লেংঙক্লব্রাও ?

কুমার— হোটেলদ ফমত্তুন চা বোরা য়োনগেদি হায়দন, ইম্ফালদগি কুম্মকপ ছাত্র অঙাওবশিংগি মমাংদ করি পোৎ হারুরিবনো?

শকহেঃ—মীগি কারবারদ অদোমগি নথৌ লৈতে, করি পোৎ লৈবিদোরিবনো ?

কুমার— কারবার। ঐদি কারবারগি পাখং নত্রাও? ইম্ফালন লরাইবু করিমত হেনপোৎ নত্তে। চা গ্লাস অহুমথক্ত পিয়ু।

শকহেঃ—মী কয়ান থক্লব চা গ্লাস অহুম্নো ?

কুমার— মখোয় অহুম্মুক কনব ঐ ইথন্দন থক্কদৌরিবনি। ( মপাম্বোমগি মশল কাহনব ) নমথাক লৌনম ইম্ফালন হেনব য়াই, পুকচেল শেংব পাঙ্গল কনব লরাইবু লাকচব য়ারোই।

শকহেঃ—ঐখোয়সু ইম্ফাল খারত্তুন লৌরাইদ লাকচরিবনে, পাঙ্গল কনব মরক্ত।

কুমার— ইম্ফাল খারবদি করিগি ইম্ফালদগী হয়িং অহুমদং পাইরকপদ ফাদৌবগি মিরাং থাকউরি।

শকহেঃ—শক জুংশিদহুন মতৌ য়েংগে হায়হুন লক্লবনে। অতুগি ওইরে পৈরিবদে ?

(ইমুংদগি চা গ্লাস অহুম লৌরুব. কুমারন মঙক পৈহুন

মাগিনি হায়বগি ভাবত চাওথোক্ল যেংহৌব। অইংব চা গ্লাস মচা অহুম পুরক্তুন পীবব। কুমাবন ফৈজোম ফিজিদগি মবী চপ্পী অহুম লৌথোক্তুন পিব )

শকহেনবী—চাদি ইংঙে, শাহনজখোবা ?

কুমাব— ঙুংশা অসুক কনবদবু অশাব থকই হাযব্রাও ? ( চা গ্লাস অহুমচু কুং কুং থকত্তোকপ, চিন্তন অমুক থকপ পেন্দতুন )

শকহেঃ—অমগ লৌজকখিগে ?

কুমাব— হুম, পেন্নব থকপ পুন্সিবোল নত্তে। ঙসিদি জগবন্ধুগি স্নান যাত্রা, পূর্ণিমা ঙুমিংনিদো ফগ্রবা।

শকহেঃ—ঙুমিং ফত্তন কৈদৌদগে নখোয ইমান অতুক ফত্রবদবো।

কুমাব— ইমান কৈদৌবগে ? ঙসি ঙবা ইম্ফালগি খোঙই খব মোইবাং খৈদেন্দ ঙুং ঙুং ঙংবসিদ ঐখোয ইমা ফত্তব তেঙ্গংপ ওইবিনিনে ?

শকহেঃ—নখোয ইমান ঐবু ইম্ফালগি হবা চাববী হোটেল ফম্বী অফাওবীনি হাযবি, ঙুমিং অফব যেংউত্তন কৈদৌদগে ?
(পেন্তুন লৈব )

কুমার— ইমান লৌগদব নত্তে, ঐন যাবি ইবেম্ম।

শকহেঃ—রাখল তৌনবিরুখো, ইমা হচাদ লৈমিন্নবদ লিংজেল মান্নত্রবদি হযেং তুংদ ফংলোই। মনিপুবসি ফন চাওই, ঙুপী য়াম্ন লৈ।

কুমার— ঐগিদি মণিপুরসিদ নথন্দ লৈয়ে। ঙসি হুমিৎ ফরিঙে, হোরেল হুমিদাংরাই, কো—?
(শকহেনবী চিন্তা তৌদুন তুমিন্ন চংখিব)

কুমার— শোইব য়াদে কো। (চংখিব)
(ফক্লাংদ লীরুং তেন য়াল্লিবত্থু লৌরগ কুমারন চংখিব মাইকৈদ কাপশিরা নত্রগ ইম্ফালগি পাখং অহুম্ন লৈরিব দোকান লোমদ কাপশিরা খঞ্জানব, তেন চীংল চীংলগ তোকপ; মফমদ য়াম্সিলগ থম্ব। রাখল তৌদুন ইমুংদ চংশিব। অহুদগি নিংঙমদতুন দোকান লোমদ অমুক চংকে তৌবদ ইম্ফালগি পাখং অহুম মাগি হোটেল লোমদ লাক্নুন অমুক চংখিব মতুং হন্না হায়রপ যেংলম্ব নোমফেৎ তৌদুন। সুট টাই খোংগ্রাও টুপী পুরা সাহেব শাব খোইমুন মাং থং, রাইফল লেংবান্দা পুব পায়জামা সার্ট শিজিন্নব তোম্বন মযাহ থং, সুটকেশ পায়ব চাওবন তুং ইথং থং শাতানবশিংন নারক্ত মাংথ্রবী শক্তি থিবগুম কোয়েং য়েংদুন মনম শুৎ শুৎ নমদুন অহুমছ হোটেল মমাংদ ফাওরক্লে। পাকথতুন লাক্লগ)

খোইমু— নোংমৈত্থ ঐন পায়রম্মবদি অশাইন কাপ্নুন ফারদোব শক্তিনিদো, দিয়ার।

তোম্ব— হুজিকস্তু ফাব য়ারি সুরাইদ মাংখিবনি হুংশা থিগহুনে দিয়ার। উইন্দ কল্লো........।

চাওব— লোক্তাক্ত উচেক কাপসিকো ঙাংনতুন লাক্লগ কংফান্দ তন্নব সনাগি শক্তি অমুক উহনব অন্নক মাংব ঙম্ববু ফানি

হায়ত্নন তানরিব নখোযবু রামাযনগি ব্রারী তাদব মী মানখ্রেদ লাইরিক হৈতন মাংনি।

খোইমু—( Sign board পারগ ) হোটেলসিগি মমিংদি—বাঃ। Lovers' hotel.

তোম্ব— বিক বিক থনব Love glass অহুমথক্ত থকচগে হাইযুবা।

খোইমু—হেবা কদাইদগি অহুম্নোনে ?

তোম্ব-- ঐখোয় অহুম শুবিবসি কাওবব্রাও ?

খোইমু—খৎলেদ, হুজিক্কিতু গ্লাস অমত্ত নব্রাও ?

চাওব— নখোয় ঐখোয ছাত্রনি, কালেন ছুটিনি, হৈনৌ অশংব পংচা চান্নসিকো হাযদে হাযনি ।

( শকহেনবীন ইমুংদগি শনাবুল ঙকথী চপ্লগ ঈশৈ ঙংহুন থোবকপ )

"যমুনাতে জল আনিবার ছল্লে· ·

( মশক উদন মখোল তাবদ মাং থংব অনীত্ত কাপকদবগি মমিং ইথক থক্ক নোংমৈ মুন্নব। খোইমুন মুনব )

খোইমু—নখুৎতি চুমদন শোইহুন তোক্রব · । ( শক্ক শক্ক উনবদ অমন ঈশৈ লেপ্লে, অমন নোংমৈ নিশান তোব তোক্লে—খংনরে )

শকহেনবী—করি ওইরবনো ?

খোইমু—এঃ বাইফল হায়হুনি, ঐখোয় পাবুংন হুবানব কাপ্নব লুপা লীশিং অম চমগুা পিহুন লৈরুবনি।

শকহেঃ—হুজিকপু হুরানব থিব চৎপিব্রিব্রাও ?

খোইমু— নচ্চদে, উচেক কাপ্পা শিকার লাকচবনি।

শকহেঃ—ঐখোযসিদদি উচেকতি য়াওজদে।

তোম্ব— ইবেম্ম, চা গ্লাস অনীগ লভ গ্লাস অমগ বন্ধুগি পীবিয়্ম

শকহেঃ—লেংশিনবিয়্, চা গ্লাস অনীগ অমন করি গ্লাস হায়বনো ?

চাওব— শঙ্গোম গ্লাস অমগ হায়বনি।

শকহেঃ—ঙহাক্ত ফম্বিখো ঈশিং শোকচরুখিগে। ( চৎখিব )

চাওব— চৎলে ছাত্র, চাবে ছাত্র, রা ঙাংনরে ছাত্র— ছাত্রগি লিচৎ চৎলুকো।

তোম্ব— ছুটি থারবস্তু ছাত্র ওহডুন লৈগদ্রাও ? নহা হায়বসিদি থবক শংলিঙ্কেদ থোনা ফব থবক খব তৌসি হাযডনা শিকাব লাকহব নত্রাও। ছাত্র হায়বসিদি তিন্নন খুদ মক খংজিনগদবনে।

চাওব— হুই থোদনদ নংন ফন ইন্সিন্দুন কবি কাংলেং ছুন্দিংদ ইন্টরভিউদ শেরান তুবান ঙাংবতু হকাহদ্রাও ? মতম চাদি, মসাগি হোটেলসিদ লৈবদি ঐখোয় ঙাওদনা— জ্ঞান তাও।

খোইমু—দিয়ার ঐ নার্ভস ওইরুরে, হন্দকমুক্তি বিদ্যাশাক্ষী, মীন লাকচহল্লরোই। নহাবোদ ঐখোয়সি Lovers ঙাক্তান Lovers' hotel কোক্তন খনমইবসি ঐখোয়গি নত্রাও ? ঐখোয়গি hotel সিদদি থুংদনরেঙ্গাংস্তু হাওজব মোংশু মোংপ ইশিং অশাবন প্লেট কপ চামদব অসিদ চাদুন থক্তুন লৈগদ্রাও ?

তেম্ব— I support the Proposal বন্ধুগি মোতসি ঐস্লু যানিংই। হাওববস্তু হাওব্রবস্তু নৈখোয হোটেশসিংগি বৃঙ্গাবীগি চা নংত। কালেন্থাসিদ অনা অমেক থোকলো, অতুকাল ওতবন নতৌদ মাগি মগুংওণি ঈশিং মনিক অমদ হনাদ উম্মগ শিনিব হাযব লোবিনন কবিনো।

চওব— বিদ্যশাক্ষী নখোযদু ছাত্রনিকো। কালেন্থাদ হৈনৌ অশংব চাবাসবু অতণ লমন উনগ কবি হাযগদগে। তাচ কালসিনগ মযম নকমন তেনৌদ পংহোদ হোবস্মিদো ইস্কানদ ফংহ থিযেটর সনমা, লাহ হবাওব, থাবল চোংনী জিক্কোল, বাস চ, খু কতশে—ছাত্র মাংনব কুম্মোগ নৈপবেং চাহি চুপ্প লেংইব মথং নগং—লবাহদ ফংহ হোটেলদ ফাও কালেন্থাদ তৈনৌশিংজু লা লাতোন অম থন্ন। মণিপুরগি নাহাবোল নখোযন চাওথংকদব ফন লুহ; লম্বাদ চৎপফাও নাকোং মেন্দুন মিং উহশিন্দুন চৎপ তাই। হুহশিযাব।

তোম্ব— মত্ত চাগন্থু নবে কেনগনি, মত্ত থক্কন্থু নখনাও পুমগনি মত্থু যেংগন্থু হযেং মপোক্ত নমিৎ ভাংগনি, মত্থু তাকন্থু ননা পংগনি, শিবগ যমদ লাক্লগনি—চাহৈদে থকহৈদে তোহৈদে পাপ পুনি। মাবরাবী স্থপী, মুশ্রীম স্থপী মাইহুম হাপই, মেম স্থপী ফনেক কৌই, নিপাগ মরূপ মপাংগুম কোইচৎ-চৎমিন্নে। থাজৈন মপুবোইব শিবদ লুখ্রবী শিং ওইন হাপ্পবস্মি—সতী সংহার। হিন্দুন সনবু লাইনি

ইবাংলি, মুস্লীম সাহেবন চাওথ্রে হাযত্নন চাই। য়ু থকপ মাংই হাযবত্ন হিদাক য়ুনম নম্ব যা়ম্ন থক্রে অহল লনা লাইগুকস্ত কানবু কান্নি হাযনবদি। কালেন্দ য়ুং হাযবি' কৈনো অশংব শিংজিত্ন তুম্ব হোগৎপদ শিও চাবদি চিংনা শিংলচন ফন হাওইন কবিনো। সিনেমা থিয়েটর নোংফাদোক যেংবদি হুইাইনা কান্নেন চাবনো। হৃংশি হু ও শি মবমদা ৱাহৈ ৱাতা অমনি থাগি জগাই নোংফাগোক তৌনবদি কবিনো পুস্সিগি মহেল অমনি, মহুগি মতুংদ লাইবিক পাব ওবো ওবো চৎস্লিনা।

তোংমু— মসিগি হুপীসিগ থাগি জগাই মতেক অম তৌনবদ লাইবিক মথক পুমবাও নাওশিবদি তৌবোইনেকো। অদু ওইবদি Love হু শিং হাযবসি মযাই যাম্ন কন্নি, ভাওথিনি লাইবিব ওৎপ যেথাইব থোকইনা যাদে শাযব থংব ঐন যম্ন চেক শম্ন থংনাংব ছাত্র অমগি ভাবতা ভসিদি ঐবু লাইবব যেংনাগনে দিযাব।

তোম্ব— Yes যেংগদবনি, Science লোব ছাত্রন Experimet তৌব চাং যেংব কীং হৌনব্রাও? থাজদহুন হিগৎপ-দগি অবানব অরী। তোঙুন অনৌব তৌদোক্লকইব নৱাও? শেল থানসে হুপীমচাসি my dear ন হুশিকবদগি লাইবিক মৱক পাং থোকুব তৌবোই, নবক তাব ওইৱোই।

চাওব— চাং য়েংবিয়ু থুসীনি, হায়দে হায়নি—অনাবগি Germ সে হকচাংদ খিত্তং চংবগ মীদো তোপ তুস্তুন শিদে। থাইসিসন নাব মী উবিরেদন খর খর সুম চপশিল্লকপদগি মশক উদত্তুন মাংথ্রিব নত্রাও?

(ঈশিং প্লুত্তুন শকহেন্বী পরপ পরপ লাকপ)

শকহেং—কুইরে মখৈ ভাইবিরম্মেদো।

খোইমু—থরাইন লৈবি-মখৈ ভাইবদ রাজরোই।

শকহেং—অত্তুদি চা শেমজরুখিগে ভাইবিখো-ও।

খোইমু— হরাওন ভাইজনি। (চংথ্রব মত্তুংদ)

চাওব— ভাইত্তুন সুম থরাইন লৈরিবমখৈ লৈরবদি দিযাব নং কোলেজ কাদ্রেদো?

তোম্ব— কোলেজ কাব মতম নত্তে বন্ধু ভাইখো, হুজিক কালেন ছুটি মন্নংনে হায়মি।

খোইমু—(কমইব মকুপ অনীদ মপুং নাম নাম পায়রগ—অভিবাদ য়েংশত্তুন) চসিদি, লুংশিবব মরুপ অনীমক, স্বর্গগি মঙাল মচেৎ অম উন কংজরে—নখোয়নিগি পৌজালন।

তোম্ব— Heaven's door opend to the lover উম।

চাওব— লুংশি থংব মীদা স্বর্গগি থোং হাংদোকই। অহল লমন্ন ভাওরে হায়নব নত্তাং অত্তুনি, রাৎলি লাইরিক মযেক কাওব কাওরকখিনি অঙাংশা।

(ডাক্তর রাজেন্দ্র তিদাক বেগ অমস্তুং ষ্টেটসকোপ পাযত লাঈয়েংব কোঈরুবদগি মনুমদ পরপ পরপ লাকপ পাখং অহুমত্তুম মুন্ন চিংনন যেংশিনব)

রাজেন্দ্র—ইবুঙো নখোয়বু ইন্ফালদগি মাল্লিদ, করি থবককিনো? রাইফলসু য়াওরিন—?

তোম্ব— ননাই ঐখোয় ছাত্র ওাক্তনি সেম্বালম্বীদগিনি। কালেন ছুটি মনুংদ কবি চাওবগি লোক্তাকসু য়েংউসি উচেকসু কাপ্পুসি হায়দুন লাকচরিবনি।

রাজেঃ— কবিন বার্ত্তোন তোমহুন লোক্তাক্কি উচেক কাপ্পগ উসব কৎতোরিব্রাও?

চাওব— ননাই ঐখোয় নোংমৈসি মরু য়াওজরক্কে মতৌ মান্নব পায়জরকপনি, নেকটাই হাপলিব মরুপ অসিসু খৃষ্টান ধর্ম্ম চপ চীংমী নচ্চদে। হোটেল অসিদ মী থুংব য়ারবদি ননাই ঐখোয় নোংম নিনিদ লৈজগে লাকপনি।

রাজেঃ— থুংব য়াই চাব য়াই করিগি যাদনি নখোয়গুম্ব নহান থুংলনব চার থক্লনব লিংথৎলিব হোটেলনি। চা ফান্দ্রব্রা হুজিকফাও? হায়, ত্রুপীমচা নং তাইবুংঙো খোয়গি অচা অথক পীল্লে।

(শকহেনবীন চা গ্লাস অহুম পীবব)

রাজেঃ—অথুম অহাও অরৈম ওখে পূথোক্তুন হেক্ত লানশিল্লু, চাব য়াবমখে হাখিনব, য়াদবমখে মাংজসনু। করিনো গুনীমচা নংবু লৈশাবা নত্রাও। চাসি ইবুঙো ঈশিং অশাবন চাম্ব গ্লাসত হাপ্পনি, কিন্টর রাটরন শেম্ব No 1 পিকো Special Tea নি। হুজিক Influeuza Season নি, চাব থকপ চেকশিল্লু, জুগোৎ চাদব Hotel দা

নখোযগুম্ব Gentlemen নথুংব মতিক চাদে। ভাবাসু যামদে নোংমদ চবা অনি, টিফিন অনীবক পুন্ন ভাবাগ লুপা ৪॥০ দনি।

শকহেং:—পাবুং ছাত্র ভাত্তনি Concession পীবোহক্রাও?

বাজেং:— বেশ, ইচাদি পুকচেল চাওইদ, ভনৌব লাবইব নবুং শিংগি মীচং নংন চংলবোহবে ইচান হাযবগ লোইবে কৈ, নোংমদ লুপা মবী

চাওব— মী অহুমগি পুন্ন নোংমদ লুপা ৪ হাযবনিকো?

বাজেং— মী অহুমদ ১২ ভ্যাল্ডিংগি।

খোইমু—ননাহ ঐংগায লুপাগি পনব্রান নৈজদে, অনা ... পাস্থাসিদ ডাক্তবগ ... অজগ পোৎচ ... ফজন ... থাকপ, ভুশিজহন ভৌবনি।

রাজেং:— চংলু ভুপীমচা ৬ ... ফজন ... পোং থাক্কদনি Concession নি হাযদুন লেঙ্গাং মথেল ভাব যাদে থং ট্র—মথেল ১।

শকহেং:—ঐদি চাক খোংবু কত্রিবসিংনি অকব।
(হবাওন ভাংন ভাংন শকহেননী চংশিন)

তোম্ব— ইচনসিদি হংওবু হাওমনাখে

চাওব— (থুনিংন পিল্লণ) চাদ্রিইন বনম্ন থই?

তোম্ব— চা শুক হাওনবদবু চাক হাওতব হৌনব্রাও।

রাজেং:— মবুংন শৌ পনী অনা শন জুবা অনী কোন্নব, মান তোংটেলসি কোকথোঙ নাব, ঐন মোইবাং থুম্পাক অদি লাইয়েংব—ভহাক্ত শংদেনে ইবুঙ্গো। হুজিকসু অমুক

চাক চাব ফংদবমথৈ চেন্দোরিবনি—ব্রাথ্রে ব্রাথ্রে লৈবাক হম পুবথুল অম পুব হায়বসি। ইপলখোয়ন মোইরাংদ হোংলকইবসে ইম্ফাল থীত্তন লাকইবনি। M. B. পাশ তৌকরবনি হায়ত্তন পোরকপ ভবাংদগি ভথাশিংন অরুব অনাব যেংব ভমত্রাও? এম দি ঐখোযবু থানদবদগী হুক্তিক য়েংট্টু ইন্দব Hydrozen Bomb চাং য়েংবদগি প্রশান্ত মহাসাগবদগি শন্দোবকহৰ Radio active Parti-cale শিংন পোকহনব Influenza ন ফিলিপাইন, জাপান, মালয় ইন্দিয়া, সীলোন মথং মথং শন্দোবক্তুনা তাং 'মী পুম্নমকপু হাংকদবগি লাক্লবকই-এম বি পাশ তৌব ইম্ফালগি ডাক্তবাশংন ইম্ফালবু কনব ভনব্রা যে শি মোইবাংদদি ঐ লৈবিানিন চংব মতিক নৈতে। ঐন লুন থমজএ্রনী ৩চ ৬পীন স্কুলদ বাজদদ হশা শাগন নাক্তুনা জাপ্ত 'চংলও পাথংমচাশিংন লৈব ইম্ফাল। মরাল লৈব দাকু মচা শেল চাবগ থাদোকপা মেজি. ট্রিট অমসুং পুলিসন লৈব হম্ফাল। ইচানুপাবু লাইবিক তম্বিহন মেট্রিকি Test পরীক্ষাদ ফেল ওইহনব ওঝাশিংন লৈব ইম্ফাল। মথোযন মী থান্নদব বাজেন্দ্র ডাক্তব নৈত্রেদ মথোয কমদোবগে থংনি—যেংনসি। ইম্ফাল ভুম্ন হাংলু Influenza ভাই, খবরদার মোইরাংদ চংলকপ যাবাই।

তোম্ব— হুপলবু করি লমদগি পাশ তৌরকপা এম দি নো?

রাজেন্দ্র—ইপলদি থৌওইন তমদে "Doctors are born not made" ইমা পোকমুংগি লৈজরকপ হায়তনি—চিঠি চংনতুন খর, মীরৈবাক্কি ইমানব ওঝাশিংগ তংথোক তাশিন তৌনৈ অদুগ পাঞ্জ খুৎপাই, হিদাক্কি বেটালোগ অওত অতৈ খরগ পাবগ খংহৌদে ইমিং পংচৎত্ত চৎখি—ঐন হেক য়েংবগ অনানসি পংফদ ফে। কুমসি চহিসিম Cholera তৌদনব Influenza চংদনর গুলি লৈবনি নচন্দগি Concession price তা লেব য়াগনি—ইম্ফাল-দদি যোল্লুব য়াদে—নবন্নাক শিক্ষিন্নবদগি হেন্ন। ইহে। মীগি অরুব অনাব অম য়েরকপ ঙমদ্রেনা।

(পরপ পরপ ইমুংদ চংখিব)

খোইমু—অনা অয়েক চংদনব মসি নিপাসি ইকুপোক ওইব তাবে।

চাওব— লাইরিক তমখিসি ভাই, ইম্ফাল মচাদ মচানুপী থাজৌ য়ারোই অহনসে।

তোম্বা— য়াওং ইন্দুন মোংরাংদ লৈরবদি করি য়ারোই ?

চ'ওব— য়াদৌব ওইরবদি ঙসি ঐখোয় অহনগি লুপা ১২ তিংদো-ব্লিবসি মঙানি চাককোবগি ভাবতা চারসিদন ?

তো.ম্ব — মতু তানব বুদ্ধি তৌনে বুতু, অরেম্বদ খামদৌ শরুক পো-জিন্নো। খাম্মগ ঙাক্ত মরম ওক্করবদি মনিপুরগি নহা-রোল লাইরিক হৈতব হ্নাওগত্রাও— মমা মপান জুবাব শান্নগনু, কোইগনু, য় থকনু থাম্ব ঙাক্ত নত্রাও ? খাম-নন্দুনা ওক্কত্রে খংলবসিদি থৌজিন্দুন য়েংনন্নসে—ঐখোয়

ইমান্নবশিং লোইন এম এ পাশ তৌনখ্রে হুজিক্ত ফাষ্ট ইয়ার তম্মিব ঐখোয়ন অথাঙ্গী থবক করি কান্নরি ?

চাওব— মপা মচাসি দিক্লেরেসন শানবদ সাইন তৌনবদোন য়াম্না মান্নরি। পুন্নমক ফাত্তন শেল লোগদবগি অঙকপ প্লানিং অম তৌরি। মসিদগি ঐখোয়ন তিঙ্খংদি য়ুহন্দন হৈজাম্পেং হেকপ, অতোর গুলাব হেকপ অরাইব থবক নত্তে। ইশ, নোংমদ ১২, তিঙ্খংদি শাংখ্রেদ।

তোম্ব— নংন তিঙ্খংদ কীদো হৈজাম্পেৎন থুমইব—

খোইমু—অতোর গুলাবন মনম ক্লুংশিরব ফজরিবসি ইয়েং যেংদে, ইখন খন্দে। শোইব লোক্লে ঐন শেল মাংজনি, হেক-বক যেংব নিপা মচাগি থৌদাংনি। বুদ্ধি করম্ব শিজিন্নরগ খোইবুদি পংচীক চীকহন্দব খোইহৌদি লোকপ মসিনি বাহং হাযবু।

চাওব— থংদ্রে মতম অসিদ থাকইব তিঙ্খং লাং ময়ামসিদগি ঙা মচা ঐখোয়ন ইথ্রাই হাযবদি হরমচৎ মাংদন হিংগদব ফন লুরি।

তোম্ব— "বুদ্ধি যশ বলং তশ"— বুদ্ধি শিজিন্নরগ পাঙ্গল কন্নবা খোইহৌ থকসি খোইন চিক্তনব হোৎনসি।

খোইমু— চাকস্থু লোইদ্রি আদগি উরুমসিদা ফম্মগ ফজরব ব্রারেপ তানব মিটিং অমত্তং তৌরুসি।

[রাজেন্দ্র মফী মরোল পুত্নন হিদাক থুৎলাই পায়ত্নন অমুক চথোক্কে থোরকপ)

রাজেন্দ্র—হুপীমচা! হায়. নমিৎ ননা শিংন লৈয়ুকো—উচি মচা মচান চাহুন ফো কোৎ অম তুম্ব ঙমই, হৌদোংন নং তাইবুংঙোইখোয়গি শেম্মিব ঙক্রোত চেনথিনি চেকশিল্লু। ইবুংঙোখোয় চাক ঙাইব ওইন হরা চারুখিগেরা? ফৈ ফৈ— হরা চারু রারী শারু, নহা ওইরিবৈঙগি রারী শাহুন অহল ওইরকপ ঙাইবহু হুঙাইবনিদ—ওঃ, হৌখ্রেদো মতম।

হায়, হুপীমচা শোরোক্ত নথন্দ থোকনু—হুই অঙাওব অম অসাই নিপা অনীন ফাব ফমদহুন ময়াম্ব তান্নিবনিকো। (তান তান অচমত্ত চংখি)

(মখোয়গি মতুংদ ঙহাক য়েংলগ চানন চৎলমদাইদ) হুপী মচা, ঙা চাক্তু হুজিক হুজিক্কিদ য়েংহুন হাপ্রোকখিনু নং তাচৌগিস্তু ঐগিস্তু খর য়েংহুন শাকউকো। ঐ চৎলে লাইয়েংব, পোৎ চৈ চেকশিল্লু হায়দে হায়নি। (চৎখিব নাকল অমদ, কুনার অমসুং তোম্পোক লেংবান্দ লাঙ্গোল হাপ্তুন লৈখোম তৈন লৌবুক্তগি কারকপ)

কুমার— ইতাওনদি শাওগদ্রা ঐদি হায়নিংব রা য়াম্ব লৈ।

তোম্পোক—করি শাওরুদগে হায়য়ুনে ইভাও। বেঞ্চদ ফম্মু. ঐ লাঙ্গোল পম্মুখিগে। হুপীমচা, নং তাদগি চা গ্লাস অম শেম্মকউ।

(শকহেনবীন থোরক্তুন মশক য়েংলরিবৈ, তোম্পোক চংখিব)

শকহেঃ—গ্লাস অহুম থক্কদ্রা অম থক্কদ্রা মোইরাংগি তাদ অকনবা ?

কুমার— চাক চাবে অমত্তমক পুরকউ।

( শকহেন চংশ্রগ তোম্পোক থোরোকপ )

তোম্প্যাঃ—নংন থোংইব ভা ময়ামগ ভাইখোরা ? চাক চাবোরা ?

শকহেঃ—( চংখিনদ ) ভসিদি মাগি বাবু ময়ামগি থোংইবনি। ভাইব রাবোহদোও ?

কুমার— ( মমিৎ শাওখোকপ ) ইতাও, চা হোটেল ওইন কম্মবস্, হোটেলসিগি মানংসে হোংব কৈ। অদুগ চাক যোনব, মী থুংহনবদ নচন কুপীসি কুংশা মবক্ত মৈনাক্ত কয়া শার্নিগব— কুংশিব ঘর খংউ।

তোম্পোক— ইতাও, ভাব বাদা মীন লভবস হোটেল হায়রাসিন চৎক শওন শঙ্কবদানি, হৈগোরা থৌনাংলব লাম্মব মীসু পিভ ময়ক কুংশিন সেবা তৌগনি ভারত থোগি মমিংনি। কুংশা শারবদ চাব থাগনা থুলব আতুপিনি। সেবা তৌবদ নচংগি মতোনা নোহে—রাবদি হায়কপু হবাও হবাও তে তেনজগ্রে। অদুদদি এখোয় father গ ইগন মসি কুপীমচাগি Florence Nightingale গি training পিবসি শবতুন free দ থাদোক্লনি।

কুপীমচা— নবুং চা শোরংলে ?

( হায়কাংত্রিভৈ চা পুত্তন চেম্মোরকুপ পিনব )

শকহেঃ—তাচৌ চাক লাম্মবিনি, থিদোকুন থমহৌরে।

তোম্প্যোঃ—অদুদি ইতাও, চা কাপ্প চাক চখোম অমত য়োৎলুখিগে।

কুমার— Nurse গি পোষাক অম শেৎচিল্লোনে Florence Nightingale ঙসিদি নখোয Hospital সিদ ঐস্থু অনাব শাব তাবি হুন্দিৎ কৈ পূর্ণিমানি।

শকহেঃ—ইম্ফালদগি বাবু অহুম থুংলবে, সীদপু হাংদ্রে— কম-দৌনি ?

কুমাব— ঙসি স্নান যাত্রা হুনিৎপো ?

শকহেঃ—মখোয়স্থু হুামৎ অফব থংব্র করিনো খংদে। চাত্ত যাল্লো।

কুমাব— ( পৈরণ্ডন শাওত্নন লৈব— রা ঙাংদব )

শকহেঃ—নিপাশিংসে নোংমৈ লুপা ১৫০০ পিবকা পাইরকই, ইনাকখুনব মচা ঙাক্ত ওইরমানে।

কুমার— ( শাওবন ফি ফি কাম্ব )

শকহেঃ—মফী মরোলস্থু কবিনো নাম্ন শেৎলকখ্রে।

কুমার— ঐবু নোক্তরিব্রা শকহেন ?

শকহেঃ—থাগৎলক্কদোরিবনি ঙাইখোইবা শাওত্নন অহুম লৈখো।

কুমার— কবম্না থাগৎতোরিবা ?

শকহেঃ—মফী মরোল মখোযন নাম্ন শেৎত্নন লাকইব, নোংমে পাই-ত্নন ইনাক খুনব শারকইবসে ঐখোয় তাদ কুমারগি শক অসি ওইরম্মবদি ঐগি থব্লাই অসি কয়া হুঙাইরমগবনো। মরল ফন লৈসন্থু, মফী ফন নানসন্থু, থব্লাইনা পামদব শক হায়সিস্থু সত্য পামদেদা।

কুমার— ( হায়রপ হরাউরগ চিংনত্নন ) তাইবংপান্দ লৈরিব হুপীন অচুম্ব রা ঙাক্ত ঙাংলবদি ঙসি ঐ ফন হরাউব য়াব রা তায়দা হে জগবন্ধু— দয়ানীধি !

[ থোইমুনচিংব অহুম্ম মী উশিত্তন ফন্দুন চংলক্প, কুমারন শাওরপন খুদাং তাখৎতুন মতৌ য়েংব, শকহেনবীন তরাম তরাম তৌব ]

শকহেং:—চাক ঙাইব রাবিররিনি লোইজরে, য়েঙ্গাং মথেল মথেঙ্গ লোংবদ পাক হেক লোহশিনব য়াদত্তুন তপইবনি। কদাই পোৎচৈ ওকচগে ( সুট কেশ নোংমৈ ওক্লগ ) শোমদ লেংশিল্লক্লো— কপিস্থ হঙ্গোইবিরুস্থ ইয়ুম্নি হায়নখনবিয়ু।

[ অতৈ চংথ্রগ চাওবগ ঙক্ল ইন্দুন কৌনব, কুমারন খাম্মগ লোল্লপ্ন রা খর হংব ]

কুমার— বাবু অচৌব খৃষ্টান অসিবু খোইমু হায়হু নত্রাগ ?

চাওব— মানি।

কুমার— মপা মমিং করি কৌই করি লমদগিনো ?

চাওব— শেগালম্বীদগিনি, মাইবম অমর ইনাকখুনব হায়বত্থাগ মচানি ।

কুমার— শকপু ওন্থোক্ল হুংশিংখৎলা—বাবু ।

চাওব— তিম্নরিব ঐখোয় মক্ল সুপ হুংশিন্দ্রবদ বাপুখোয় সুরাইগিনদি কদাইদগি হুংশিদগে।

কুমার— লুক হাদোকপিরুরা।

চাওব— অত্তুদি ফম্বিখোনে। ( চংখিব )

( কুমারন অমুক চৌগৎ অমুক যম শাওনন ফি ক্লি কামত্তুন লৈরিঙৈ শকহেনবীন লোম্ন য়েংলব। কুমারন ওমচাক্লত্তুন হুমাই হুম্ব মথুবাক অনীন জ্ঞান তাদন )

শকহেং—শাব ফনব চা অইংবতু ফাল্লো।

কুমার— ( শাওন চা হৈদোকপ )

শকহেং—হৈমা! চান কৈদোরবগে ?

কুমার— হোটেল অসিগি মমিংদগি থোরকপ চাগি মরমগি দমক মী শিনগনি শকহেনবী।

শকহেং—করিগি শিনদোরিব ? ( মনাক্ত চংব )

কুমার— ইস্কালগি মরল লৈব গফী নানব অত্তুন্নদি ওইরবদ মচ্চ পানব খোইমুব্ নখোয়গি নবুং অমস্তুং father নলুন তৌই, নংনস্তু স্তুংশি। নংন মী স্তুংশিনদ ঐবু করেয়ে করেম্নরিব নঙোন্দ তাইনবদি ঙমদব শাওরপ ঐন খোইমু মমু থৎপ তায় নত্রগ গুলি চাত্নন থরাই মাংব তায়। অনীসিগি মরক্ত লম্বী অম চৎপ নত্রবদি নিপামচা নত্রে ই।

শকহেং—অনীতু নত্রবদি লম্বীসিবু অতৈ লৈত্রবাও।

কুমার— ঐন শিব নত্রগ মান শিব লম্বী অনাসিদ ঙাইরে অতৈ লৈত্রে।

শকহেং—লম্বী ইচাও চাওব অম পুথোরক্কে ?

কুমার— বরি লম্বীনো ?

শকহেং—চুড়াচাঁদপুর তাব অচৌব শোড়োক অসি বস তোংতু ইমানি চেনব য়াব লম্বী নত্রাও ?

কুমার— নংন অত্তুম্ন করেম্নরগ হৈরিব ঈশিং অইংবত্নন শুত্নু অহিং ঐঙোন্দদি মৈ হৌন শারে শকহেন।

( তাঞ্জা অসিদ কংক্র ভান্থক অম পায়ত্তন পরপ পরপ লাক্লগ—মোরোক শাবগি শি শি লাওরন—)

তোম্পোঃ—অওইবনি ইতাও কুমসিগি স্নুংশাসি মৈ হৌন শাই হায়ব য়াই সত্য। হায় স্নুপীমচা ইম্ফাল মচানি হায়দে চাক ওন্থোক্ল য়াম্ন চাব য়াওহৌই থর হাপপুচো মখোয়ন চাবিস্নম্ন চারবদি হোটেল শেল তোংবগি থবক লৈতে। ইতাও উরুমদ হকচিক লাংউসি।

কুমার— ইতাও ঐ ভসি থবক অম লৈ কুইব য়াদে।

তোম্পোঃ—অসাইমখৈ স্নুক কুহন ফম্নমইবসিদি।

কুমার— ভসিদি পোবোক পোরোক চাকখ্রে য়ুমদ চৎলগে ইতাও।

তোম্পোঃ—উরুমদ ফমসিনে য়ুমদন হেন্ন চাক্কনিনে।

কুমার— নখোয হোটেলগি স্নুংশা স্নুক কনবদ মৈ হৌত্তন ভক্রা ভৌবগি মনিনশিন ওন্থোক্ল ওমচাক্লখ্রে—ইতাও।

( হোগৎত্তুন থোকমিন্নখিব )

তোম্পোঃ—লাইরবনিন থর ওমচাক্লব তায়নে ইতাও।

কুমার— হেরা ইতাও, ইংন পানব লাইরব পিথন্ন লৈদা। ( চৎখ্রগ লোম্ন তারম্বদগি শকহেন থোরক্তুন লিরুং পায়ত্তুন রাখল তোব। মখোয় অহুম চাক তোক্তুন থোরকপ মখুৎ তৈথোকপ য়াও চুরুট থকপ যাও ক্কা তপ্তুন চাব য়াও )

তোম্ব— ভসিগি য়েঙ্গাংসি ওন্থোক্ল হাওখ্রেদা।

খোইমু—য়েঙ্গাংন নত্তে, অথোংব মীননি।

চাওব— ঐ লোবুক্ত হরা চারুখিগে। ( পরপ পরপ চৎখিব )

তোম্ব— ঐন চাক খিৎ য়ামল্লি হায়ত্তুনিনে। চৎলু ঐস্সু লাক্কে।

চাওব— দিয়ারস্সু চাক য়ামথিব্রানে? (চৎখিব)

(অনিন নোক্তু্ন লৈহৌব)

খোইমু—সত্য ভসিগি য়েঙ্গাংসি হাওব্রেদা। স্থক্তিগি অস্তুম্ন চারবদি হকচাংসি ওম্বোক্ক ফগ্রনি থরাইস্সু ওম্বোক্ক স্থভাইগ্রনিদা।

শকহেঃ—থরাই স্থভাইনব চাকথোং থোংবিনব য়ুমদ বুজারী লৈবিদ্রিবাও?

খোইমু—লৈরবদবু ভসিগি য়েঙ্গাংসি থিত্তুন চাব লাক্কদ্রাও? হঙ্গোইনস্লুসি ইবেম্মা পুক্লিংদ লৈব রা সর সর হেক্ত হায়দোকনসিনা।

শকহেঃ—য়াংন পাইনরব এরোপ্লেনগি যুগসিদদি অশম্বত্তুনি পাম-জরিব।

খোইমু—ইবেম্মবু কার তোংত্তুন চৎপ, শেৎনিংবদ শেং লিংনিংবদ লিং শিনিংবদ শিত্তুন ফজরব দলাম্দ লৈব পাম্বিদ্রাও?

শকহেঃ—মত্তু পাম্বসি মণিপুরসিগি মস্থংদ ইথম্দ ওইরমানে হায়ত্তুন লৈজরিবনিনে।

খোইমু—Thank You, ইমানিদনি মত্ত পাম্ব মণিপুরসিগি মস্থংদ। বোম্বেদ চৎসিনে ইবেম্মা।

শকহেঃ—ফনি, লেংলসিনে। (মাং থাত্তুন চৎখিব) ইহে, কৈদৌ রুদোরিনো। (ওনশিল্লক্তু্ন মোমোম)

খোইমু—Film Star ওইরুদৌরিবনি।

শকহেঃ—ওইরগে হেক্ত য়ারমগদ্রাও?

খোইমু—শক্কিদি ইমানিমক য়ারগদোব ঙাক্কনি, একটিং য়ে'.গ হায়রক্কনি। ইবেম্মবু লীলা অমুক্ত য়াওবিদ্রি.াও ?

শকহেঃ—লৈকাইগি পাখং ময়াম্ন শাদব য়াদে হায়ত্নন সীতা অমুক সাবিত্রী অমুক শাজরুরে। মীন ঐবু থাগৎনবন ক.রনো —লীলা শানব মতুংদ ঐখোয়দ থাগৎপ লাকপ পাখং মচাসি মশীং মক্তি চপ চান থিজহৌদ্রে ৭০০।৮০০ লোমদি শুব য়াই।

খোইমু—Yes শুরমগনি, লীলা পাটিন লীলা ঃমুক্ত য়াওবিখো হায়দ্রাও ?

শকহেঃ—শেগ য়াম্ন পীগদে ায়ত্নন পাটিন নেকপ য়াজদে। নোবনিংব হায়ব লন্নাই ওইন নেকপস্থ য়াওরিয়ে।

খোইমু—লন্নাইদি করিগ ?

শকহেঃ—হেরা মখোয় ময়ুমদ সাতা শাও মহারাণী ওইয়ু, নত্রগ সাবিত্রী শাও বন্দা শি চনব চংমিন্নসি হায়রিবনে। ঐদি সত্যবান অশেংব থঞ্জখিনি হায়ত্নন খা'বদগি হুজিক ফাওব য়াক্তুন লৈজরিবসিনি।

খোইমু—Good, খা'গদবনি থনগদবনি মতিক চাব। ঐন এম ডি ইউদ, রূপমহলদ লীলা য়াওব উবিহোদেকো ?

শকহেঃ—উজহৌদে, করি করি পাট লৌবিখিবগে ?

খোইমু—রাম শাখ্রে, সত্যবান শাখ্রে। রামগি পাটতু কয়া পানখিদে, সত্যবান শাত্নন শিং চল্লগ মমিৎ তাংব মপা থাকপগি

মতাংহন্দ ঐন তৌখিব একটিংহু ঙসি ফাওব অঙকপনি হতাংবনি হায়র্নথি।

শকেং:—অং, কমদৌখিবগে ?

গোইমু—ঐন বন্দগি শিং কোকথোং নাহুন ফী শেগাইব অম শেৎহুন হল্লকপহু উবদ লাঙ্গোন্দগি হল্লকপ মানব্র করিনো থংদে থুবাক পত্রাক পত্রাক শব্দনিদন—থুবাক মথোন্দু হৌমনগ্রহুন ঐগি না অনীসি য়ৈশিল্লব ব্রা ওইবে তুংদগি প্রোম্প তৌবকপহু অমত্ত তাদ্রহুন তুংগি মুত্তিগুন চপ লেপ্তুন লৈববু ময়াম্ন Sound, Sound হায়হুন লাওরক্লে, অহুদগি ঐন ষ্টেজ ময়াইদগি লমওক তৌন Prompter ও হায়গে চেন্সিনবনে। মাসু মশিঙ্গা ফওব নিপা ওইরম্মহুন ইমানি ষ্টেজ ময়াইদ থোক্লুন ভীমগ কাঁচক লাম্বা অমুগু তৌনবু—ময়াম্ন থুবাক প্রোক প্রোক প্রোক—করিনো অহুগি তুমিংকি লীলাহ ওন্থোক্ল পানগ্রপোংনি। ঙাহখো (মফী তাখৎপ, কোট লৌথোকপ) হয়েং বোম্বেদ চোপ্তুনব ইমানি রিহিয়ারসেল মতেক অমত্তং তৌগোসি—সাবিত্রী শাওকো। (থোন ওন্থোক্লুন)

ইপাগি ইবেম্ম সাবিত্রী, নংন থল্লুবিব নিপা সত্যবান হায়বহুদি লাঙ্গোলদ শিং চন্দুন চাব লাইরবনি মান তারব নিংথৌ মচা অমনবনি।

শকে:—(কেন নৌন) মান চল্লুব শিং অহ যেংল্লগ মংনং নং শিব ফংগনি হায়ন ভাবত সত্যবানবু থঞ্জরুব নত্তে পাবুং মহারাজ।

থাইমু—লম হেনগনু সাবিত্রী, লুথ্রাবী ওইজনি, সত্যবান হায়বিব নিপা অত্থ মপুন্সি তেল্লি, চাহ্ অমগি মহুংদ মথরাই থারগদব পাখংনি।

কহেঃ—মগুন লৈতব মচিন চুমদব নিপাগি রুপী ওইত্থন চহি ১০০ ইকাইব নংত্থন অরাব খাংত্থন পুান্সগদবগি শবক মিবুপ থবদ ওইরবসু থরানমিচাক কুম্ম ভানব ইবুংো মাগি সেবা তৌজগে রাশকস্ত্রে পাবুং মহারাজ।

থাইমু—Well done। যাবনি, ঐ সত্যবান শাবগে। (মখোন নৌন) থরাইদদি হেল্লবী মবেম্ম, সাবিত্রী, মোন্দুম মোন্তেক মোম্পাক মথক্ত হিপ্প নল্রগ স্প্রিং থাব জীপ কারগি সীট্ট ফমত্থন লেংবদ মতিক চারবী রাজকুমারী নংন শা কৈ শামু লমশা কয়া লৈরম্ব যাব জঙ্গোলগি নাবক শিংলক চৈতেক তিঙ্খং মবক্ত ফেনাৎসু তোংদব নৌবব থোংলব রং তৈব মানব নাখাংন কবম্ন চৎকদগে শকত্তেনবী ইতে সাবিত্রী।

কহেঃ—ইজ্ঞগে ভসিদদি চীং ত্থবন শাক্তন নাবক শিংলক লৈজ বমসনু শামু লমশা লম্মোব নামোক কীজদে লাইবেনসু লীনসু লৈজবরদি ননাক্ত থাজথিগে গরাহসে হবাউন থরাইগি মনিগিদমক যেংজগে জঙ্গোলগি উবী রারী উচেক রায়া, হকচীক লাংন ফমত্থন ত্রাং ত্রাং চেল্লিব তোর্ব্বান্দ, চাইথৎকনি ননঙ্গন্দ ঈশিং তেকখৎনব চোকথরব পাঙ্গন, ফিগাওদ য়োম্ব অকেকপ থেবন হননানি নচিন্দ।

খোইমু—নংনবু অহুক চৎনিংলবদি চংলু চৎসি সতী হেকপিগে হৈরাং লৈরাং অহাওব ফজবদ খন্দুন চিনবিগে ননাদ নাগেশ্বর, শাৎহনগে লৈহাওন নশমদ তাহনগে মুংশিরব ঈশৈ নারক্ত চাকতাব চেক্লাগি। ( খর চৎলগ ) য়েংউ সাবিত্রী জঙ্গল য়োরে, কয়াদ ফজরব ব্রাংলব উজাওনো, মহাকুম্ন পুন্সিজগে বর নিয়ু— উতোন্দা য়েংখৎলু লমথুমু অনৌন কয়াদ মুঙাইন উশাদ তোংলিব। তাও মথোয়নিন শকইব ইশৈ— কু কু কু কু খাংমৈতং—। (মকোক পাইরগ) করিনো সাবিত্রী ঐগি কোকসি ঙাওরে মিৎ উদ্রে, মতাম্ম তোরে। বিষ্ণু বিষ্ণু !

( প্রদ্রাক লাওন লৈবাক্ত তুথব, সাবিত্রীন মকোক্তু মতমবাক্ত হাপ্লগ হুমাই হুম্ব ফিজিন—ঙহাক শাওন কুম্মে লোম্ন য়েংলম্বদগি কুমারন থোরক্তুন চৈতুপ থিরগ মবেংবান্দ্ থোঙ্গৎতুন সাবিত্রী শাবীগী মনাক্ত চপ লেপ্লগ )

কুমার—নতম্বাক্ত লৈরিব মথরাই য়াওরোইদব সত্যবানগি মকোক্ত লৈবাক্ত থাদো সাবিত্রী, উতুপ অসীন ঙমু পোরোম হাংগুম থোম্মগে। নং হন্দোকউনে সাবিত্রী।

শকহে :—কৃপা তৌবিয়ু ধর্ম্মরাজ যমনিংথৌ, থরাইগি মনিবু তম্বাকতগি করম্ন উফুল মবক্ত লংথোকসিগে—লাঞ্জবী ননাইবু করম্ন লুথ্রাবী ওইহনবিগগে ?

কুমার— উতুপ কান্নররোই, ঘরে খংনি লৈরম্মু।

( শাওন থোকখিব )

খোইমু— কনানো হুজিক্কিছুবো ?

শকহেং:— যমরাজ শাব নিপানি।

খোইমু— কদাইদ চৎগ্রব ? ( হৌগৎপ )

শকহেং:—মাগি পার্ট কাওথোকগ্রহ্নন চেনগ্রে।

( চাওব অমসুং তোম্ব চিঠি অম পুহ্নন পরপ পরপ লাক্লগ খোহমুদ পিরব )

খোইমু— করিগি চিঠিনো হেক্ত পাওবা দিযাব।

চাওব— ঙরাং অহিং হুবানব চংলকপদ পাবুংগ ফুনৈ পাবুং থীন শোক্তুন ডাক্তন খানাদ লৈবি. ঙসিমক ইম্ফালদ কাবকউ।

খোইমূ— ইস। হবে হরে মাংলেদন। দিযার হুজিকমক চত্তব য়াদ্রে গাড়ী ঙাইরুসি চৎলো—পোংচৈ কদায় কদায়দনো ? ( মথোয় অহুম চংহুন মপোৎমচৈ কোইথি থিব শেল কাওশিন্নহুন পিরমদন চৎখিব )

তোম্ব— ইবেম্মা ঐখোয় ঙসি কাজরগে।

চাওব— Good bye Darling অমুক লাকচগে।

চাওব— পরপ পরপ চৎলু গাড়ী শোইনি। রারৌন্নকো ইবেম্মা। ( পরপ পরপ চৎখিব। শকহেনথীন শেল হায়ব ঙমদহুন লৈরিবৈ মবুং চংলকপ )

তোম্পোঃ—মথোয়হু চৎগ্রবা ?

শকহেং:—তাচৌ শেল পীরমদন চৎগ্রে অমুক্ত থৌবিরু লুপা ১২ নি।

তোম্পোঃ—ইবেম্ম নংন ঙা অতাওবও করিও মথেল মথেল ঐঙোন্দ খিত্তং হাপ্ল পাম্মুবমখৈ লাৎপত্নদি কলেজা মতাসিগি ওই-রেসে। ইতাও কুমারন নংবু হোটেল ক্ষমহনগনু ক্ষমহনগনু হায়বসিদি অর্থদি লৈবজাৎনিদন।

শকহেঃ—দশা তাব চিঠি অম লাক্কুন কাওব ওইরিনি, নিংশিংউ-ববদি হেক্ত পীবমগনি।

তোম্পোঃ— মতুং মনাও খংউ লুপীমচা পাখংসে মতোইন মশা নাল্ল বদি শেল চোপ্পনি। হরে হবে, নোংমৈও করিও মতৌ-ছুগ চবগি শেল শোৎলি হায়নেশে, খংনি।

—( পরপ পরপ তান্নখিব )

( শকহেন্ন অল্লমগি মতুংদ তান্নখিব মবুং য়েত্নুন লৈবিঙে খুদৈ অরাংবন তথেল থাং যোমহুন পুবল্লগ কুমারন পরপ পরপ চেল্লকই )

কুমার— ( শাওন ) কদায সাবিত্রী শাবী, নংগি সত্যবান্দু কদাযদ চৎখ্রে ?

শকহেঃ—হৈমা। লীলা লোইখ্রগ যমরাজ শাহুন অমুক লাকপিরিব্রা?

কুমার— ( মনাক্ত নকশিল্লগ ) য়েংউ নখোযদিগি ফজরব খুদোন পোৎ অম লৌব চৎলুবনি। ( তথেল থাং লৌথোক্কুন পায়রগ ) কদায নংগি সত্যবানদে ? নাগি হুমিৎ ঙসি শুরে। মুংশি লোনম তোহুন নংন ঐবু মপোক অসিমগি নিংব কায়হনবগিদমক নংগিস্থ ঙসিন অরোইব হুমিৎনি। নংন মী ওইন উদ্রব ঐন তাইবংপান্দ হিংহুন করি কান্ননি।

শকহেঃ—ঐন খঞ্জরিব অশেংব সত্যবানবু কনানি হায়বিরিবনো ?

কুমার— অসাইগি ইনাক খুনব মচা খোইমু হায়ত্নুনি।

শকহেঃ—ঐবু হায়জো হায়রবদি নচ্চদে।

কুমার— নংগি নতাংনি থাজদে।

শকহেঃ—থাজদে হাৎগিগে হায়রগ হাৎপিরো নখুৎতা থরাই থাজ-ত্রগে স্বর্গদ কানব, তুংদ নিংঙম্বিরোই ঐবু অশেংব মীশক তাকচো হায়রগ থাংত্নু লৈবাক্ত থম্বীয়ু।

কুমার— (বাখল ঙংাক তৌরগ) হায়দোকও নংগি সত্যবান অশেংব কনানো ? ( থাং থাদবা )

শকহেঃ—ঐঙোন্দ কোইরম্ব পাখংসি অসাইগি খোইমুস্থু থান চামাপল মরিক্ত তরামাপল পূবা শুরে। লৈশাবী অমন পাখংগি মওং মতৌ মচৎ, রাঙাং শাঙাং লাপলপ্ন খংব য়াবমথৈ ঐ খংজরে। মখোয়গ রারী শাই, চিঠি চৎনৈ, ফাগি জুগাই লেম্ন তৌনৈ—ময়ামদগি মরক্তগি ঐগিদি অমখক্তনি। ঐসিবু লমচং ফজদবী হুপীগচারাও ? পাখংগ লৈশাবীগ রারী শনব, ফাগি তৌনবু জাৎ তাব থবক্লাঙ ?

কুমার— নত্তে, নংগিত্নবু কনানো হাযরোনে ?

শকহেঃ—ঐন হায়রগ হোরেল থাজদ্রবদি ?

কুমার— থাজব য়াব বাবু করিগি থাজবোই, এস্থু মীনি কনানো হায়রো।

শকহেঃ—কনা ওইদগে নংনে অপংবাও।

( কুমারন হরাওডুন সাবিত্রীগি মখুৎপু মখুৎ অনীন পায়রগ মমায়দ মুম্ন য়েংব )

হাৎকে হায়রবসু হাৎচো ঐদি থাং কৌবিব মুপীগাদি নত্তেয়ে।

কুমার— করিসু লৈতব ঐবু নংন খল্লিব করিগিনো ?

শকহেং—নশা ফৈ, নবুকচেল ফজ্জে মী হাৎপ ঙমদৌব মাল্লি, য়াওং ইল্লগ ঐখোয় হোটেলদ গ্লাস চাম্মু হায়ব য়াদৌব মাল্লি, লাইরবনিন চাওথোকত্রে. নংগি নশকসি ঐন মুংশিজ্জে—ইতিক চাব নংবু মিৎচিন লাং থাক্তুন ফাব নত্তন শিকারী ঐন করম্ব শাদ তেন কাপকদগে ?

কুমার— অত্ত ওইরবদি হুজিকমক চেল্লসি।

শকহেং—মুংশা মুক কনব মুংথিন্দা ?

কুমার— (মখুৎ পায়তুন চিংলগ) কনগে কঞ্জসমু ঐদি উন মুক ইংলে।

শকহেং—ওঃ রাকচীংগি উন, ঙাইখোনে রা হায়খিগেনে। (চিংবহু য়াম্ন য়াম্ন) হোরেল ইমান বেরা তৌরম্মবদি চংহন্দ্রবদি ঐবু হৌদোংমচাদৌন য়ুম যুমদ কোইচেন চেন্দুন পুবদি য়ারোই, য়ুমসিদ হল্লকতুন অমন চা য়োন অমন গ্লাস চামতুন য়ুম পানব তায়দো ?

কুমার— ফৈ, বেরা লৈতে ; নংনবু য়ারবদি ঐসু হোয়। চৎসি লাকও। ( খরমুক চিংতুন চৎলগ )

শকহেং—( থাওতুন ) ঙাইখো, রা অরুব অমগ লৈরি। ঐবু মীন লাইরিক তম্ব কাবদগী জীপ্তা অনীরক চীংউরে মাইল অনী

অহুম লাপ্প, অম্নুক্ল মাইল মঙা তরুক তগি চোংথহৌই। কল্লকপ মীন ঐবু বদনান তৌই। মতু তারগ ঐবু পামদ্রে কী হায়ব জাৎলা নৱা শেংদোকউ।

কুমার— নিপা তরানা থা ১০।১০ লৌরুরবসু ঐন নংবু হুংশিরিবসে লিক্লা অম ময়েং তাজরোই— নংগি হোৎৱব ইতিহাস পাব ইথৌ নত্তে, ঐগি শরুক্তি হুজিক অমস্তুং তুংদনি।

শকহেং:—ঙাইথো থাদোকথো নঙোন্দ নত্তুন ঐবু কনাদ লৈরুদগে? হুজিক হুংশা কনলি—পোৎচৈ লোইশিল্লমথিগে, হোরেল সন্ধ্যাদ চেনসি। থাংতু পুথো, নমান্নব অমগ হৌরুথো হায়ব।

কুমার— হোরেল শোইরবদি? (থাং য়োম্ব)

শকহেং:—হুপীন শোইব হৌনদে, অপংবা।

কুমার— বস অতুদি (খৱ চৎলগ হন্ন য়েংতুন) Good bye Darling!

শকহেং:— (শুগৎথি)

**লোইরবা**

---

## মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ফোঙবা লাইরিকশিং

১। খোংচোম্‌নুপী নোংকারোল্‌
২। পাম্ভোইবী খোম্বুল্‌
৩। খঙ্গৎপা রারী মচা
৪। নুরা শাম্ফলেম্বী
৫। শৈরেং অখোম্বা
৬। রারেং অখোম্বা
৭। খঙ্গৎপা রারেং
৮। খঙ্গৎপা শৈরেং
৯। শৈরেং শৈথন

### প্রেসতা লৈরিবা

১। লৈথক লৈখাবোন্‌
২। চৈথাবোল কুম্বাবা
৩। লাংলোন্‌
৪। রারে পরেং
৫। ভাবতকী অচৌবশিং

---